মণিপুরগী চংনবীদা উমংলাই হরাউবনা পীবা শাফু

# IMPACT OF UMANG LAI-HARAOBA IN MANIPURI TRADITION



" To enrich
your Culture is,
to enrich your
environment "

**Forward Artistes Centre En-Camped (FACE)**
Sagolband Tera Amudol Leirak,
Imphal West District,
Manipur (India)-1

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯆꯪꯅꯕꯤꯗ ꯎꯃꯪꯂꯥꯏ ꯍꯔꯥꯎꯕꯅ ꯄꯤꯕ ꯁꯥꯐꯨ

মণিপুৰগী চংনবীদা উমংলাই হৰাউবনা পীবা শাফু

# IMPACT OF UMANG -LAI HARAOBA IN MANIPURI TRADITION



FACE

**FORWARD ARTISTES CENTRE EN-CAMPED(FACE)**
Sagolband Tera Amudol Leirak Imphal West District
Manipur (India) 1

**Impact of Umang-Lai haraoba in Manipuri Tradition**
(a collection of Seminar paper, orgd by FACE, Imphal - 2012)

* *Articles are according to individual paper readers and not to the Forward Artistes Centre En-Camped (FACE) Imphal*

**First Edition – 26th April, 2013**

**No. of copies – 1000 Copies**

**Price Rs 150 00**



*Published by* **R K Khogendra Singh**, Secy FACE,
*on behalf of the*
**Forward Artistes Centre En-Camped (FACE),**
Sagolband Tera Amudol Leirak Imphal
West District, Manipur (India) 795 001

---

Printed at **HAESU Computers,** Nagamapal Lamabam Leikai Imphal



# INVITATION

## 2-Day Seminar On
## "IMPACT OF UMANG -LAI HARAOBA IN MANIPURI TRADITION", 2012

to be held on 26 and 27th October, 2012

at 11.30 a.m

**at the Auditorium of**
**MANIPUR PRESS CLUB, Majorkhul, Imphal**



***To,***

***Shri / Smt./Dr /Km.***

**PROGRAMME**



## FORWARD ARTISTES CENTRE EN-CAMPED (FACE)

request your kind presence at the Inaugural Function of the

***2-Day Seminar On***

**"IMPACT OF UMANG-LAI HARAOBA IN MANIPURI TRADITION", 2012**

*Under the aegis of the Ministry of Culture (CFG), Govt of India, New Delhi*

to be held on 26th and 27th October, 2012

at 11.30 a.m at the Auditorium of

**MANIPUR PRESS CLUB**, Majorkhul, Imphal

**Shri W. Mera Singh**

Deputy Director,
Directorate of Art and Culture, Govt, of Manipur

***inaugurate the Seminar as Chief Guest***

**Shri L. Iboyaima Singh**

Chairman FACE

***will preside over the function***

*Orgd by*

**FORWARD ARTISTES CENTRE EN-CAMPED(FACE)**

Sagolband Tera Amudol Leirak, Imphal West District, Manipur (India)-1

---

R S V P Secretary, FACE
09436033658/09856171584

Programme overleaf



## PROGRAMME

Friday the 26th October, 2012, at 11.30 a m

- Arrival of Dignetaries
- Welcome and Key not Address
- Speech by the Chief Guest
- Speech by the President
- Vote of thanks

## 11.30 am FIRST DAY - 1st SESSION

***Dr. M Kriti Singh,*** *Padmashree*
( Moderator )

1. **B Kullachandra Sharma** — "Manipurda Khubam Yariba Umang-Laishing gi Makhalsing Amasung Khennabading gi Mashak"

2. **Mutum Churamani**, President, HERICON — "Umanh Lai Haraobagi Kannaba Amadi Oihan-ningba Mashakshing"

3. **Ngariyanbam Kerani**, Pandit Achouba, Govindajee Pandit Loisang, — " Lai Haraobagi Kanglonda Touheiba Touheidabashing "

### DISCUSSION

*" To enrich your Culture is,*
*to enrich your environment "*



## SECOND DAY - on 27th Oct, 2012 (Saturday)

## 10.00 am 1st SESSION

***Dr. Y. Muhindro Singh,*** *Retd Director, M U*
( Moderator )

| | | |
|---|---|---|
| 1 | **Wahengbam Lukhoi**<br>Pandit Yaima,<br>Govindajee Pandit Loisang, | "Manipurda Pangthokliba Lai Haraobagi Kanglonda Khennaba Mashaksing " |
| 2 | **Naoroibam Indramani** | "Lai Haraobagi Houraklon, Chaokhatlakpa Amadi Mashida Manipuri Culture gi Mami " |
| 3 | **Dr N Birchandra**<br>Asstt Prof ,<br>Lilong Haoreibi Collage, | "Lai-Haraobaga Manipur Puwariga Sagonnaba Machakshing" |

**DISCUSSION**
**( LUNCH )**
**2nd SESSION**

| | | |
|---|---|---|
| 1 | **Dr M T Achou**<br>Lecturer,<br>Oriental Collage, | " Manipurgi Khunnaida Lai Haraobana Peeba Etheel" |
| 2 | **Mutua Bahadur**<br>Director,<br>Mutua Museum, | "Lai-haraobada Shijannagadaba Laipot Shenpotshing gi Mashak" |

**DISCUSSION**

# মাঙওইননা থমজরিবা ৱাফম

ইশাগী অশেংবা হৌবকফম, নাৎ- চৎনবী
অমদি থকশি- খাশি খঙবা অমসুং খঙহনবা হাযবা
অসিগী থৌদাং পুনবা হোৎনবিবা লোযননা পুবা
ঙল্লিবা ফৃকুপ নৎত্রগা কাঙলূপ অদুবু চাওখৎপা
নৎত্রগা চাওখৎলবা হাযবদু মশানা অদুম্মক তাকচবে। কাঙলূপ অমগা অমগা তিন্নবা নুংশিনবা হাযবগী অশেংবা যূম্ফমদি মশা মশাগী হৌবকফম শাৎফম মযেক শেংনা থম্বা, উখোকপা অমসুং খঙহনবা হাযবা অসি তঙাই ফদবা হাযবা অদু ওই অদুগা অমনা অমগী হৌবকফম, নাৎ- চৎনবী অমসুং থকশি- খাশি অদুবু ইকাযখুম্নবা অমদি যোকখৎপীবগা তিন্নববদি শুক- শোই শোইদনা কাঙলূপ মশেল নুংশিনবা হাযবা অদু ওইবক্কনি, অমত্তা ওইবক্কনি।

মৈতৈগী লুববা উমংলাই শাগৈগী, লৈকাযগী, খুলগী, লৈবাক্কী ওইবা তোঙান তোঙানবা মিংদা লৈবিবা অসি মাগী মাগী মীহৌবোল ৱাবী শিংবুন্দা মযেক শেংনা লৈবি। মসিগী মতুংইন্না তৌগদবা তৌবোইদবা থবক, চৎকদবা চৎলোইদবা লীচৎ অমসুং চাগদবা চাবোইদবা চীঞ্চাক মচা তানা মযেক শেংনা পীবি। পীবল্লিবা কযা অসিনা খুন্নাইগী থকশি- খাশি ওইবিবনি। থকশি- খাশি লৈতবা খুন্নাইগী যুম্ফম মালেমদা লৈতে।

ফোবৱার্দ আটিষ্ট সেন্টব ইন- কেম্প (ফেস)না মিনিষ্ট্রি ওফ কলচব (সি এফ জি ) গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিযাগী মখাদা

"মণিপুবগী চৎনবীদা উমংলাই হবাউবনা পীবা শাফু" (Impact on Umang-Lai-Haraoba in Manipuri Tradition), হাযবা নুমিৎ নীনিগী সেমিনাব ২০১২, ঐখোয়গী নাৎ-চৎনবী কযাবু ঙাক্লবা পান্দম অদুগী শরুক অমা ওইনা পাঙথোকচবনি। মসিদা লৈবাক্লা শক খঙনববা নাওবোইবম ইন্দ্রমনি, ডা এন বিবচন্দ্র এসিষ্টেন্ট প্রোফেসাব, ডা এস টি. অচৌ লেকচবব, মুতুৱা বহাদুব ডাইবেক্টব মুতুৱা ম্যু. জযম, বি কুল্লচন্দ্র শৰ্ম্মা, মুতুম চুবামণি, ঙাবিযানবম কেবানী পণ্ডিত অচৌবা অমসুং ৱাহেংবম লুখোই পণ্ডিত যাইমা মখোযনা মমল যাম্লবা উমং লাই হবাউবগী মবমদা তোঙান-তোঙানবা চেইবীবক্কুা পাথোকপীবগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি, লোযননা ডা এম কির্তি সিংহ, পদ্মশ্রী অমসুং ডা ৱাই মোহেন্দ্রো সিংহ, বিটযর্দ দাইবেক্টব, এম ইউ বুসু তৌবীমল খঙবা উৎচবি। থোইদোক হেন্দোক্লা মিনিষ্ট্রি ওফ কলচব গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিযানা সেমিনাব অসিগী চঙগদবা শেলগী মতেং পীবীবকপগীদমক্তসু ঐহাক্লা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

অদুগা মখল যাম্লবা নুংগী ওইবা ৱাফম অমসুং ঐখোযনা চৎনগদবা ৱাফম কযানা মপূং ওইববা অইবা চেশিং অসি সেমিনাবদা নৈনববা মতুংদা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপা ঙমজবা অসি মযামগী মতেংননি।

**লোইতোংবম ইবোয়াইমা সিংহ**

চোবমেন, ফোবৱার্দ আর্টিষ্ট সেন্টব ইন-কেম্প (ফেস)

# য়াওফম তাকপা

# মণিপুরদা খুভম য়ারিবা উমংলাইশিংগী মখলশিং অমসুং খেন্নবশিং

— বী: কুল্লাচন্দ্রা শর্ম্মা

## ৱাহৌদোক

"মণিপুবদা খুভম যাবিবা উমংলাইশিং"হাযবিবসি মণিপুবদা লৈবকখিবা মৈতৈ নংত্রগা মণিপুবীশিংনা খৃ ১৭০৪দা হিন্দু ধর্ম্মদা দীক্ষা/লাইমিং লৌদুনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎত্রিবৈগী মমাঙদা লৈপাকসিদা হৌজবকপা অমসুং হান্নদগী চৎন-ইন্নবকপা লাইনীঙলোন অমসুং লাইনীঙগী ওইনা লাৎন-নীঙনবকপা লাইশিং অমদি মখোযগী লাইবাৎ-থেল্লাৎকী মচৎ-মনাৎকী পবীং অমসুং পবমদা লাৎন-খুকম্লবিবা লাইশিং অদুবনি। মখোযবু উমংলাই কৌবা নংত্রগা থোনবসিগী অখঙ্-অহৈশিংগী খেন্ন-খেন্নবা ৱাফম/ৱাবোল কয়ামুক লৈ, অদুবু মরু ওইবদি মখোয়সি উ-ৱাগী উমং মচা অমনা কোযশিনবা মফমদা মখোযগী লাইবুঙ-লাইকোন শেমদুনা লাইশঙনচিংবা শাবগা নংত্রগা শাদুনা খুভম যাদুনা লাৎনীংনবকথি অমসুং মসিদগী মখোযবু উমংলাই হাযবা

মমিংসে নৎত্রগা মিংথোনসি পীখি-থোনখিবা মাল্লি। মৈতৈগী উমংলাইশিংসি মণিপুরগী চীঙ অমসুং তমগী লমদমশিংদা খুভম যাদুনালে। মৈতৈগী উমংলাইশিং অসি পুন্না মশীঙ ৩৬৪(চহুম হুম্ফুমরি) শুই হাযনা লৌনৈ, অদুবু হৌজিক হৌজিকমক মণিপুরদা লৈরিবা উমংলাইগী মশীং অসিদি ৪০০ (চামরি)গী মথক্তা লৈ। (ব্রা লু ১৯৮৯, ১)। অদুগা উমংলাইশিং অসিগী মনুংদা লাইরেম্মগী কাংলুপ, লাইনিংথৌগী কাংলুপ, নিংথৌ মচা-মশূশিংনা ওইখিবা উমংলাইগী কাংলুপ অমসুং মপান্দগী লৈপাক অসিদা পুবক্লগা ওইখিবা উমংলাইগী কাংলুপ কথা অমসু যাওবি।

মৈতৈনা উমংলাইশিং অসিবু লাৎপা হৌবকপগী চপ চাবা মতম অদু হৌজিক্কী ওইনদি খঙ ঙমদবগী লাবোন্নুংদা লৈবি। অদুবু চৈথারোল কুম্বাবদদি মৈতৈনা মমিং-মথা লৈবা লাইশিং ঈরাৎপা হৌবকখিবসি মৈদিংঙু শেনবী মুংযাম্ব (খৃ ১৫৬২-১৫৯৭)গী সনা হাক্তক্কী খৃ ১৫৮৯দা খ্বাইদগী ঈহান হানবা ওইনা পীবি। চৈথা কুম ২০০৫, ৩০)। অদুবু মসিবু মখা তানা নীঙন-লাৎনবা লাইশিং নত্তে। অদুগা মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্ব (খৃ ১৫৯৭ ১৬৫২)গী সনা হাক্তক্কী খৃ ১৬১৭কী মতমদদি নীঙন-লাৎনবিবা লাইগী লাইশঙ ফাওবা শাবগী ব্রারোল পীবি (মথক্কীসিদা, ৩৬)। অদুবু মীওইবনা লাই নীঙবা নৎত্রগা লাইদা থাজবা থম্বা হাযবা মচৎ-মনাৎ অসিদি মীওইবগী ভসিগী মীওইশিংগী মপা-মপু ওইবা হোমো সেপিযেন্স (Homo Sapiens) শিংনা খৃ. মমাঙ চহি ৩০,০০০ বোমগী মমাঙগী মতমদা পোক্লিনৈঙে, নিযেণ্ডরথেল মেন (Neanderthal Man

C 2000,000 - 30,000 B P )গী মতমদা হৌদোকখিবা (R D A 1974, 19) ওইবনা মৈতৈ মণিপুরীশিংগীসু লাই থাজবগী ৱাখল অমসুং ৱাফমসি ঙন্না লৈফম থোকপনিনা মণিপুরদসু মমিং-মথা লৈবা লাইশিংসি খবা ঙন্না লৈবমগনি হায়না থাজজে।

## উমংলাইশিংগী মখলশিং অমসুং খেন্নবশিং :

মৈতৈশিংনা লাই থাজবা অসিদা থাজবিবা লাইশিং অসি অফবা তৌবা লাইশিং অমসুং ফত্তবা তৌবা নৎত্রগা পীবা লাইশিং হায়দুনা অহানবগী ওইনা মখল অনি হায়দোক্লুনা পীবি। অফবা তৌবা নৎত্রগা পীবীবা লাইশিংসিবু লাইযিংথৌ অমসুং লাইবেম্মা এমদি ফত্তবা তৌবা/পীবা লাইশিং অসিবু লাই ফত্তবা, লাইমু তীনম্ হায়না মমিং থোন্দুনা থম্মী। অদুগা লাইশিংসিদা অফবসু নত্তবা, ফত্তবসু নত্তবা অফবা লাইশিংগী অচৌবা নৎত্রগা মগুণ লৈবা লাইশিং, খুদম ওইনা, কৌব্রু, ৱাংব্রেন, থংজীঙ, মাবজীঙ আসনচিংবগী মতুং ইন্নবা, মখোযগা লোইনদুনা লৈবগুম তৌবা লাই মখলসু লৈ। মখোযদুবু শাবোই নৎত্রগা শাবোই-ঙাবোই হায়না কৌই। মখোয়সিদি মখোযনা মী ওইবদা ফত্তবা থোকহল্লবসু মদু শাথী-তমথীবা, অৱা অনাগী মহৈ ওইহন্দে অমসুং মখোযগী মচাক-মথুম, থাদোক কখোক্লগা ফত্তবা অৱাবদু কোকথোকপী। মৈতৈগী উমংলাইশিং অসিদি মখোযদা নীঙবদা নৎত্রগা মখোযনা অফবা নৎত্রগা ফত্তবা মতৌ পীবদা হিন্দুগী লাইশিংগুম্না কুইনা মতম চঙদে, থীঙ্গদে, খুদক খুদক্তা পাল্লি, হায়দুনা মৈতৈশিংনা যাম্না কিনা-লুনা নীঙই।

**মচৎ-মতৌগী ওইবা মখলদা :**

মালেমসিগী মীওইবগী কাংলুপ-ফুরুপশিংদা চৎনবিবা মচৎ-মনাৎ অদুদা মৈতৈ উমংলাইশিং অমসুং মীওইবগুম মতু-মচা লৈ অমসুং মীওইবনা হিংন-পান্নবদা চঙলিবা পোৎচঙশিং অমসুং পোৎলমশিং পুম্নমক মখোযদসু চঙি। অদুবু লাইশিংসিগী মচৎ-মতৌ, মনাৎনচিংবদা মিৎযেং থম্লকপদা মখোযসি (১) মহৌশা লাইবেন্থীগী ওইবা মযাইশিংগী মহুৎ শিনবা লাইশিং (Nature Gods), খুদম ওইনা কৌব্রু, লাঙ্গোন নিংথৌ, চীঙ্গোন নিংথৌ অসিনচিংবনি, (২) রাখন্না শাগত্তুনা পুথোকপা লাইশিং (Abstract deities), খুদম ওইনা অশিবা / অশীবা, কোঞ্জিন তিংথোকপা, অসিনচিংবনি, (৩) মপা-মপু লাৎপা মনাৎকী লাইশিং (Ancestor divinities), খুদম ওইনা পাখংবা, লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা, পোইবৈতোন, অসিনচিংবনি, (৪) মীবৈপাক্তগী পুবল্লগা মৈতৈ উমংলাই ওইখিবা লাইশিং (Foreign God), খুদম ওইনা, শঙ্কুদেব (অসামগী শঙ্কর দেব), রামজী নিংথৌ (হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শ্রীরামচন্দ্র অদুনি), মীওইবদা অমাঙ-অতা থোকহনবা শা-উচেক, তীন-কাঙনচিংবু লাকশিন-থেমজিনবা লাইশিং খুদম ওইনা হযিংলাই, উচী লাই, অসিনচিংবনি (ব ক ২০১২, ৩১৫-১৮)। হাযবিবা লাই মখলশিংগী চাওবাকপা রাবমশিংদি -

**১) মহৌশা লাইবেন্থীগী ওইবা ময়াইশিংগী মহুৎ শিনবা লাইশিং (Nature Gods)**

মীওইবনা মহৌশা লাইবেন্থীগী মতীক-মযাইশিংবু কিনা

অমসুং হঙ্গোযনা ঈকাই খুম্নে। মসি মালেমগী জাতী অতৈসু চপ মান্ননা তৌবিবনি অমসুং মহৌশাগী মযাইশিংবু লাই ওইহল্লিবনি। অসুম্না লাই ওইহনবগী পবীং অমসুং পবমদি চপ মান্নবিবনি। লমদমসিদা আর্য্যশিং (Aryans)গী ওইনা থম্নীবল্লিবা ৱাফমদি

they looked with reverence and awe the various powers of nature They were deeply impressed by the mysterious working of the awe inspiring forces of nature They realised the dependence of human welfare on the powers of nature and therefore invested them with superatural or divine character, they style them like gods and worshipped In fact, they worshipped the glorious aspects, the various powers and manifestation of the nature such as the Sun, the Moon, the Sky, the Dawn, Thunder Wind, Air, etc Whenever Aryans perceived lively power, they created a deity At their earliest stage the gods therefore represented the power of nature "Gradually they came to be divorced from the objects which they originally represented and ultimately came to be worshipped themselves But their fine nature was never forgotten and it is mostly possible for us to detect the natural phenomenon which each god had behind him" [B N L 1988-89-91] অসিনি। হার্যাবিবা অসিগুম্না মৈতৈগীসু মহৌশাগী মতীক মযাইশিংগী মহুৎ শিনবা লাইশিংসি থোক্লক- ওইবকখি।

## ২) ৱাখল্লা শাগত্তুনা পুথোকপা লাইশিং (Abstract Deities)

মীওইবগী অনীঙবা অমসুং অপাম্বগী পনখৈ নৎত্রগা ঙমখৈ লৈতে। কবিগুম্বা অনীঙ-অপাম্বা অদুনা মহৌশা লাইবেম্বীগী মতম্পাক্তা ফংদবা ওইববদি অনীঙ-অপাম্বদু ফংনবা নৎত্রগা ওইহন্নবগীদমক্তা মীদুনা ৱাখল্লা মদু শেমগৎ-শাগৎলকই অমসুং লৈবমদবা পোৎশক/পোৎলমদু লৈহল্লকই। অসুম্না লৈবকপা পোৎশকসি মতমগী খোঙজেল্লা ৱাখলগী পোথোক্লি হায়বসি কাউহল্লকই। হায়জবিবা মওংসিদা মৈতৈ উমংলাইশিং অশিবা/অশীবা, কোঞ্জিন-তিংথোকপনচিংবশিংসি ওইহল্লকখি। অদুগা মখোয়গী লাংওন অমসুং শানওন/শাইওন লাক্লবা মতদদি মখোয়সি অহিং-অচঙবা নৎত্রগা হিংনম-লৈবম্বা ওইহল্লি। হায়বিবা ৱাফমসি মৈতৈখক্তগী নত্তে, ম্যালেমসিগী মী কাংলুপ ফুরুপ পুম্নমক্কী ওইদুনা লৌবির্বনি।

## ৩) মপা-মপু লাৎপা মনাৎকী লাইশিং (Ancestor Divinities)

মৈতৈ হায়বা জাতীসি ম্যালেমসিগী মপা-মপু লাৎপা লাইনীঙ নৎত্রগা অপোকপা লাৎপগী লাইনীঙ-মনাৎ চৎপা মী কাংলুপ অমনি। হায়বিবা লাইনীংসি জাতীসিগী খ্বাইদগী হেল্লা লীববা লাইনীঙ ওইনা থাজনৈ। অদুগা হায়বিবা লাইনীঙসি মখোয়না লৈপাক অসিদা হেক লৈবকপদগী মখোয়গী লূ-তোংদা নৎত্রগা শীংলী-নাউবীদা যাওবক্লবা লাইনীঙ-মনাৎ ওইনা লৈ

(ব: ক শ:,২০১২, ২৫-২৬)। লাইনীঙ মনাৎ অসি - মৈতৈশিংনা মখোয়বু পোকপী-শাৎপীবকপা অহল-লম্মন নৎত্রগা মপা-মপুশিং অদুবু ঈকাই খুম্নবা, তৌবীমল খঙবা উৎচবা অমসুং নোল্লুক্লা খুকম-খাঙউজবগী লাইনীঙনি। অদুনা মখোয মখোযগী যেক-শল্লাইগী, শাগৈগী অমসুং ফুঙ্গা (Household)গী অপোকপা মপা-মপুশিং অদুবু লাইগী থাক্তা পুখত্তুনা ঈবাৎ থৌনী তৌজবা অমসুং অথোইবা উমংলাইশিংগী মবক্তা চনহন্দুনা লাৎচ-নীঙজবনি।

## ৪) মীবৈপাক্তগী পুশিল্লক্লগা উমংলাই ওইখিবা লাইশিং (Foreign Gods)

লাই নীঙবা নৎত্রগা লাৎপা হাযবসি মীওইবা জাতীগী থাদোকফদ্রবা মচৎ-মনাৎ অমা ওইবনি। মবম অসিনা মণিপুবগী মপান লৈপাকশিং, মরু ওইনা কছাড়/মযাং, তখেল/ত্রিপুবা, তেখাউ/অসাম, পাসা/সীলহেটনচিংবদগী খুনহোং-খুম্হোক্লক্তুনা মণিপুবদা খুন্দা-লৈতাববা মী কাংলুপ ফুরুপশিংনা মখোযনা খুনহোংলকখিবা মফমদা লাৎন-খুরুম্নবা লাইশিং পুবক্তুনা মণিপুবদা লাৎনৈ। অদুবু মতমখোঙলৈ মতুংইন্না মী কাংলুপ-ফুরুপশিংদুনা মণিপুবী/মৈতৈ সমাজদা লুপশিল্লকপা মতমদা মখোযগী লাইশিংদু মখোযনা হান্না লাৎলম্বা নীঙনবম্বগী মচৎ-মনাত্তু থাদোক্তুনা মৈতৈ উমংলাই লাৎপা-নীঙবগী লাইনীঙ অমসুং লাইনীঙলোন্দা পুশিল্লক্তুনা মীবৈপাক্কী লাইশিংদু মৈতৈগী উমংলাইশিং ওইবকখি। মসিগী খুদম চাংদম মথক্তা পীজখিবদুগী মথক্তা চঙলকপশিংগী সৱাং নৎত্রগা সবাবেন অসিসু অমনি।

## ৫) মীওইবদা অমাঙ-অতা থোকহনবা শা-উচেক, তীন-কাঙনচিংববু লাকশিনবা লাইশিং

মীওইবদা অমাঙ-অতাক থোকহনবা শা-উচেক, তীন-কাঙনচিংববু লাকশিন-থেমজিনবা লাইশিং অসি মৈতৈগী লাইবিক "যুম্লাক লাইশঙবা" অমসুং "যুম্লাক মাইবা মশীন"দা পীবিবা লাইশিং ৩৩ (কুম্ব্রাহুমদোই)গী মনুংদা লাই ১১ (তবামাথোই)দি হাযবিবা মখলসিগী লাইশিংনি (মথক্কীসিদা, ৩১৫-১৬)। মখোযসি অমমমবু মৈতৈগী যুম্লাক/শাগৈ অমমমদা লাৎলু হায়দুনা পীবিবনি (খ চ·স·, ১৯৭৫, ২৩-২৪)। খুদম ওইনা "লাইশোম নঙদি উচী লাৎলো", "হাইসিনাম (হৈস্নাম) নঙদি হয়িং লাৎলো", "থিংনাম নঙদি উক্রোং লাৎলো" অসিনচিংবনি (মথক্কীসিদা, ২৩-২৪)।

### ঈরাৎ-থেল্লাৎকী মখলদা

মণিপুবদা খুভম যাবিবা উমংলাইশিং অসি মখোযগী ঈবাৎ-থেল্লাৎকী ওইবা লমদাংদদি মখোযসি লাই-নুপাদা নৎত্রগা লাইযিংথৌদা অহুম অমসুং লাই-নুপীদা নৎত্রগা লাইবেম্মদা অহুম থোক্লা খাযদোকপগী পবীং অসিদা লাইবাৎ-ঈবাৎনৈ। মখল অসিবু "লাইচৎ" নৎত্রগা লাইচৎ-লাইচন হাযদুনা খঙনবগুম তৌই। হাযবিবা মখল নৎত্রগা লাইচৎশিংসি পুবিবা লাইশিংদুদি.-

(ক) লাইযিংথৌশিংদা - ১) লাইযিংতৌ অতিযা শিদবা, ২) লাইযিংথৌ অশিবা/অশীবা অমসুং ৩) লাইযিংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপনি।

(খ) লাইবেম্মশিংদা - ১) লাইবেম্মা লৈমবেন শিদবী, ২) লাইবেম্মা নোংথাঙলৈমা, অমসুং ৩) লাইবেম্মা লাইখুবেম্বী, (ই:অ:, ১৯৮১, ২৭-৩০) অসিশিংসিনি।

হাযবিবা লাই তকুক অসিগী লাইওন লাইচৎশিংনা মৈতৈগী উমংলাইশিংসি শন্দোক্লকখিবা ওইনা পীবি। অদুবু লাইওন-লাইচৎ অসিগী মতুংইন্নদি লাইযিংথৌ অতিযা শিদবগী লাইচত্তা লাই ২৬ (কুনতকুক), লাইযিংথৌ অশিবগী লাইচত্তা লাই ৩৬ (কুন্থ্রাতকুক) অমসুং লাইযিংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপগী লাইচত্তা লাই ২১ (কুনমাথোই) অমদি লাইবেম্মা লৈমবেন শিদবীগী লাইচত্তা লাই ১৬ (তবাতকক), লাইবেম্মা নোংথাঙলৈমগী লাইচত্তা লাই ২৯ (কুনমাপন) অমসুং লাইবেম্মা লাইখুবেম্বীগী লাইচত্তা লাই ৯ (মাপন) খক্তমক পীবীবম্মী। মথক্কীসিদা, ২৭-৩১)। হাযবিবশিংসি মরু ওইনা অতোপ্পা লাইওন অমুক পুবা লাইশিংগী মমিংদমক পীবল্লিববা হাযনা খঞ্জে।

পীবীবল্লিবা লাইওন-লাইচৎ নৎত্রগা লাইগী মখল অসি কনাগুম্বা মৈতৈগী উমংলাই অমগী লাইথৌ (হৈকৎ-লৈকৎপা, হবাউবনচিংবা) অমা তৌবা তাবকপদা লাইদুগী লাইওন-লাইচৎকী মকোক/মপু ওইবিবা লাই (লাই অসিগী মনুংদগী অমা) অদুগী মচৎ-মনাৎকী ঈবাৎ-থেল্লাৎনচিংবদা পাংথোক্কদবনি। অদুগা লাইযিংথৌ অশিবগী লাইচৎশিংবু সনামহী লাইচৎ, লাইযিংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপগী লাইচৎশিংবু

পাখংবগী লাইচৎ অমসুং লাইবৈস্মা নোং থাঙলৈমগী লাইচৎশিংবু পাম্থোইবীগী লাইচৎ হায়নসু খঙনৈ।

মৈতৈগী উমংলাইশিং অসি অমুক লৈপাক নিংথৌগী লাই, শাগৈ লাই (খুদম ওইনা কৈশাম যুমজাও লাইবেন্থী), খুনগী লাই (খুদম ওইনা লাইযিংথৌ খম্লাংবা ককচীঙ খুনগী/খুঞ্জাশিংগী লাইনি), অসিনচিংবগী পবমদা খাযদোক্লবসু থেংনজে। লৈপাক নিংথৌগী লাইশিং অসিদসু শজিবু চৈবাউবনচিংবা লৈপাক্কী হবাউ-কুম্মৈশিং, নিংথৌনা ফম্বান তোংবা/কাবনচিংবদা থাদোক্লনা ঈবাৎ-পূজা তৌবা লাইশিং যাওবি। মদুগা অমলোমদা অমুক মৈতৈগী উমংলাইশিং অসি ৩শেংনমক মখল ওইনা খাযদোক্লনা লৈত্রগসু - (১) মশাগী ওইনা হাম্নদগী লৈজবক্লবা লাইশিং (খুদম ওইনা লাইযিংথৌ অতিযা শিদবা), (২) লাংওন ওইবা লাইশিং (খুদম ওইনা লাইযিংথৌ সনামহীস লাইযিংথৌ অশিবগী লাংওন্নি) অমসুং (৩) শাইওন ওইবা লাইশিং (খুদম ওইনা লাইযিংথৌ মৈবাবা, চীঙঙা লাইবেম্মগী মপুবোহবসি লাইযিংথৌ খোবীফাবগী শাইওন্নি) - হায়না মখল থাইদোকপা যাই।

## উমংলাইশিংগী খেন্নবা

মৈতৈগী উমংলাইশিং অসি অমমমদা লম নৎত্রগা লমতুপ/খুন (খুঙ্গং)শঙাকপা, যেনবা অমসুং পুবা, মালেম-তাইবং লৈশেম-নোংশৈম্বা, ঈশিংগী লাই ওইবা, মাযকৈ ঙাকপা, মহৈ-মবোংশিংগী মপু ওইবা নৎত্রগা ওংবী, অশি লৈপাক্কী লমদম পুবা অমসুং শেন্নবা, অসিনচিংবা হাযদুনা মাগী মাগী মথৌ, মশীন,

মতীক-মঙম, মপাঙ্গল অমসুং থৌদাং লৌবশিং ওইনা খায়দোক্লুনা লৈ। হাযবিবশিং অসিনা লাইশিংসিগী খেন্নবগী মশকশিংসি থোক্লকই নৎত্রগা থোকহল্লকই। মখোযগী মথৌ-মশীনগী নৎত্রগা মতীক-মঙমগী ওইনা লৈবিবদুদগী হেন্দুনা অহেনবা পোৎলম নৎত্রগা রাবম নীকুববদি মদু মখোয়না পীদে নৎত্রগা পীবা ঙমদে। মবম অদুনা পাল্লিবা পোৎলমদু মদু পীবা ঙম্বা লাই অদুগী মফমদা নীজবা তাই অমসুং মদুনা লাই অদুগী মতীক মগুণ ওইহল্লকই অমসুং ওই। অদবু লৈপাক নিংথৌগী ওইবা লাইশিংনা মতীক-মগুণ খব হেন্না লৈবা লাইশিং ওইনা লৌনদুনা খেন্নবগী পনখৈ অমা থম্বগুম্না তৈই।

ঈবাৎ থেল্লাৎকী লমদাংদা লাইশিং অসিগী লাইচৎ অমসুং লাইযাৎকী মতুংইন্না খেন্নবগী মচৎ-মতৌসিসু অদুম থাদোকপা যাদবা ওইনা লৈ। অদুগা লাইশিং অসি মানা মানা তৌখি পাংথোকখিবা থবক ওইনা মাগী মাগী রাবী-শীঙবুন্দা পীবিবা মতৌশিংদুনা হেন্না শাথী তমথীবা নৎত্রগা মতীক-মঙম লৈবা লাইশিং ওইনা লৌনৈ অমসুং মদুশিংদুনা লাইশিংদুবু থাজবা অমসুং অকিবগী লমদাংদা খেন্নবগী পবমশিং যাত্তুনা লৈ।

## ব্রাখোম-ব্রারোম

মীওইবনা মশাগী অকিবা-অথুকপনচিংবা অশোনবগী লমদাং অমসুং মবমশিংবু ঙাকথোক্লবগীদমক্তা লাইশিং অসিবু শেম্লকখিবনি। মখোয়সি মীওইবনা তৌবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈবা থবকশিং কয়া তৌবা ঙম্লবসু মীওইবগা শাবান-মূর্তিনচিংবদা মান্নবা, লমচৎ-শাজৎনচিংবা, যুম্বান-কৈবানসু মান্নবা ওইনা লৈ। মৈতৈগী উমংলাইশিং অসিসু হায়বিবা ফিবম ফিবেপশিং অদুদা লৈবিবনি। মৈতৈগী উমংলাইশিং অসি মহৌশা লাইবেম্বীগী মতীক-ময়াইশিংগী মহুৎ শিনবশিং, ব্রাখন্না শাগত্তুনা পুথোকপা লাইশিং, মপা-মপু লাৎপা মনাৎকী লাইশিং, মীবৈপাক্তগী পুশিল্লক্লগা মৈতৈগী উমংলাই ওইবকপশিং অমসুং মীওইবদা অমাঙ-অতাক থোকহনবা শা-উচেক, তীন-কাঙনচিংববু লাকশিন-থেমজিনবা লাইশিং হায়না মখল খায়দোকপা যাই।

মৈত্রবাক-মণিপুব অসিনা ইতিহাসকী অঙনবা অমসুং মযায় ওইবা মতম তাংককশিংদা লৈপাকসিগী নোংপোক অমসুং নোংচুপকী লমজাও লমদমশিংগী উন-শম্নফম ওইবনিনা হায়বিবা লমদমশিংসিগী মচৎ-মনাৎকী খুদোলশিং লৈপাকসিগী মীওইশিংগী মচৎ-মনাক্তা চঙদুনা লৈ। মদুশিংদুনা মৈতৈগী উমংলাইশিংসিগী মফমদা শাফু পীদুনা টিবেটানশিংগী পোন/বোন মনাৎকী ঈথিন, কয়ামকমসু চঙদুনা লৈ। অদুগা মৈতৈগী লাইবিকশিংদা লাই, তীন অমসুং মী/মীওইবনা লৈপাকসিদা পাল্লম্বা ওইনা পীবনা তীনশিং অসিগীসু চাওববা মফম অমা

কন্দুনা লৈ। মদুনা তীললিবেন, খায়বেন, লিন্দাওবেন, তাউবোইনাইনচিংবা লাইশিংগী মখল অমা লাইযিংথৌ অশিবা/অশীবা নৎত্রগা মহাক্কী লাংওন লাইযিংথৌ সনামহীগী মকম থুগ্গুনা লৈ। মখোযদু লাইবাৎ-থেল্লাৎকী লাইশোন-তীনশোনশিংদা য়াওববসু খুবম যাবিবা লাইশিংগী মবক্তদি থোইনা যাওদে। অদুগা লাইবাৎ-থেল্লাৎকী ওইনা লাইযিংথৌ অহুম অমসুং লাইবেম্মা অহুম, পুন্না লাই মখল তরুক্কী মশক অমসু লৈবি।

মৈতৈগী উমংলাইশিং অসিগী খেন্নবা অসিদি লাইশিং অদুনা মানা মানা পুবিবা মথৌ-মশীন অদুদা কাইদোংদুনা লৈবগুম তৌই অমসুং মদুশিংদুদা যুম্ফম ওইদুনা খেন্নে। অদুবু লৈপাক খ্বাইগী নৎত্রগা লৈপাক নিংথৌগী ওইবা লাইশিংনা অতৈ মবন্নাইগী লাইশিংদগী হেন্না মগুণ চাওবা, নৎত্রগা মতীক-মগুম লৈবগুম লৌনৈ। মীবৈপাক্তগী পুশিল্লকপনি হাযবা কাউথোক্লখিদুনা থোইদোকপা খেন্নবগী মিৎযেং লৈবা উদে।



## মরী-মখোঙ উৎচবা


**(ক) মৈতৈলোনগী**

১) রা:লু·স:, ১৯৮৯ - রাহেংবম লুখোই সিংহ, লাই হবাউবা (ইম্ফাল - ১৯৮৯)

২) চৈথা· কুম·, ২০০৫ - শ্রী লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, চৈথাবোল কুম্বাবা (ইম্ফাল - ২০০৫)

৩) ব:ক:স., ২০১২ - বি কুলচন্দ্র শর্ম্মা, মৈতৈ লাইনীঙ, হিন্দু লাইনীঙগী চাংদম-পাদম (ইম্ফাল - ২০১২)

৪) খ·চ·স·, ১৯৭৫ - খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, লোইযাম্বা সিনযেন (ইম্ফাল ১৯৭০)

৫) ই অ ১৯৮১ - ইবোম অমুবী, লৈহৌ নাউফমলোন (ইম্ফাল ১৯৮১)

**(খ) ঈংগ্রেজীগী**

1 R D A , 1974 - Reader's Digest Assn The Last Two Million years (London - 1974)

2 B N L , 1988-89 - B N Luniya, Life And Culture In Ancient India (Agra 1988-89)

# উমং লাই হরাওবগী কান্নবা অমদি ওইহন্নীংবা মশকশিং

— মুতুম চুবামণি মীতৈ

*প্রসিদেন্ট, হেবীকোন*

কংলৈ খুন্নাইদা লাই হবাওবা হায়বসি মমাংঙৈগী মতমদা অৱাং কৌব্রু অসুপ্পগী লাইফমদা ইহান হান্না পাঙথোকপা হৌখিবদগী ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা মথং-মথং পাঙথোক্তুনা লাক্লি। কংলৈ হবাওবা, চকপা হবাওবা, ককচীং হবাওবা, মোইবাং হবাওবনাচংবা, হবাওবগী মখল কয়ামুক লৈবগসু লাই হবাওবগী মপুং ওইবা থৌবমশিং অমদি নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি অমগা অমগা থোইদোক্লা খেন্নবা লৈতে, ইমান মান্নে। উমং লাই হবাওবনা ঐখোয়গী খুন্নাইদা পীবিবা কান্নবশিং অসি অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে হায়না হবাওবগী নুংগী ওইবা ৱাহন্থোকশিং মুন্না খঙবা অখঙ অহৈশিংনা ফোঙদোকপগী মথক্তা থৌবম অসিগী কান্নবশিং ঐখোযগী মীযাম্নসু খঙবগা লোযননা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা মথং-মথং পাঙথোক্তুনা লাক্লি।

উমং লাই হবাওবনা ঐখোযগী মীযামদা ৱাঙুলোনগী ফজববা ৱাখল্লোনশিং লৈশেম নোংশেল্লোন, মীহৌবোন,

লম্মীৎ- তুম্মীৎ পুৱাবী লমচৎ- শাজৎ, যূম্বানলোন, থকসি- খাসি, ফিজেৎ- চাকচা, জগোই- ঈশৈ, শান্ন- খোৎনবা, নাৎ, চৎনবী অমদি লাইনীংনচিংবা খুন্নাই মচাউখৎকী হীবম অসিনা ঐখোযগী লৌশিং পীদুনা ঐখোযগী শক্তম ঙাকপদা অচৌবা থৌদাং কযা যাদুনা লাক্লি। লাই হবাওবা অসিনা ঐখোযগী শক্তম (নেশ্নেল আইডেন্টিটি) গী মশক কযা পুদুনা লক্লি অমদি মসিগী ৱাংলবা কান্নবা মচাকশিং (ভেল্যুশিং) না মালেমদা ফুরুপ অসিবু শক তাকপদা মফম অমা অদুম্মক কন্দু্যা লাক্লি। লাই হবাওবগী থৌবমসিদা যাওন্নদুনা চৎলিবা চৎনবী, নাৎ অমদি খুন্নাইগী ওইফম থোকপা মচৎশিং, কান্নবা মচাকশিং অসি ঙাকপা মতমদা খুন্নাইসিগী ওইবা থকসি- খাসি, লমচৎ- শাজৎ, শেন্নীৎলোন অমদি ঐখোযগী শক্তম (নেশ্নেল আইডেন্টিটি) গী মতিক মযাইশিং হেন্না হেন্না ৱাংখৎফম থোকই। লাই হবাওফমদা লৈবিবা খুন্নাইগী থকসি- খাসি, হবাওবদা শেৎলিবা নাৎকী ফিজোল, শাবিবা-শক্লিবা কষ্টমবি জগোই অমদি ঈশৈ পুন্সিবোনগা শম্নবা (থাদোক্লবা যাদ্রবা) ৱাবী অমদি থৌবমশিং অসিনচিংবা পূম্নমকসিনা ঐখোযগী শক্তম তাকপদা অমদি ঐখোযগী লৈঙাক্লোন অমসুং শেম্মীৎলোন্দা চাওনা মতেং পীদুনা ঙসি ফাওব লাক্লি।

## ক) উমং লাই হবাওবগী কান্নবা :

কংলৈচাশিংগী যেলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা অবিবা লাইনীংগী মরু ওইবা শকক অমা ওইবিবা উমং লাই হবাওবা হাযবা অসিনা লমদম অসিদা লৈবিবা মীওইশিংনা কান্নবা কযামুক পীবি।

## উমং লাই হবাওবা অমসুং লৈশেন্নোন ঃ

কোবৌ নোংলিংলোন মালেম শৈশেন্নোন শমজিল্লগা লৈশেন্নোন হায়বগা খঙনবিবা অসিমক্তি লমদম অসিদা লৈবক্লিবা মৈতৈশিংনা থাগোন্নদুনা লৈবক্লিবা অবীবা লাইনীংগী যুম্ফম্নি। ঐখোযনা হবাওনবিবা উমং লাইশিং অসি অবীবা লাইনীংগী যুম্ফম্ননি। ঐখোযনা হবাওনবিবা উমং লাইশিং অসি অবীবা লাইনীংগী যুম্ফম ওইবিবা লৈশেন্নোনগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মবী অমনা শমজিন্নদুনা লৈ। উমং লাই হবাওবগী থৌবম্না অমাইবা-অমাইবী পেনা শকপশিং অমদি মীযামদা লৈশেন্নোনগী ৱাবীবু খঙহল্লি। তবং-মালং ওইবা তাইবঙপানদগী মালেম লৈকোয়বু শেমদুনা লৈশেম নোংশেন্নকপা মীহৌবোল মৈহৌবোন লাকখিবগী অৱাংবা ৱাখল্লোন মীবোন্দা কোম্মোগোনিগী ৱাবী লৈবা মালেমগী মশিং যামখিদ্রবা লৈবাকশিংগী মনুংদা ঐখোযাগী ঈবমদম কংলৈপাকসু অমনি হাযবগী ৱাবী উমং লাই হবাওবদা মযেক শেংনা যাওবি। মালেম শেন্নবা মতুংদা ঙানু, খুনু, যোং, মী, মথং-মথং তাইবঙ মপুনা শেন্নকখি হাযবা ৱাবীশিং অসি হৌজিক্কী মতমগী সাইন্টিফিক ইভোলুসনগা যাম্না চান্নবা ৱাখল্লোন্নি।

## খ) উমং লাই হবাওবা অমদি খুম্ভোক খুন্দাবোন ঃ

ঐখোয়গী ঈবমদম কংলৈপাক কবম্না ওইবকখি, ঐখোয়গী খুম্ভোক খুন্দা কবম্না কবম কবম্না মফমদা মতমদা

ওইবকখি হায়বসি কংলৈপাক্কী মফম কয়াদা শন্দোক্তুনা লৈবিবা তোঙান- তোঙানবা উমং লাইগী লাইফমশিং খুভমশিং অমদি মখোয়গা শাগোন্নবিবা ৱাবীশিংনা তাক্লি। হৌজিক্কী মতমগী আর্কিওলোজিষ্ট অমদি এন্থ্রোপোলোজিষ্টশিংনা লমদমসিদা মীনা খুম্থোবকখিবসি চান্দেলগী সোংবু শুকং, উখ্রুলগী খঙখুই শুকং, তমেংলোংগী থাবোন শুকং, অৱাংবা চীংদোলশিং অমদি অতোংবা চীংদুমশিংদনি হায়না ফোঙদোক্লখ্রবনি। মসিমক উমং লাই হবাওবগী অহানবা মফম কৌব্রু চীংদা লৈবিবা অৱাং কৌব্রু অসুপ্পগী লাইফম্লেন, শেলোই লংমাইচীংদা লৈবিবা উমং লাই হবাওবগী অনীশুবা মফম ওইবিবা নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবীগী লাইফম্মা মযেক শেংনা তাক্লি। মোইবাং থাংজিং কোযবেল লাইগী লাইফম্লেন থাংজিং চীংদা লৈবিবা খানা চাউবা ৱাংপুবেনগী খুভম অনাল খুলেন্দা লৈবিবশিং অসিসু পনবা যাবা খুদমশিংনি ।

## গ) উমং লাই হরাওবা অমসুং লন্মীৎ- তুন্মীৎ :

লমদমসিগী চীং, পাৎ, তুবেল, চীংলোন, চীংদোলশিং, তম্পাকশিং, খুঙ্গং লৈকাইগী লন্মীৎ- তুন্মীৎ মফম অমগা অমগা লৈনবা মবীশিং, খুন্দাবিবা তোঙান- তোঙানবা ফুকপশিং, য়েক সলাইশিংগী পুৱাবী, পুন্সিবোন অমগা অমগা লৈনবা মবীশিং উমং লাইগা শাগোন্নবিবা ৱাবীশিংনা মীবোন মীবোনদা তম্বীদুনা লাক্লি। খুদম ওইনা মোইবাং লাই হবাওবদা লমদমসিগী খ্বাইদগী চাওবা থুমহী চেন্দবা পাৎ ওইবিবা লোক্তাক পাৎকী শক্তম শৈথাবি অকোয়বগী চীংজাওশিংবুসু মবম অমমমগা কোন্ননা শৈথাবি।

## ঘ) উমং লাই হবাওবা অমসুং জগোই- ঈশৈ ঃ

উমং লাই হবাওবনা ঐখোযগী খুন্নুং ঈশৈ অমদি জগোইগী হী যাইনা চাওববা নাৎকী পুক্কে লনগৈগী শকক অমা চহি লিশাং শিংনা যোকখত্তুনা ঙাক্তুনা লাক্লি। মীওই যুকপ অমগী মশাগী শক্তম্বু মালেমদা শক তাকপদা অচৌবা খঙগে নৈনগে হাযববদি উমং লাই হবাওবা হাযবসিনা খ্বাইদগী মতিক চাববা মপুং ফাববা মফম অমনি। হাযবিবা ঈশৈ, জগোইশিং অসিগী মনুংদা ব্রাহম্লোক মুন্না খঙদুনা ঐখোযনা পাবী পুবীগী লিক্লম ঙাক্তুনা কংলৈচাশিংগা শাগোন্নবকপা নাং চৎনবী, লাইনীং, লাইশোন অমসুং থাজনবী কযা মশক থোক্লা নৈদুনা ঐখোযগী শক্তম মালেমগী মীযামদা তাকপা ওমদি ঐখোযগী তোপ- তোপ্পা শক্তম ঙাক্তুনা থম্বদা মতেং ওইগনি। উমং লাই হবাওবদা শক্লবিবা মক ওইবা খুন্নুং ঈশৈ খবদি - (ক) অযুক্তা - হযি হয়ুমনা হৌদুনা যকাইবোল শকপা (খ) নৈ লাংবা লোইবগা অমাইবনা লাইবুঙগী শম্লোঙ পাংবা শকক্তা হৌ হা হাযনা হৌই লাউদুনা শকপা (গ) অনোইবোন (ঘ) ব্রাকোল (ঙ) পাউ- শা (চ) নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্লোইবী অনীগী অবায- অখুম খুৎলঙ ঈশৈ (ছ) ঔগ্রী (জ) খেঞ্জো (ঝ) কে ক্রে - কে (ঞ) লৌতাবোন (ট) ফিবুল হাবী ((ঠ) হিজিং হিবাও (ড) নোঙ্গাবোন অসিনচিংবনি। অদুগা লাই হবাওবদা শাবিবা জগোই খবদি অখঙ - অহৈশিংনা ফোঙদোকপীবগী মতুংইন্না (১) লাইচিং জগোই (২) হকচাং শাগৎপগী জগোই (৩) যুমশাবোন জগোই (৪) পামযানলোন

খুৎথেক (৫) ফিশাবোন খুৎথেক (৬) লোং খোনবা খুৎথেক (৭) লাইকৌলা থাবগী লাইবৌ জগোই খুৎথেক্লচিংবা পুন্না জগোই খুৎথেক ৩৬৪ দগী তাদনা লৈ হায়বীবি। মসিগী মথক্তা থৌগল জগোই ওইনা শাবা জগোই খুৎথেক কয়া অমসুং লৈবি। অসুম্না উমং লাই হবাওবনা মমল যাম্নবা খুন্নুং ঈশৈ অমদি জগোইগী খুৎথেক শাথেক কযাবু মতম শাংনা যোক্তুনা থম্বীবি।

## ঙ) উমং লাই হবাওবা অমসুং শান্ন-খোৎনবা ঃ

উমং লাই হবাওবা হাযবসি থাঙ-তা অমসুং শান্ন-খোৎনবগা তৎন-থানবা যাদ্রবা লাইনীংগা মবী লৈনবা হবাউ-কুম্হৈ ওইনা যাম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী লৈবক্লি। মসিমক্লসু ঙসি লমদমসিগী শান্নবোই কযানা মালেমগী শান্নবুং কযাদা শরুক যারুবদা লানঙম ফিবাল থেক্তুনা অযাম্না মতমদা মায পাক্লক্তুনা লমদমসিগী মিংচৎ পুবকপা ঙল্লিবনি। ঐখোযগী মীযাম্না মশা মউ ফনা অমদি যেলহৌমীশিংনা শান্নবকপা মশান্না কযা হাযবদি থাঙ-তা, মুক্না-কাংজৈ, মুক্না, লমজেল, শুক লংবা, নুঙ লংবা পৌ চিংনবা, মাঙজোং, চেঞ্জোং, হিযাং তান্নবা, শগোল কাংজৈনচিংবা মশান্না কযা উমং লাই হবাওবগা শাগোন্নদুনা লাক্লি। মবম অসিনা উমং লাই হবাওবনা যেলহৌঙৈগী মশান্নশিং (ইন্দিজেনস গেমস) শিং যোকখৎপগী অফবা মফম অমা ওইবি। শগোল কাংজৈ অসি যোকখৎলগদি মাঙখিগদৌবিবা, মুৎখিগদৌববা শগোলবুসু কনবা ঙমগনি।

## চ) উমং লাই হবাওবা অমসুং তোঙান- তোঙানবা ফুকপ / কাঙলুপশিংগী মবক্তা লৈনবা মবী ঃ

উমং লাইশিংগী মরু ওইবা লাইফম কয়া কংলৈপাক্কী চীং অমদি তমগী তোঙান- তোঙানবা মফম কয়াদা শন্দোক্লুনা লৈবা মবম্না লমদমসিদা খুন্দাবিবা ফুকপ কাঙলুপশিংগী মবক্তা নক্লবা মবী লৈনৈ, হৌবকফম তিন্নৈ হাযবসি মযেক শেংনা উৎলি। মোইবাং থাংজিং কোযবোল লাইগা থাংজিং চীংজাও তাবা কোইবেংশিংগা নক্লবা মবী লৈনৈ মখোযগা শাগোন্নবকপা লাইনি হাযবগী থাজনবি লৈবি।

মাযকৈ ঙাকপা লাইশিংগী থাক্তনা লৈবিবা লাইযিংথৌ ব্রাংববেলগী তালোয লৈমশিংগী মনুংদা অনাল চনু, তবাও চনুনচিংবা চীংমী চনু কয়া যাওবি। লাইযিংথৌ খানা চাউবা লোকনিংথৌ অসিমক লাইযিংথৌ ব্রাংববেলগী তালোয লৈমশিংগী মনুংদা অনাল চনু সংখু লৈমনা পোকপনি। ঈবিল তুবেল তম্পাক্তা উমং লাইকোননুং কয়া লৈবিবা হাওবৈমা শান্থবী লুইবালা হাওমা লীক্লাং থাঙরাই পাখংবগী মশানৌ লাইবেম্মা খন্নাং তাউবী অসি চোথে খুল্লাকপগী মমোম্নি। উমং লাই অমসুং ওইবিবা লাইযিংথৌ নোংশাবা হাযবসি মন্তক চীংখুলগা থাদোক্লবা যাদে।লাই হবাওবা লোইবা নুমিৎকী মরু ওইবা থৌবম অমদা তাংখুল হুইতোপ পাখং অমসুং শাবম নুবাবী হাযনা তাংখুল শাবা নুবাবী শাবী যাওবিবসিসু চীংমী- তম্মী অমত্তনি উৎপনি হায়জনীংই। উমং লাই হবাওবনা হৌজিক অমদি তুংগী মীবোলদা

চীংমী- তম্মী অমত্তনি নুংশি চান্ননা লৈত্রবদি পুম্নমক্কী মাংজবা ওইগনি হাযবা পাউজেল অমদি পীবি।

## ছ) উমং লাই হবাওবা অমসুং মহৌশাগী অকোয়বগী ফিভমঃ

উ- রা, নাপী- শিংবি, হৈ- লৈ, শা- ঙা কযা ঐখোযগী ইবক্তা শাগোন্নদুনা লৈগদবনি হাযবা রাখল্লোন্দা মখোযগী মতিক মযাই শৈথাদুনা মফম চানা শীজিন্নবগী হাযবদি মহৌশাগী ঐখোযগী অকোযবগী ফিভম ঙাক শেনবগী বাখল্লোন উমং লাই হবা ওবদা যাওবি। ঐখোযগী অকোযবদা লৈবিবা চীং, পাৎ, তুবেল কযাগী মরু ওইবা অমদি মতিক মযাইশিংবু শৈথাদুনা তাইবঙ মী ঐখোযগা থাদোক্লবা যাদবনি হাযবা তাকপীবি। খুদম অমত্তং হাযববদা লাই হবাওবদা লাই ইকৌবা হাযবা থৌবম অমা যাওবি। লাইফম লাইফমগী লাইশক লাইচৎ থেন্নবগী মতুংইন্না থেনগৎপা যাবা যাদবা হৈ- লৈগী মখলশিং পীবি। যেক সলাইশিংগী তোঙান- তোঙানবা ফৌশক্লচিংবা লৈবি। যেক সলাইশিং অসিগী তোঙান- তোঙানবা ঈক ঈশেং লৌফম অমদি লাইফমশিং লৈবি। উমং লাইগী লাইকোন খুদিংদা হৈ- লৈ, উ- রা হিদাক ওইনবা মনা- মশিং, নাপী- শিংবি কযা মবাং কাযনা থাদুনা উমং যোকখৎপগী তঙাইফদবদু থবক্লা উৎলি। মবম অসিনা উমং লাই অমদি লাই হবাওবনা ঐখোয়গী মীযামদা মহৌশাগী অকোযবগী ফিভম নীংথিনা ঙাক্কদবনি হায়বদু তম্বীবি। লাইকোনশিং অসিদা পোশ্নী চেক্লা কযা অমদি থব্বায পানবা কয়াগী চংজফম লৌবি।

উমং লাই হবাওবদা লৈ লাংবা হাযনা যাওবিবসিনা ঐখোয়না লৈ মখল কয়া য়োকখত্তুনা থমগদবনি হায়বসি উৎলি।

### জ) উমং লাই হরাওবা অমসুং খুন্নাইবোনদা তম্বীবিবশিং :

উমং লাই হবাওবনা খুন্নাইবোনগী চৎন- কাঙলোন কযা অমসু হকথেংননা তম্বীবি। উমং লাই হবাওবদা উমং লাইগী লাইকোন্দা ভাক্কদবা থকসি- খাসি থৌগল্লোন কয়া অমা লৈবনা লাইগী লাইকোন অসি খুন্নাইগী চৎনলোনগী অমদি থকসি- খাসি তম্বগী মপুং ওইবা মফম অমা ওইবি। লাই হবাওবদা মক ওইনা লৈবিবা ফমদৌশিং হাযবদি লাই শেল্লুংবা, লৈবোইহঞ্জবা, লাবোইহঞ্জবা, শিংলোইহঞ্জবা অমদি অমাইবা- অমাইবী, পেনা শৈশকপা লোয়ন- লোযননা খুনগী অহল- লমন, নুপা- নুপীশিংগী ফমফম মফম নাইনা লৈবিবা মানা- মানা তৌগদবা মথৌ মওমশিং পীবিবা অসি ঐখোয়গী খুন্নাইবোন তম্বীবিবনি। লাই হবাওবগী থৌবমগী মনুংদা তৌহৈবা- তৌহৈদবা, চাহৈবা- চাহৈদবা কযা খাযদোক্তুনা থম্লিবসি খুন্নাইগী থকসি- খাসি (সোসিয়েল ডিসিপ্লিন) তম্বীবিবনি। খুঞ্জাও লৈচাওনবা জগোই শাবিবসি মশিং হেনগৎহন্নবগী (পোপুলেসন ইডুকেসন) পীবিবনি। হকচাং শাগৎপগী জগোই উৎলিবা ঈশৈ শক্লিবসি কবম্না মীওইবা পোক্লকই হায়বসি তম্বীবিবনি। যুমশাবোন জগোই, লৌতাবোন, ফিশা জগোই, লোংখোন জগোইনচিংবা কয়া শাবিবসি ঐখোযগী যুম্বাল্লোন, খুন্নাইবোন অমদি শেম্মীৎলোন তম্বীবিবনি।

## ঘ) উমং লাই হরাওবা অমসুং ঐখোয়গী লাইনীং :

উমং লাই হবাওবনা ঐখোযগী লাইনীংগী মরু ওইবা লাইশোন- তিনশোন কযা অমা মতম চুপ্পদা থৱায় হাপ্তুনা থম্লি। উমং লাই হবাওবদা অমাইবা- অমাইবী অমদি পেনা অশৈবশিংনা শোল্লিবা লাইশোন তিনশোন খবদি ঐখোযগী লাইনীংগী থৌবম খুদিংমক্তা থাদোক্লবা যাদ্রবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা (১) যুমদাই নাকশেং (২) ঈরু লাইশোন (৩) অনম অথৌ (৪) নহাইবোন (৫) অতাই লাইশোন মঙা অসিদি অযাম্বা লাইনীংগী থৌবম খুদিংদা শীজিন্নৈ। লাই হবাওবদা শীজিন্নবিবা তুতৌবোল তুতেংলোন অসি চুকশাবগী থৌবমদা, কোনথাবোনবু কোন যাই হুনবদা অদুগা যুম কৈ শেংবদনা যুমদাই নাকশেং শীজিন্নৈ। মসিদসু নত্তনা উমং লাই হবাওবদা লাইযিংথৌ লাইবেম্মশিংগী মিংখৈবোন লাইশোনশিং মপুঙ ফানা শীজিন্নবি। তশেংনা হাযববদা উমং লাইগী লাইফমশিং ঙসি ফাওবা ঐখোযনা ঙাক শেন্দুনা থম্বা অমদি লাই হবাওবগী থৌবম্না মবম ওইবগা মীবোন কযা মীবমগী লাইনীং লম্বীদা ঐখোযগী মীযাম্না চৎথ্রবসু ঐখোযগী ইশ্যাগী ওইবা অৰীবা লাইনীংনা ঙসি ফাওবা মুৎপা নাইদনা লৈবিবনি। মবম অসিনা উমং লাই হবাওবা হাযবসিদি ঐখোযগী লাইনীং লম্বীগী মচাক কযাবু ঙাক্তুনা থম্লিবা মমল নাইদ্রবা পুক্কে লনগৈ অমনি।

## ঞ) উমং লাই হরাওবা অমসুং মালেমগী মফম কয়াদা খুন্দাম্লবা কংলৈচাশিং :

কংলৈচাশিংগী অপুনবীগ মবী অমা শাগৎপা অমদি তশেং- তশেংবা শক্তম ঙাকপদা উমং লাই হবাওবনা অচৌবা

মফম অমা কন্দুনা লাক্লি। ম্যান্মারদা, বঙ্গলাদেশতা, আসামদা খুন্দাখ্রবা মৈতৈশিংনা লাই হবাওবা পাঙথোক্লুনা লমদম লমদমদুদা খুন্দাবিবা মৈতৈশিংগী মবক্তা চান্ন- চীন্ননা হিংমিন্নবগী অচেৎপা মবী অমা শাগৎপগা লোযননা মীতোপশিংগী মমাংদা ঐখোযগী ফজববা তোপ- তোপ্পা শক্তম, নাৎ, চৎনবী, পুন্সিবোন অমদি লাইনীং লোন নৈজে হাযবদু মযেক শেংনা খঙহন- উহন্দুনা লাক্লি। ঙসিদি কংলৈচাশিংনা মালেমগী তোঙান- তোঙানবা মফম কযাদা চোইনা খুন্দাখ্রে। অসিগুম্বা চোইনা খুন্দাখ্রবা কংলৈচাশিংনা উমং লাই হবাওববু মওং চুম্না মখোযনা লৈক লৈকবিবা মফমদুদা পাঙথোক্লবদি কংলৈচাশিংগী মবক্তা নুংশি চান্ননা অমত্তা ওইবগী মবী শাগৎপগা লোযননা ঐখোয়গী শক্তম কন্দুনা ঙাক্লুনা থম্বা ঙমগনি। মসিনা মতম চুপ্পদা চোইনা খুন্দাখ্রবা কাংলৈচাশিং অমদি কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিংগা থাদোক্লবা যাদ্রবা নুংশি মবী অমনা পুনশিনবীগনি।

## ট) উমং লাই হবাওবা অমসুং গ্লোবেলাইজেসন :

ঙসি মালেমসিদা লিবরেলাইজেসন অমসুং গ্লোবেলাইজেসনগী অকনবা শাফু অমনা কন্না হুন্নক্লে। মসিবু হৈনা শিংনা মাযোক্লবা অমদি লোযনদুনা চৎপা নত্তনা কনা অমত্তনা থিংলুবদি ঙম্লবোই। ঐখোয়না মসিবু হৈ শিংনা থেংননবা অমদি ঈবোইননা চৎমিন্ননবা থৌবাং তৌবা তাই। মীশিং য়ামজদবা অপীকপা য়েলহৌমী ফুকপ খবদি গ্লোবেলাইজেসনগী শাফু ফংবদা শোযদনা মুৎখিবা য়াই হায়না অকনবা ৱাফম কয়া ফোঙদোক্লবি। গ্লোবেলাইজেসনগী শাফুনা হুম্বদা মাঙখিগদৌবিবসি অপীকপা

য়েলহৌমী ঐখোয়গী নাৎ অমদি শক্তমদুনি । ঐখোয়না উমং লাই হৰাওববু মতমগা চুনবা মওংদা মাগী লৈজবক্লিবা তোপ- তোপ্পা শক্তম অমদু ঙাক্লা লিশাং শিংনা মসিনা ঐখোয়গী খুন্নাইদা পীবিবা কান্নবশিং কায়হন্দনা পুথবা ঙম্লবদি গ্লোবেলাইজেসনগী শাফুদগী ঐখোযগী নাৎ অমদি শক্তম কনবদা ঐখোযগী তোপ- তোপ্পা শক্তম কনবা ঙমগনি। মসিমক ঐখোযনা গ্লোবেলাইজেসন থেংননবগী তৌবা থৌবাংশিংগী মনুংদা অমা ওইবা যাই।

## লাই হরাওবগী ওইহন্নীংবা মশক

ঙসিদি ঐখোযগী খুন্নাই অসিদা লৈবিবা ঐখোয অয়াম্বা অচুম্বা মশক খঙবা ঙমদবা, অশাংবা মীৎযেং লৈতবা অমদি পান্দম অমগীদমক খাঙবা কন্না হনবা লৈতনা হোৎনবা ঙমদবা ওইবে। ঐখোয় মীওইবগী মতিং মাঙশিল্লক্লে। মপালগী ঈথিল কয়ানা হিবম খুদিং, মাযকৈ খুদিংদা চৈথেং কযা পীববে। অচৌবা ফুকপশিংনা ঐখোযবু যোৎশিনগদবগী মীৎকুপ অমা লাল্লোং কযা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লি। হাযবিবশিং অসিগী চৈফু- চৈথেং ঐখোযগী উমং লাই হবাওবদসু তত্তনা যৈববি। মসিমক্লা মবম ওইদুনা শেংলবা লাই হবাওবগী থৌবমদা যাম্না তায়োন্নবা মওংদা চিত্রহাব, চিত্রমালা, ফিল্ম অমদি মতমগী ঈশৈ, বিহু অমদি বঙ্গ্রা জগোইনচিংবা মীবমগী অমদি ঈথক- ঈবাং পুবা কুম্মৈ কয়া লাইমাঙদা তৌশিন্নবকপদা কনানসু ৱাহৈ অমত্তং হায়দুনা থিংদ্রি, অহোইনদুম মীযাম্না যাম্না পাম্নদুনা নোংমা- নোংমগী চৎনবী অমগুম হেন্না হেন্না পাকথোক চাওথোক্লা চথবক্লি। চানদবা

ফিজেৎ, জগোই ঈশৈ অমদি ময়ায় কাবা চীঞ্জা চাশিন্দুনা লাইমাঙদা চঙশিন্নবকপা অসিনা ঐখোয়গী পাবী- পুবীগী লিক্লম তুংইন্না লাক্লিবা চৎনবীশিংদা নাৎ, লাইনীং অমদি খুন্নাইগী থকসি- খাসিগী কান্নববা মচাকশিংদা অচৌবা চৈথেং কয়া পীববি। ঐখোয়গী মীয়ামদা শুনীং- নোম্নীংবগী, ইশাগী চৎনবী ঙাকপগী, ইখুন্নাই নুংশিবগী, ইশানা ব্রায়েঞ্জবগী, অচুম- অবান লেপ্পগী, ইশাগী শেন্মীৎলোন অমদি ইশাগী শক্তম কনবগী ব্রাফমশিং অসি ঐখোয় পুন্নমক্না লুনা লৌনদ্রি। থৌশা- ব্রাশানদ্রি। ঐখোয়গী খুন্নাইনা ঙসি মাঙলোমদা চত্তুনা মালেমগী চাওখৎ লমজেন্দা শরুক যাবা ঙমদ্রিবসি মবম কয়ামুক লৈববসু মরু ওইবদি ঐখোয়গী খুন্নাইগী ওইফম থোকপা অমদি চৎফম থোকপা থৌদাং অমদি শক্তমশিং মযেক শেংনা খঙহন্নবসু থবক ওইনা পাঙথোক্তুবসিনি। ঐখোয়গী খুন্নাইনা হিবম কয়ামুক্তা মনিং হন্না চৎলকপগী মবমদি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা, তানা তানা তাশিন্নদবা তৌফম থোকপা ঈথৌদাংশিং পাঙথোক্লদবা, থৌশা- ব্রাশাদবা (কলচর ওফ এপাথী) লৈবননি।

লাই হবাওবগী ওইফম থোকপা মশক অমদি শক্তম মযেক শেংনা থোবক্তুনা ঐখোয়গী মীয়ামদা পীফম থোকপা কান্নবশিং ফংহন্নবগীদমক বাফম কয়ামুক মবী লৈনবা খুদিংমক অমদি ঐখোয়গী মীয়ামদা থমজবি।

১। লাই হবাওবিবা উমং লাই অদুগী হৌবক ব্রাবী অমদি মবমদা লাইবুংদা লাই হবাওবগী থৌবমগী মাংওন্নবা

নৎত্রগা হবাওবা হৌবা নুমিত্তবা নৎত্রগা খুদোংচাবা নুমিৎ অমদবা লাই থৌগল লুপ্পা শোয়দনা খুঞ্জা মীয়ামদা খণ্ডহনবিবা মথৌ তাই।

২। লাই হবাওবা পবম চুম্না পাঙথোক্লবগীদমক লাই হবাওবা অসুপ্পা অসিনা অবাং তৌবিবা পাবী- পুবীগী লিক্লম কায়দনা লৈবক্লিবা লোযশঙশিং মীযাম পুন্না যামিন্নদুনা মপাঙ্গল কন ংহনবা চংই। মশানা ওইফম থোক্লবা অসুপ্পা মপু অমদি ব্রাযেল থৌদা তৌবিবা লোযশঙশিংবু খঙনা খঙনা খঙশন্নদনা যৈখাই থিনগাইবা পীবিবা মীওইশিং / কাঙলুপশিং খুন্নাইগী ওইবা য়েক্লবনি ইনাৎ লাইনীংগী যেক্লবনি খন্না মীযাম পুন্না যান্নমিন্নদুনা ব্রাখল তাহনবা চংই।

৩। লাই হবাওবগী অসুপ্পা মপু ওইবিবা অমদি ব্রাযেল থৌদা, অশিন অবাং তৌবিবশিংনসু লাই হবাওবগী মবম, নুংগী ওইবা ব্রাহম্লোক মমুৎ তানা খঙবগা লোযননা লাই হবাওবগা মবী লৈনবা মখা থাবা মীওইশিং অমদি থৌগল লুপশিংনা পাউতাক থিবকপদা মতিক চানা মপুং ফাবা পাউখুম পীবিনবা শিনগদবনি। অশিন অবাং, ব্রাযেল থৌদা অমদি লোয়শঙ শেন্নবগী থবক তৌবিবশিং মতমগা চুন্নবা লৌশিং লৈবিগদবনি। ইনাৎকীদমক কখোকপগী ব্রাখল লৈবিববশিংনা যাবিবমখে লোয়শঙগী থৌ পুবিযু।

৪। লাই হবাওবগা মবী লৈনবা অখঙ অহৈশিংগা লাই হবাওবগীদমক লৈবিবা লোয়শঙশিংগা মুন্না তান্নবিবগা

লাই হবাওবগী অকুপ্পা মচল শুববা, মপুং পাববা চৎন- কাঙলোন শেম্বীদুনা থম্বীগদবনি। মসিদা খুন্নাইগী থকসি- খাসি ঙাক্লা তৌগদবা তৌবোইদবশিং মচা তানা ইদুনা থম্বীগদবনি। অমাইবা, অমাইবী পেনা অশৈবা, লাই শেলুংবা, লাই থৌগল লুপকী মী ওইশিং খুঞ্জাগী মী ওইশিং হাযবদি মীযাম্ন সু তৌগদবা তৌবোইদবশিং মযেক শেংনা ইগদবনি।

৫। লাই হবাওবদা হকথেংননা থৌদাং লৌবিবা অমাইবা, অমাইবী, পেনা অশৈবশিংনা লৈবাক্কী ওইনা পাবী- পুবী হাক্তুক্তগী লৈবক্লিন লাই হবাওবগী লোযশঙ (সনা কোনুং) দগী অযাবা লৌগদবনি। লোযশঙ কাবা মাইবা, মাইবী, পেনা অশৈবা ওইগদবনি, মাগী মাগী থৌ পুবিবা হিবমদুদা নীংথিনা মপুং ফানা মহৈ তম্লে হাযবগী শক্তাক চে পাযগদবনি।

৬। লাই হবাওবগী থৌগল লুপ খুদিংমক অমদি লাই শেলুংবা খুদিংমক লাই হবাওবগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্নোক মমুৎ তানা খঙবগা লোযননা লাই শেলুংবা ওইবগী ঙাক্লা চৎকদবা লমচৎ- শাজৎ, চাকচা- ইথক লৈবগুম লাই থৌগল লুপকী থৌমীশিং অমদি ফমদৌশিংগীসু অকক্লবা লমচৎ- শাজৎ, চৎন- কাঙলোনশিং লৈহনগদবনি। মসি অখঙ- অহৈ, অহন- লমনশিংগা তান্নবগা লাই হবাওবগীদমক লৈবাক্কী ওইনা সনা কোনুংদা লৈবিবা লোয়শঙদা থৌবাংবিগদবনি।

৭। লাই হবাওবা মতমদা লাই থৌগল লুপশিংনা লাই হবাওবগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্লোকশিং মচা তানা মীয়ামদা খণ্ডহন্নবা মতমগা চান্নবা মওংদা তম্বিবগী (ইডুকেসন) পিবগী থৌবম তৌবিগদবনি। খুদম ওইনা অইবা চেজাই পিবা, নৎত্রগা অতেনবা ডোক্যুমেন্টবি ফিল্মশুম্বনা ওদিও- ভিজুযেল ইফেক্কা লোযননা মীযামদা লাই হবাওবগী মবম অমদি ঐখোযগী খুন্নাইদা কান্নহনগদবশিং তম্বিগদবনি। মবক মবক্তা লাইবুংদা লাই হবাওবা মতম নত্তবদা অখণ্ড- অহৈশিং তান্নবগা লাই হবাওবগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্লোক অমদি হৌজিক মতমদা ওইফম থোকপা মসিগী মশক্কী মতাংদা খন্ন- নৈনবা মীফম শিনবিগদবনি।

৮। লাই হবাওবগীদমক লৈবাক্কী ওইনা সনা কোনুংদা লৈবিবা লোযশঙশিং পুবিবিবশিং, লাই হবাওবদা যাওবিবিবা অমাইবা, অমাইবী, পেনা অশৈবশিং, লাই থৌগল লুপকী থৌপুবশিং, লাই শেল্লুংবশিং, খুন খুন্দা লৈবিবা ক্লবশিং, মৈবা পাযবী ইমা- ইবেলশিং অমদি খুঞ্জা মীযাম্না লাই হবাওবগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্লোক মশক খঙনা ইশা ইশানা লৌগদবা থৌদাংশিং পুকচেল শেংনা পাঙথোক্লদুনা লাই হবাওববদি মপুং ফাবা ব্রাহম্লোক লৈবা লাই হবাওবা ওইদুনা ঐখোযগী খুন্নাই চাউখৎলক্কনি।

৯। লাই হবাওবদা মবী লৈনদবা থৌবমশিং হাযবদি লাই হবাওবগী নত্তবা জগোই ঈশৈ, চিত্রহাব, চিত্রমালা, ফিল্ম

ঈশৈ, মতমগী ঈশৈনচিংবা থৌবমশিং লাই হবাওফমদা তৌহন্দবা।

১০। লাই হবাওফমদা হকথেংননা য়াওবিবিবা মবী লৈনবা মীওইশিং অমদি য়েংবা লাকপিবিবশিংনা ময়ায কাবা চীঞ্জাক চাবিবোইদবনি অমদি লাই হবাওফদা লৈবিবা ঐখোযগী খুন্নাইগী থকসি- খাসি ঙাক্কদবনি।

১১। লাই হবাওবগী থৌ পুবিবশিংনা লাই হবাওবগা মবী লৈননা হাওসি নৎত্রগা কবিগুম্বা মখল অমত্তগী অবানবা পাম্বৈনা হবাওনবা শেল তানবিবোইদবনি। মসিগী মহুত্তা মীযাম্না মবোমদোম লাই হবাওবদা শকক য়াবনবা মপুং ফাবা ৱাখল্লোন পীগদবনি।

১২। লাই হবাওফমগী অকোয়বদা ফত্তবা থবক অমত্তা তৌহনবিবোইদবনি। মরু ওইনা ময়ায় কাবা চীঞ্জাক যোনবা, চাবা, থকপা অমদি খুন্নাইগী চৎনলোন কাযবা থবক অমত্তা তৌহনবিবোইদবনি। লাই হবাওববু ইচম চম্বা হবাও কুম্মৈ অমা ওইনা উহনবিবোইদবনি।

১৩। লাই হবাওবদা মতম য়াম্না শাংনা কায়থোক্কুনা নুমিৎ যাম্না হবাওবিবোইদবনি। হবাওবিঙৈ মনুংদসু নুমিৎ খুদিংগী অহিং অথেংবা ফমওবা থেংনা থেংনা হবাওবা তৌবিবোইদবনি।

১৪। হৌজিক মতমগী মখোল য়াম্না হৌবা মাইক অমদি স্পীকবশিংদা লাই হবাওবগী থৌবমগী অহৌবা খোঞ্জেল

থাদোক্লুনা নিল- খোংবা যাম্না হেনগৎহল্লোইদবনি। মসিনা মবম ওইবগা মহৈ তন্নিবা মহৈবোযশিংগী লাইবিক পাবদা, শিনফম কয়াগী মীওইশিংগী পুন্সিদা অমদি অনা- অয়েকশিংদা অপনবা পীবোইদবনি।

১৫। মবম চাদবদা লাই হবাওবদা কা হেন্না অপগুবা খবচ তৌবোইদবনি। মবমদি ঐখোয়গী শেম্মীৎলোন হৌজিক খম থেংনা নৈখা তাবে।

১৬। লাই হবাওবদা থিল্লি, খোঙলিবা ওর্কেষ্ট্রা (বেন্দ পার্টি) শিংনা খোঙনীংবা ঈশৈ, খোঙবা, থীন্নীংবা থীনবা তৌবোইদবনি। য়ৈবি খোঙলিবশিংনা নাৎকী ফিজোল শেৎপীদুনা মমল যাম্লবা লাই হবাওবা হাযবা থৌবমসিবু যোকখৎপীয়ু।

১৭। লাই হবাওবগী থৌবম নীংথিনা পাঙথোক্লবা অমদি লাই হবাওবনা শাগৎলিবা খুন্নাইগী মচৎশিং নীংথিনা নৈনদুনা খঙমিন্নবগীদমক্তা লাই / লাইগী ওইনা নৈবিবা লন- থুম পুম্নমক নীংথিনা ঙাক শেন্দুনা থম্বিগদবনি। অবাকপা অমদি চৎখিবগী শেনবা- থুম্বা ফজনা থম্বিয়ু। লাইদা মীযাম্না থেনগৎপিবকপা পোৎশকশিং মবম চুম্না শীজিন্নবিয়ু।

১৮। লাই হবাওবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌবিবা অমাইবা অমাইবীশিং শেলুংবা অমদি পেনা অশৈবশিংনা মাগী মাগী মথৌ মশিল অমদি মহৈগী থাক্তা চান্নবা ইনাৎ লাইনীংগী, শাগৈ- সলাইগী কাঙলোন্না য়াববা ফিজেৎশিংতমক লাই হবাওবদা শেৎপিয়ু শীজিন্নবিয়ু।

১৯। লাই হবাওবদা শরুক য়াবা লেঙবিবকপা পুম্নমকপু মক ওইনা ইমা-ইবেল, ইপা-ইপু, ইচে-ইচল, লাই থৌগল লুপকী ফমদৌশিং অমদি লাই থৌগল তৌবিবা নহাবোলশিংবু নাৎকী ওইবা লাই হবাওবগা মবী লৈনবা ফিজেৎতমক শেৎহনবিগদবনি। লাই হবাওফমদা লৈবিবা ঐখোয়গী খুন্নাইগা মমাংঙৈদগী থান্নদনা লাক্লবা চৎনবিশিং অমদি খুন্নাইগী থকসি-খাসি ঙাক্লা চৎনহনগদবনি লোথনবা মখল অমত্তগী মযায কাবা চীঞ্জাক শীজিন্নহল্লোইদবনি।

২০। লাই হবাওবিবা খুনগী অকোযবদা নৎত্রগা অনকপদা তোঙানবা যেলহৌমী ফুরুপশিং খুন্দাববদি মখোযবু শোযদনা হবাওবদুদা শরুক যাহনবিনবা হোৎবিয়ু অমদি মখোযগী নাৎকী জগোই ঈশৈ পাঙথোকহন্দুনা ঐখোযগী শক্তম শাগৎনবা লাই থৌগল লুপশিংনা হোৎবিগদবনি।

২১। কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংনা মহৈ মশিংগী লমদা নৎত্রগা শান্ন-খোৎনবা নৎত্রগা হীবম অমদা মীথোই মীহেনবা ওইবক্লবদি খুনগী লাই হবাওবিঙৈদা নুমিৎ অমা লেপ্লবগা মনা-মথুম পীদুনা ইকায খুম্নবা উৎপা অমদি পুক্লিং থৌগৎপগী থৌবম পাঙথোহন্নীংই।

২২। কনাগুম্বনা খুনা অমদা নৌনা য়ুম হোংলকপদা মচা মশু থাজবা মতমদা লুহোং-কৈহোংবদা নৎত্রগা অফবা থবক থৌবম অমা পাঙথোক্লমদাইদা হান্না মাঙজৌননা খুনগী

লাইবুংদা চত্তুনা খুন্দুবু কোনবিবিবা লাইযিংথৌ লাইবেম্বীদা যাইফ- থৌনিজহন্নীংই।

২৩। লাই থৌগল লুপশিংনা উমং লাইগা মবী লৈনবা নাংকী ওইবা পুৱাবী ওইবা যাবা রেকোর্ডশিং ডোক্যুমেন্টেসন তৌবগী থৌবাং পায়খৎপিবা ফগনি।

২৪। লাইবুংশিংবু মতম চুপ্পদা লুনা- নান্না থমগনি, হৈকোল- লৈকোল, শেমগত্তুনা উপাল- ৱাপাল থাজিন্দুনা মহৌশাগী যি ভম ঙাকপগা লোযননা লাইবুংদা খুন্নাইনা যাদবা, খুন্নাইবু মাঙহনগদবা মযায কাবা চীঙ্গাক চাবা, জ্বাব শান্নবনচিংবা মতম পুম্বদা তৌহল্লোইদবনি।

২৫। লাইগী থৌগল লুপশিং শেম্বা মতমদা মীযাম্মা যাবা মীওইশিং অমদি খুন্দুবু পুবা ঙমগদবা মীওইশং তঙাইফদনা শরুক যাহনবিগদবনি । তঙাইফদনা থৌগল লুপকী মীওইশিং অসি ঐখোযগী খুন্নাইগী থৌ পুবা অমা ওইনা থোবকপা ঙম্বিগদবনি। খুন অদুবু মহুৎ শিনবা যাবা অপুনবগী শক্তম অমা লৈনবা লৈকাই খুদিংগী অমদি শাগৈ খুদিংগী মীহুৎশিং যাবিবমখৈ যাওহনবিগদবনি।

২৬। লাই হবাওফম অসি খুন- খুনগী পুনফম অমা ওইহনবিযু অমদি লাই হবাওবিভৈতমক লাই খুরুম্বা নত্তবা মতম চুপ্পা লাই খুরুম্নবগী মফম অমা ওইনা লুনা নান্না থম্বিযু। লাই হবাওফমদা খুনগী ৱা তান্নফম মফম অমা ওইনা শেমগত্তুনা

হবাওফম্সু মীয়ামগী মফম অমা ওইহনসি। উমং লাইগী হবাওফম অসি খুন্নাইগী থকসি-খাসি, লমচৎ-শাজৎ তম্ফম অমা ওইহনবগা লোয়ননা মতমগা চান্নবা মওংদা হীবম কয়াগী ব্রাখল লৌশিং তানশিন্নবা মফম অমা ওইহনগদবনি। ইশম শম্না উমং লাই হবাওফমশিংদা যাকৈবুং নৎত্রগা যাকাবুং লিংগদবনি।

*মথক্তা পঞ্জবিবা খবসি নত্তবা কয়া অমসু লৈবমখিগনি হাযবা ব্রাফম থমজবগা লোযননা লমদমসিদা খুন্দাবিবা মীওই ফুরুপশিংগী পাবী-পুবীগী লিক্লম ঙাক্লা হিংমিন্নবগী পান্দম ফংনবগী মচাক অমা ওইবিবা উমং লাই হবাওববু মশক মচু থোক্লা মতম চুপ্পদা লৈহন্নবগীদমক মীয়াম পুন্না হোৎনমিন্নসি।*

**মতেং লৌখিবশিং :**

১। উমং লাই হবাওবা সেমিনাবগী ব্রাবোল - হেৰীকোন্না ফোঙবা।

২। বিছার্স এণ্ড ইডুকেসন সেল - হেৰীকোন।

৩। ওজা এন জি কাঙজিযা মঙাং।

৪। ওজা সমজেৎশাবম কোন্দুম - মাইবা হনবা, স্না কোনুং।

৫। ওজা সাইবেম নীলবীবগী সেমিনাবগী ব্রাবোল, লাইয়িংথৌ পুথিবগী ব্রাবী অমসুং উমং লাই হবাওবগী কান্নবা।

•••◆•••

# উমং লাই হরাওবগী কাংলোন্দা তৌহৈবা তৌহৈদবা পরমশিং

— ঙারিয়াম্বম কেয়ানিসিং
*পণ্ডিত অচৌবা*
*পণ্ডিত লোইশং*

মৈতৈ লাই হবাওবা লাইবিক অসিবু অহানবা ওইনা পুথোকপিবম্বা লাইবমলেন্দা তিনখ্রবা ওজাশিংবু খুকমজবি। মিং ওইনা পঞ্জববদা ১। থোংঙাম মধোপ পণ্ডিত, ২। নামৈবাকপম দিন্নাচন্দ্র সিং পণ্ডিত, ৩। নাওবেম অমুযাইমা পণ্ডিত, ৪। ৱাংখেম চাওবীসিং পণ্ডিত, ৫। মোইবাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অমসুং ৬। ঙাবিয়াম্বম কুল্লচন্দ্র সিং পণ্ডিত অচৌবা ওজাশিংবু অহানবদা কোক নোন্না খুকমজবি। মৈতৈ লাই হবাওবা হায়বা লাইবিক অসি কষ্টমগী অথৌবিটিগী অয়াবা যাওদনা ফোংদোকপা য়াদবনা। তাং ২০।০৬।৬১ ইংদা শ্রীযুত সনা চবন্দা হংগৎচক্কবদা সনা ওফিসনা তাং ২২।০৬।৬১ ইংদা লোইশং মাইবা মাইবী পেনা খোংবা লোইশং তাম্নবগা ফোংদোকচবা য়াগনি তাকপিবকপদগী প: ল: নং ৩০। তাং ২০।০৭।৬১ ইংদা পণ্ডিত লোইশংগী ওজাশিংনসু ফোদোকচবো হায়না তাকপিদুনা লোইশংগী মাইবা মাইবী পেনা

খোংবা পুন্না ফমিন্নদুনা ইবৈবাক অসিদা লাইগী থৌবম থৌদা থৌগললোন থকসি- খাসি পুন্নমক তান্না তিন্নবগা থম্বীবম্মী। হৌজিক হৌজিক লাইগী মশক ওইববা ওজাশিংবু মচা মশু ওইববা ঐখোযনা মৈতৈ লাই হবাওবা লাইবিক অসিবু মীৎকপ থোকহনবিবগীদমক্তা শিনবি লাংবিবিবা পুন্নমকপু নোল্লুকপগা লোয়নননা থাগৎচবি।

## মৈতৈ লাই হরাওবা কবিগীনো ?

অশীবনা মালেম শেম্বা লোইবগা তাইবঙপান অসিদা পাননবা জীবা শেম্বগী মবমদা নুংবঙননা লৈবিঙৈদা (কুরুনা) অতিযা শিদবনা মযা কাথোক্লুনা তাইবং মপুগী পীপুকনুংদা তাইবঙপান্দা পানগদবা জীব পুন্নমক উৎপিবা অদু উবদা অশিবনা নুংঙাইবগা লোয়নননা লাওদুনা হোইদোলকপা অদুবু “লাই হোই লাওবা কৌই। মাদুগী মতৌ তমদুনা মীওইবনা লাইনা পেন্নবা শান্নববু লাই হবাওবা কৌই।

অহলশিংগী পাওবৌ কয়া লৈ, মদুদি “মীগী মখৈফংলগা শাওই। লাইগী মখৈ ফংলগা হবাওই”। লাই হবাওদনা মী হবাওববদি লৈবাক রাথোক ওই, অশি অনা নংই। অসুন্না লাই হবাওবদা কাইথবক্লবা মওংশিং অসিনা মৈতৈ খুন্নাইদা লাকঙমদ্রবা থৌদোক রাথোক, মীশি মীনা, হাৎনা- শুনবা কয়া অমা তত্তনা থোকপগী পাও তাবি। মতমগী যাওলগী মতুং ইন্না লাই তিনগী থৌবমদা কয়া থওইনবক্তবা, হবাওবগী কুম্মোনা মপুং ওইনা

তৌনবকপনা, লাই হবাওবগী অকাইবা ওইহল্লি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী অহিং অথেংবা ফাওবা প্রোগ্রাম কয়া থমদুনা খুনগী নৎত্রগা লৈকাইগী মীওইশিংনা কম্পিটিসনগী মওংদা জগোই মথং মথং শাদুনা হবাও কুম্মেগী মওংদা পাংথোকই, সিদা নত্তনা হবাওবা মনুংদা শুমাং লীলা কৌদুনা যেংনবি।

লাই হবাওবা অসি যাম্না কুপ্না খন্ন নৈনবা তাববদি য়াম্না পাক চাওখ্রে। হায়বদি মালেম অসি লৈত্রিঙৈ উ ব্রা মনা মশিং কবিগুম্বা অমত্তা লৈত্রিঙৈদা মালেম লৈশেমলকপা ওইবনা লৈশেমলকপদা তৌখিবা থৌবম্ম অমত্তা চিংথবা অৱাংপা লৈতনা মশিংশুনা য়াওবি। মীওইবা ঐখোযবু পী অমসুং পা নাইনা পোকলকলিবা পলেম ইমানা নাউযোক নাউকোন্দুনা শেম্বীবকলিবা যাহিপ চাকচা, ফিশেৎ লৈতেং, লমচৎ শাচৎ, চাবা য়াদবা, য়েংলুবা শোকলুবা হায়বা য়াবা য়াদবা থকসি খাসি থৌবম থৌদা পুন্নমক শুনা য়াওবি।

## তৌহৈবা তৌহৈদবা ঃ

খুলগং অমগী লাই হবাওবা লাইহৌ নুমিত্তা ঈশিংদগী লাই ঈকাবকপা শংলেন তম্না লাকপা মতমদা কানাগুম্বা অমনা লাইগী মমাংদা ফৈনা লানবা তৌহৈদে। লমলানবা কৌই। মাইবীনা লাই হবাওবগী লাপৌলা (লাই পাউলা) পুথোকলকপা মতমদসু লমলানবা তৌহৈদে। অমসুং মাইবীনা কংলৈ শান্নবগী কাংজে

শান্নবা মতমদসু লমলানবা তৌহৈদে। লাইবোই নুমিৎকী মাইবীশিংনা থাং হাইবা মতমদসু চিথেক ৪ লমলালবা তৌহৈদে। কবিগুন্না লমলানখিবা য়াওববদি লাইদা কোকপিনবা খুকমজহৌবা ফৈ।

**লাইদা কৎপা য়াদবা মবমশিং ঃ**

উমং লাইশিংদা লৈশিংগী মনুংদা শংব্রৈ, কুন্দো, অপ্রাজিতা অমসুং অঙাংবা জুবাকুশুম অসিবুসু কনা কনাগুম্বা লাইবুংশিংদা কৎনদবসু যাওবি।

হৈবাংশিংগী মনুংদা লাইনিংথৌ স্না মহিগী লাইচৎ লাইযাশিংদা কিহোম, থম্বৌ, থম্বান্নচিংবা কৎপা যাদে। অমনা লাইনিংথৌ খোইবি ফাবা লাইগী থৌবম তৌবা মতমদা মৈ চংবা কবোক অমসুং শাবেংনচিংবা চবান চফু উযান্নচিংবা যাওনা কৎনদে। মৈতৈ লৈপাক্তা থৌগন তৌজবিবা লাইশিংগী মনুংদা শাবেংনা কৎপা যাদবা লাইশিংসু কযা লৈবি। মদুদি লাংমৈদোং পাখংবা পুংদোংবম খুন্না শেবা তৌজবিবা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অসিনচিংবা মমাংঙৈগী মতমদগী ওক, ঙানুনা কৎনবক্লিবা লাইশিংসু কযা লৈবি।

লাই হবাওবদা তৌগদবশিং চাওবাকনা মবি থোক্লা খাইদোকপা যাই। মদুদি অহানবদা মাইবগী থৌদাং। অনিশুবদা মাইবীগী থৌদাং। অহুমশুবদা পেনা খোংবগী থৌদাং। মবিশুবদা হবাওগদৌবিবা লাইগী থৌদাং পুবিবা থৌবুশিং অদুগী থৌদাং শিংথাবা যাই। মবম পুন্নমক অসিনা লাই হবাওবদা তৌগদবশিং

অসি য়াম্না য়ামই। শিংথাবদা খবা শাংতক থোক্কনি। শন্নপ্না খবদং ফোংদোকচবি। লাইফি শেৎপদা মাইবনা হবাওগদবা নোংমা বাৎলিঙৈদা লাই নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেংগনি। লাই ঈকৌবদা মাইবনা তৌগদবা মথৌদি, লাই ঈকৌবদা মাইবনা কোম্বাবোন শোল্লগা ঈশিংদা কোন য়াই হুনগনি। অদুগা লৈথক লৈখা খাযোম লাক্কনি। লৈবাই য়ু খাংগনি। মাইবনা লাই পুগদবশিং অদু মফি মবোল মওং চুনা শেং· নবা তাক্কদবনি। মাইবনা ঈকুম্বা ঈকৌফম তান্না চৎপদা শেনপোৎ লাইপোৎ পুবী, থাংফানবা, চোং হুমাই, পুবশিংনচিংবা মথং মনাও কাযদনা শিন্দুনা নিযম চুম্না পবেং কাযদনবা শিন্দুনা তাক্কদবনি। ঈকাবকপা মতমদা মাইবনা লুচিংদুনা কাবক্কদবনি। লাইবুং যৌবকলগা মৈ ওক্কনি। পাখংবনচিংবা লাইশিংদদি স্না লমওক, খোইজুলমওক লাক্কদবনি। অদুগা ফৌদাং ঙানু খোংগান্নচিংবা কান্দুনা লাইবুংদগী লাইশং লোমদা চংলকলগা, লাইশং যৌবগা মাইবনা হিবিলং অদু তিংথোক্নুনা পাযবগা হিবি লাওগনি। ফমদেংলিবা লাইনিংথৌগী লৈযোম অদুনা শোক্লগা লাইনিংথৌ থব্রাই হাপকনি। মাইবীনা লাইবেম্বীগী হিবি লৈযোম পাইগনি। ফম্বান্দা ফমদেংলিবা লাইবেম্বীগী থব্রাই হাপকনি। নোংঙাল্লগা পেনা খোংবনা লাই যাকৈগনি। মসিদসু পেনা শকপনা তৌগদবা মচৎশিং যাম্না লৈ। পেনা শকপনা লফুৎ হাযনা খংনবা চকণী ফিদা ফমগনি। পেনাগী ঈশৈ মতাং মতুং ইন্না অমাইবীনা শবিক খিংদুনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী থৌগল তৌগনি। অমাইবীনা লাইগী লৈহুন তমদুনা হৈ লৈ কংকনি।

মাইবনা লাইতিন হায়না খংনবা নুমিৎ ৩- ৫ নি চনবা নুমিৎশিংদা অনম অথৌ কোক্লনি (অমসুং শাবোইসু / খাংগনি)। মাইবীনা লাইপাউ চেলগনি। অমসুং শাবোই খাংগনি। অমাইবি পেনা খোংবা ময়ামগা জগোই ওকপা হায়না খংনবা থৌবম অসি পাংথোকই। মসিনা তাইবংদা পা- পী অনিগী চৎনবী থৌগল্লোন পুন্সি মহিং তাকই।

মথংদা মাইবনা শিন্দুনা লৈ লাংগনি। মাইবনা লাইগী হোই লাওগনি। লাইগী থৌগল তৌগদবা নুপা নুপীশিং অনিথোক্লা পবেং লেংলগা মাইবীন। লাইগী লাইপোংশিং হাপকনি। মথংদা অমাইবীশিংনা লাউপাওনা পুথোক্কনি। মতম অসিসু লাইবুংগী চিথেক মনি লোয়নন লাইমাংদসু বনা অমটে নমলান হৈদে। মাইবীশিংগা পেনা খোংদুনা লাইমংদা লাইচিং জগোই শাদুনা লাই হৌগনি। লাইবুং অদু অহুমলক কোম্বগা পেনা খোংবনা হোইবৌ হয়া লাওগনি। হোইবৌ ৬ হয়া ৬ লাওনগা অনোইবোন শক্কনি। মাইবীনা হকচাং শাগনি। তাইবংবান মাওবগা য়ুম শাবগী মাইবীনা জগোইনা তাক্লনি। মথংনা ফি শাবগী থংচুত্তক শাগনি। অনোইনদা থল্লাই মি কোনবা লোং খোনাগনি। মতাং অসিদা লাইবৌ লোইবে। মথংদা মাইবীনা চোংখাং শন্নবা। মাইবনা য়ুমজাওপা ফল লাইবেল মথেক চৎলগা লাই কাবগা মাইবনা নাকোল লাওবগা লাইপৌগী থৌবম লোইবে। পেনা খোংবনা নাওশুমগনি।

•••◆••

# উমং লাই হরাওবগী থৌরম খেন্নবা

— বাহেংবম লুখোই সিংহ

*পণ্ডিত যাইমা, ম্না কোনুং*

হৌজিক হৌজিক ইবৈবাক ইবমদম মনিপুরদা উমং লাই (৩৯০) খুল লৈকাই মীওইশিংনা চহি অমগী ওইবা য়াম্না মক ওইবা তৌদ্রবা য়াদ্রবা অমা ওইনা হবাও থৌগল তৌনবি। য়াম্না চাওনা নুমিৎ মঙানি তবানি হবাওবা ঙমদ্রবসু নোংমগী ওইবা হৈকৎ- লৈকৎ শবেন্নচিংবা কৎতবা যাদে। হায়বিবা থৌবম অসি চহি অমগী ওইবা তৌদবা তাবগদি মীনম- থানম্বা খুল লৈকাইগী যাম্না ফৎতে হায়না ইপা- ইপুনা চৎনবম্মী। অদুবু শবেন কৎপা অসিসু ঙা শবেংনা শবেন কৎতবা লাইসু লাইগী শংলেন লাইমাংদা ঙা পনবা যাদবা ওক- ঙানু- য়েন্না শবেন কৎতবা য়াদবা লাইসু লৌবি। মৈচংবা কবোক, লৈ অঙাংবা জুবাকুসুম কৎতবা য়াদবা লাইসু লৈবি। মৈচংবা কবোক লৈ অঙাংবা জুবাকুসুম কৎলুবদা ইখং খংহৌদনা নোংগা নুংশিংকা যাম্না কন্না শিংপা লাইসু লৈবি। লাই হবাওবা অসিসু মান্নদবা খেন্নবা কংলৈ হবাওবা / চকপা হবাওবা, মোইবাং হবাওবা / ককচীং হবাওবা হায়বিবা মবি অসি শৈশক শৈথা থৌবম মান্নদে খেন্নে। চকপা হবাওবা হায়বদি ফাযেং /

সেকমাই / অন্দ্রো / লৈমবাম অসিসু খব খব থৌবমদা খেন্নে। কংলৈ হবাওবগীদি হৈকৎ লৈকৎ কৎপা য়াবা যাদবা অদু নৎতনা লাইশোল লাইবোলগীদি থোইদোকপা য়াম্না খেন্নবা লৈতে হায়ব য়াই। হায়বিবা হবাওবগী খেন্নবা অসি হৌবদগী হৌনা লোইবা ফাওবা খেন্নে। নোংমগী ওইবা লাইশান্নবা মতমদসু মান্নদে। লাইবোইগী থৌবমসু মান্নদে। কংলৈ হবাওবগী লাই ঈকৌবা লাই থেমকৎপসু হায়নৈ হায়বিবা থৌবম অসিদা থক্ক- খাগা হায়না লাইয়িংথৌ লাইবেম্বীগী খৈযোম মসিদা লাকই কৎলি। ঈকৌবসু মফম অমততা কৌই। ঈকৌবা লোইবগা কাবক্লে মৈ ওক্লগা হিজিং হিবাওগী লাইবোল শৈশক শৈথা নৎতবা হিবি লাওবা হাযদুনা মাইবনা লাওবগা লাইযিংথৌ পানা লাইবেম্বী পানা হিবি লাং পায়বিবা ময়াম্না খুন্নগা লোইবে থোইদোকপা লাইবোল শৈশক শৈথা যাওদে। ফায়েং ককচীংগীদি শৈশক যাওই। নোংঙাল্লগা অশৈবা শৈশকপা পেনানা য়াকায়বগা অযুক্কী থৌবম পুন্নমক তৌই। মথক্তা কংলৈ হবাওবগীদি হৈকৎ লৈকৎ কৎপা যাবা যাদবা নৎতনা লাইবোল শৈশক শৈথাদি থোইদোক্লা খেন্নবা লৈতে হায়খিবগী মবম। লাংমৈদোংগী লাই পাখংবগী হবাওবদি লাইবোল শৈশক শৈথাদি কংলৈ হবাওবগী লাইবোলনা হবাওই। থৌবমদা খেন্নবা খব লৈ ঈকৌবা কাবক্লগা শবেন কৎতবা য়াদে শবেনগী শাসু ওক ঙানু য়েন্না কৎলি। ঙাদি পনবা ফাওবা য়াদে। হৈথা লৈথানা নোংঙাল্লগা চনিং চমাং ফাংখোং ঈশাই চফুগী পুন্নমক নুমিৎতুদা থাদে। নোংঙাল্লগা থাবগা অনম অথৌ কোকই। নুমিৎতুগীদি শবেনদুদা কৎলি, লাই অতৈগীনা হৈথা লৈথা চনিং

চমাং ফাংখোং মবি ইশাই চফু থাফম থোকপা পুন্নমক থাবগা শবেন্নচিংবা কৎলি । অসিমসু খিৎতং খেন্নবা লৈ। অমনা কোলু কোল মাইসু শেন্না পিথ্রাইনা য়ৈদুনা শেন্না হৈদুনা হাপনৈ। লাংমৈদোং পাখংবগীদি হাযবিবা অদুসু হাপতে ফিদনা য়েৎলগা মাইথোং ওই লাইসু মঙা ফমদেংই। খেন্নবা অমনা কংলৈগী হবাওবা লাইবোইগীনা তাংখুল নুবাবী অসি নুমিদাংদা যাওই। ফাযেং ককচীংগীনা নুংথিন্দা থৌবম অসি যাওই। মোইবাংগীদি তাংখুল নুবাবী যাওদে। হবাও মখল মবিসি মান্নদবা য়াম্না চাওখ্রে।

চকপা ফাযেং হবাওবা হাযবিবা লাই হবাওবগী থৌবম অসি যাম্না পাক চাওখ্রবা তোপ তোপ্পা যাম্না মৰু ওইবা অমনি হাযজবা তাই। যু শুংনবা উমিতিংবা, উমিতিংবা হায়বদি খকং অমদা নুমিৎ হুম্নি ফৌ তিংবনি হুম্নি শুবগা নুংশাদা ফৌদোক্লগা যু শুংনবা যাম শুই। উমিতিংবা মতমদসু ইৰুজবগা ফি অসুবা অশেংবা শেৎলি । চাকমাং ফিমাং যাদে। মপা কৌব্রুগা লোইযাবাকপগা খকং অনিদা তোঙান তোঙান্না তিংগনি। খকং অমদা পুন্না তিংবা যাদে। যাম অদু শুবা মতমদসু ফি অশুবা অশেংবা শেৎকনি। মাইবীনা শবিক খিংগনি। পেনা খোংবনা পেনাসু খোংগনি পুং যৈবনা পুং যৈগনি। পুংসু লাংতেং পুং নৎতনা অতৈ পুং যৈনদে। পুংগী পুংলোলদি **চেংতাং চেংতাং তাং** অসুম যৈগনি। সেন যৈবগা তবেৎ সেনফাং যৈগনি। পেনাগী মবোলসু লময়িন মবোলনা খোংনৈ। যাম শুবগী শুক থাবগী, অদুগা পেনাগী মবোলগা মাইবীগী শবিক্কী মখোলগা পুং য়ৈবগী পুংখোল অদুগনে সেন যৈবগী মখোলনে তান চানহনগনি। কবিগুম্বা

শোইখিদুনা তান্ কায়খ্রবদি খুলগী ফৎতে হাযনৈ। শোইখ্রগদি তাইবেন পোংফাই হাইদোক্কনি। মতম অদুদা হায়বদি অতোপ্পা মী অমত্তা চংদুনা য়েংবা য়াদে। শুবা লোইবগা য়াম অদু খকুংদা হাপ্লগা ওৎকনি। মসি লাইগী কৎনবা য়ুঙৌ কৌই। মৈবা চিংলগা মৈ লৌবগা মৈ হৌগনি। নুমিৎ অদুদগী লাই হবাওবা লোদ্রি ফাওবা মৈ অদু মুৎপা যাদে। হৌবিবা মৈদু কনাগুম্বনা লৌবা য়াদে। হৌবিবা মৈদু কনগুম্বনা লৌদুনা শিজিন্নকববদি মৈখাক মৈ হুম অদু মৈফম অদুদা অমুক হাপচিনবা যাদে। মৈ অদুনা লাইগী থৌবম হাযবদি শাবেন থোংবনচিংবা লাইগীদি শিজিন্নে অতোপ্পা মৈনা শিজিন্নবা যাদে। মসিসু তোপ তোপ্পা মান্নদবা অমনি। হবাওবা হৌবা নুমিৎতগী লোইদ্রি ফাওবা মৈ হৌবা লাইফম কংলৈগী হবাওবা লাইসি পুংদোংবম নোংপোক পাম্হোইবীগী অদুমা মৈ হৌই। শবেনসু ওক্লা কৎলি। ঙা শবেংনা কৎতে। কৎপসু লাইবোই নুমিংকী নুমিদাং লাইবোইগী থৌবম তাংখুল নুবাবীগী থৌবম লোইবগা মাইবনা লাইবোল ঔগ্রী লাইবোল উয়াল লোল হজিং হিবাউ শকপা লোইবগা নোংগাবমদাইদা শবেন অসি কৎলি। মালোম পাখংবসু শবেন চাক কৎলগা নোঙ্গাই। লাই হবাওগদবা নোংমা ঝাৎলিঙৈদা লাইগী ফিশুবা হাযনা থৌবম অমা তৌই। নুমিৎ অসিদা খুলগী ফম্নাইবী অহল নুপী মখৈনা লাইগী ফি অদু শুদোকই। মফমদি লাইবুংদা অতৈ মফমদা শুবা য়াদে। লৈশাবীদি ফি শুবা যাওদে। লৈশাবীশিংগী মনুংদা লাইগী থৌগল তৌগদবা লৈশাবী তবাহুমদোইনা ফিশেং শেৎকনি। অবাংবা ফি শেৎপা য়াদে হায়বদি অবোলবা মপান নাইবা ইন্নফি মমল যাম্না শেৎপা ইনবা য়াদে। অঙৌবা ঙাক্তা শেৎ ইনগনি। শমশু

মাংলমচৎকী লৈশা শমকক কক্ননি। নোংঙাল্লগা লাইগী ফি শেৎলি। লাই ঈকৌবগী লাইগী থৌগল মশিংশুনা লাইপুবা ১ থাং পায়বা অমা চোং পায়বা অমা য়োংকী চৈশু পায়বা অমা তা চুং পায়বা অমা লৈশাবী অমনা কাওশেন অমা হুমাই অমা পায়। লৈশাবী অমনা ইশাই চফু পুই। হায়বিবা অসি মপাইবুংঙো কৌব্রুগী পবেং, অমা মমাক ইবুংঙো লোয়য়া লাকপগী পবেং অমা । কৌব্রুগী লাইপুবনা খুল্লাকপনা পুই। মমাক ইবুংঙো লোয়যা লাকপগীনা লুপলাকপনা পুই। পবেং অনি লেংলে লাই হাল্লা লোইবগা চপ মান্ননা খোঙথাংদুনা চৎলি অমনা অমনা হান্না খোঙথাংবা চৎপা যাদে। থোঙ্গাল যৌবগা খাইদোক্রবগা। কৌব্রুনা লাইগী পুখ্রিদা লোইয়া লাকপনা তুবেন্দা চৎলি। লাইমাংদগী চৎলমদাইদা খৌশাবা হায়দুনা নিপা অমনা তা পাযবগা খৌশাই। মতাং অসিদসু তোপ তোপ্পা অমা। কংলৈ / শেকমাই / মোইবাং / ককচীং হায়বিবশিং অসিগীদি লাই ঈকৌবা লাই শান্নবা মতমদা লাইনিংথৌ পুবা পবেং অমা লাইবেম্বী পুবা পবেং অমা পবেং অনি চৎলি। ফায়েংগীদি লাইবেম্বী পুবা য়াওদে লাইনিংথৌদা পুই। শৈথাবা, হৈ লৈ কৎপদদি য়াওই। মফম ঈকৌফম য়ৌবগা হৈশোই য়ুপান্দুনা খৈয়োম লাকপা খৈয়োমদি মঙা লাকই। লোইবগা কাবকপদা অমনবু হাল্লবসু অমনবু হাল্লবসু হেক্তা চংবা য়াদে। থোঙ্গালদা ঙাইনবগা থোকপদা মান্না থোকপগুম চপ মান্ননা চংগনি। লাইগী থোঙ্গালদগী লাই মাং ফাওবা খোঙ চপ মান্ননা থাংগনি। অমনা হান্না থাংবা য়াদে। লোয়য়া লাকপগী ঈকৌবদা লৈশাবীশিংনা ঈকৌবগী ঈশৈ শকই।

*হা লাইয়িংথৌ ঈশাবী নোংযাইচীংখোং*
*লালহাকপো হে শমু খুৎনিংথৌদুনা*
*হা হা লমহৌবেদে। হা লাইবেম্মা ই*
*খৈবেন নামুংবী মালেম সনা লৈমবোন্দগী*
*কাবক- ও দে।*

শৈশক অসিনা ঈকৌবগী শৈথানি। থৌবমগী মতুং ইন্না শৈশক শৈথা যামই। ঈকৌবগী শৈথা। লাইমাং যৌবকপগী ঈশৈ। থেনজাও কাবগী ঈশৈ। লৌকুম্বগী ঈশৈ। কৈথেন কাবগী শৈশক। লাইশিথবগী ঈশৈ। থোঙ্গালদগী হলগী অহল ফম্নাইবা মযাম্না লাইনা ফম্বালদা ফমদেংবা কাওবা খুবাক খুদুনা শক্কনি। ঈশৈদি চকপবোন্না ইবুংঙো ইবেম্মা শৈথাগনি। হাযবিবা লাইনিংথৌগী মতিক মযাই থাবা অসি য়াম্না শাংখ্রে।

*হো হোইলে হোইলে*
*ভূমিকা লম্মা তাগো*
*ভূমিকা ঈশম নোংসোবে*
*হো লাইরাবে।*

লাইবোল শৈথা অসিগী নুংগী ওইবনা ইবুংঙোগী কোক অসি তুম পক তুম্না য়াম্না ফজখ্রেদা হাযর্বনি।

*হবামিকা লামা তাকো হবাসিকা*
*ঈশম নোংসোবে সিকা কবমসিবনো*
*হো লাইরাবে।*

ইবুংঙোগী শম অসি মুনা ৱাই ৱাই লাওনা যাম্না ফজে

*মিংকী লামা তাগো মিংকা হৈগোই*

*নোংসোবে মিগা কবমসিবনো হোলাইৱাবে।*

ইবুংঙোগী মিং অসি কোইবক কোইনা যাম্না ফজে হায়বনি।

*কাক্রেকা লামা তাগো কাক্রেকা*

*ওক শম নোংসোবে মীগা কবমসিবনো*

*হো লাই ৱাবে।*

*ইবুংঙোগী লাইবক অসি ইলং লংনা যাম্না ফজে হাযবনি।*

*কানকা লামা তাগো কানকা পাবা*

*নোংসোবে মীগা কবম সিবনো হো লাই ৱাবে*

ইবুংঙোগী না অসি পাবানা যাম্না ফজে হায়বনি।

অসুম হাযনা খুলগী অহল ফম্নাইবশিংনা শকই। হাযবিক লাইবোল শৈথাবা অসি যাম্না শাংনা লৈখ্রে। ফাযেংগীদি লাই হবাওবা মতমদা খুল্লাকপা লুপ লাকপাগী থৌবম মথৌ যাম্না লৈ লাইগী লৈহুনসু কংলৈগীদি অমাইবীনা হুল্লি। ফাযেংগীদি খুল্লাকপনা কৌব্রুগী লৈ হুল্লি তমই। লুপ লাকপনা লোইয লাকপগী লৈ হুল্লি তমই। মান্নদবা খেন্নবসি হৌবদগী লাইবোই ফাওবা মান্নদে। হৈ থা, লৈ থা, শৈশক শৈথা তোপ তোপ্পা অমনি হবাওবগী থৌবম অসি যাম্না পাক চাওখ্রে। মাইবনা হোই লাওব হৌবগা মাইবীনা লাইচিংবগী জগোইগা হৌবা লোইবা চপ মান্নন লোই অমনা হান্না লোইবা য়াদে। মসিসু খেন্নে, লাইবৌ শান্নব লোইবকপদা তাংখুল শাবা থোকই। কংলৈগীনা লাইবোই নুমিংত

নুমিদাংদা তাংখুল শাবা য়াওই। লাই ঈকৌবগী নোংঙালবদসু লাইগী শংলেল হায়বদি লাইমাংদা লাইবৌ, কংলৈগীদি শান্নে। ফায়েংগীদি থেলজাও কাবা হাযদুনা লমদা চৎলগা শান্নে। লাইবেন মথেক চৎপা লোইবগা ব্রাকোল লাওগনি। লোইবগা মাইবীনচিংদুনা লৌয়ালগনি। য়োৎকী মহুৎতা যাংগেন হাযবদু পাযগনি। অদুগা লৌযালগনি। চৈ অতোপ্পা পাযবা যাদে। হাযবিবা অসি লাইবোই নুমিৎ নৎতে নোংমগী লাইশান্নবা লোইববদনি। মথং নুমিৎতনা কৈথেল কাবা হাযনা মসিসু লম লমদা চৎলগা লাই শান্নে। থেনজাও কাবগা কৈথেল কাবগা শিং চনবগা হৈকৎ লৈকৎ শৈশক শৈথা লাইবোন্নচিংবা মান্নদে খৈন্নে।

কৈথেল কাকুবগী শৈথা

*কৌব্রেন মচা অহলদো থোংনাং*
*লাইজিং ফমমো হে সনা ব্রাপিহন্দা*
*হা হা শানসে দে। হা লাইবেম্মা*
*হে লমলেন অসিরাইদা শান্নসে দে।*
*লাইনিংথৌ কৌব্রু অসুপ্পা হে চীংজাও*
*খুদিং খৌশা থোইবা লাইনিংথৌ।*

অসুম হাযনা শকই কৈথেল কাবা হল্লকপগা লাইমাংদা অমুকসু লাংলেন তো লাইচোংগনি। তাংখুল শাবসু থোক্কনি। নুংথিনগী থৌবম লোইশিল্লি। নুমিদাং মী তুমখ্রগা লাই ফাগী হাযনা নিপা ঙাক্তনা থৌবম অমসু তৌই। লাই হবাওবা হযেং লোইগনি

হায়বা অদুদা ঙসিগী নুমিদাংদা মাইবগা মাইবীগা থোক্লগা থাং হাইগনি। কনাগুম্বনা কুম্মৈগী ওইনা থৌগল তৌগে থাং হাইগে হায়বা যাদে। কবোক লমদাং শাবগা দোলাইদা লাই লেংখৎলগা পুংশেন লাইপুবা পুম্নমক যাওবগা লাইগী শুমাংদা পুং অমা লৈবিবা অদুদা অহুমলক নত্রগা মঙাবক কোযবগা লাইশিথবগী ঈশৈ শকই।

***লাই শিথবগী লাইবোল***

*হা লাইনিংথৌ হে চামলৌদুনো হে*

*লাকোন থাদুনে হা হা লাথাবে*

*হা লাইবে সনা হে সনা মঙ্গোল*

*নুংদা কাবসে দে।*

অসুম হাযনা লাই শিথবগী লাইবোল শকই। কংলৈ মোইবাং ককচীং হবাওবগীদি শকতে কংলৈগীদি নোংগাবোন হায়না শকই শিথবগী লাইবোল শৈশকতি লৈতে।

ফাযেং হবাওবা হাযবসি যাম্না চাওখ্রে। মবমদি কৌব্রু লোই লোইযা লাকপা হবাওবা হাযবা ব্রাহ্মৈদদি মফম হৈথো লৈথাদদি যামই কৌব্রু লোইযা লাকপগী শঙলেন অনি। লৈমবেনগী অমা । শঙ ওইনা শাদ্রগসু তোঙান তোঙান্না সোবাবেনগী লাইফম ময়াইদা, নোংপোক নিংথৌগীনা লাইশঙগী মমাংদা। যোৎশবী ফাংখোং অহুমগী হায়বিবসি হৈথা লৈথা তোঙান তোঙান্না থাই। লাইপংথৌ

মাপনগী কম্বী যু হৈগনি। লাই নুবা তবেৎকী কম্বী যু হৈগনি অসিনচিংবা যামখ্রে। লোইনা ইবা তাববদি লাইবিক অমা ওইগনি।

## অন্দ্রো হরাওবা

চকপাগী হবাওবা অসিসু ফাযেংগা মান্নদে। অন্দ্রোনা পনমনিংথৌ পুবৈবোম্বা লাই অনি অসিবু হবাওই হায়বসি পনমনিংথৌ পুবৈবোম্বা হবাওই হাযবদনি হবাওবা মতমদা লাই ১৩ নি। পনমনিংথৌ হবাওবদি অতোপ্পা মী অমত্তা চংবা যেংবা যাদে। পুবৈবোম্বগীদি যেংবা যাই। লাইশিং অসি ঈশিংদগী লাই লৌখৎপা নৎতে। যুম যুমদগী লাইপুং শঙলেন্দা পুখৎলকপা লৌখৎলকপা অদুবু লাই লৌখৎপা হাযর্বনি। মাইবীসু লমদগী মাইবী নেকতে খুলদগী মাইবী ১৩ না হবাওই। খোং শুবা হাযবিবা অসি যাম্না মক ওইবা হবাওবগী থৌবম অমনি। হংলেঙ কাংবুগী ৭ হঙ্গোককী ৭ অমা মশিং ব্রাৎপা যাদে। ফিশেৎতি ফৈজোম লৈমচু অঙাংবা শেৎকনি। ফুবিৎনা খেমজি ফুবিৎ লিৎকনি। হেমজেং চনুবাশিংনা কুমলং যনেক শেৎর্কনি ফিসু নাহোং খাওন্না ইনগনি। লাইপুংথৌগী ফিশেৎতি নিংখম শমজিন ফুবিৎনা লেশোন লিৎকনি লুমাং শমকিগনি। হাযবিবা অসি নৎতনা অতৈ ফি শেৎপা যাদে। চকপা মশেন ওইববসু লাই হবাওবগী থৌবমদদি খবা খেন্নবা অদুম্মক লৈ। লাইগী থৌগল তৌবা কাবকপা লাইশঙ শঙলেন্দা চংবদসু লৈপুবা যুপানবনা অব্রাং থংবা থোঙদা। হলেঙ কাংবুগী ৭ অমসুং অব্রাংদা থোকই। হঙ্গোককী কাংবু ৭ অমনা

মখাথোংদা থোকই। চংবা থোকপা মতমদসু মাগী মাগী কাংলুপ ওন্নবা চংবা থোকপা ফম্বা য়াদে। মসিসু তোপ তোপ্পা অমনি। অদুনা পুং য়ৈবা শেনয়ৈবা অসিসু হলেঙ হঞ্জাকতগী অমমম থোকই। থাং পায়বা হুমাই পায়বা উতোং পাযবা থৌগল মশিং শুবগা লাই নুবা তবামবিনা চোংদুনা শঙলেন অদু মঙাবক হন্না কোইবে। কোইবা মতমদা পুংজাওসু যৈবে। খোংসু শুবে শেনশু য়ৈবে থাংশু চোংলে উতোংশু চোংলে, উতোং চোংবনা তুংহন্না চোংই। থাংচোংবনা মাংওইননা চোংই।

## খোং শুবদা শকপা লাইরোল ঈশৈ

*হংপিযো এ শঙলেন যাইগী লাইনিদা হলেঙ চাদি খাবমনা হঞ্জোকচাদি লাইফমনা লাইনিংথৌ খোংবুশুবদি খুঞ্জাওনবা শুবনি লৈপাক মবাতানবা নিংথৌ ফম্বাল চেংনবা লাইনিংথৌ খোংবুশুবনি হৈ হৈ হৈ। হংপিযো এয শঙলেন যাইগী যাইসিদা লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি তেকপী ওককোন থননবা কাইবৈ যেনকোন থননবা কাওবেন শনগোল থননবা কোবৌ ফান্না ব্রাংলগা নমুমীনা থোইনবা লাইনিংথৌ খোংবুশুবনি হৈ হৈ হৈ।*

হুমনি চনবা নুমিৎতা ওকলেন লাবা মমৈ মনা তৎতবা অমা শবেন কৎলি শাওকনা য়েননা ঙানুনা হুইনা শানা শবেন কৎলি হাযদুনা অশেং অমাং নংবা যাদে অমাং অশোয় হেক তৌরুবদা খুদম হেক্তা খংবা ঙমই। শবেন থোংলিবা শিং অদু

খোঙনা শোকলুববদি চাক চফু অদু শৌদে। অতোপ্প শিং শিল্লগা শৌবকই। হবাওবা অমগী থৌবমনিনা য়াম্না পাকচাওখ্রে। খবদং ইজবনি। শৈশক শৈথা হৈকৎ লৈকৎ মায়দবা য়ামই।

## সেকমাই হরাওবা লাইশিংগী মমিং

কৌব্রু / লৈমবেন / লোইয়া লাকপা / নুংথেল লৈমা / নোংপোক নিংথৌ / পান্থোইবী / সোবাবেন / ইবেম তুবীলৈমা / তমফা লাইবেম্বী / ইকোপ নিংথৌ / লাই সনা লাই ১২ নি। লাই হবাওবা হৌবনা ফাইবেন থাগী পানখৎলকপা ইবাই নত্রগা নিংথৌকাবদা হৌই। অহানবদা খুল্লাকপা লুপলাকপনচংবা, মাইবা খুলগী মী পুন্নমক্লা পাবাল অফবা যেংলগা লাইগী থেন ফাললি মতম অদুদা লাইগী পুংজাও যৈগনি। নুংথিন্দা লাই ঈকৌবা চৎকনি খুল্লাকপা লুপলাকপনা লাইকোনগনি হায়বদি লাইপুনবু হায়বনি। পুং শেন যৈবা অমত্তা ঝাৎতনা নিপা নুপী পুন্নমক য়াওগনি। মাইবা মাইবীনা কৎফম থোকপা মথৌশিং তৌগনি। নুপী খবনা লাইবোলনা ঈশৈ শকই। **"হা লমপু হনবা লাইনিংথৌ- ও লাইজা ঈবোম্নুংদগী কারকলোনে। শরিক্লা চোমজাও খিংলমমো লৈশঙগী খয়োম লাকনদি কাবগেদে। নৌশেকপান কৌবী নিংথেম শোকপি চীংমাইদা নেম নেমলেদে। সনা চীলংখোম্বা সনাগী দোলাই মথক্তা লোইলেমলে দে। নৌবী নৌলুসে হিদাক শুংফম নিঙোল- ও কবি লানা য়োম্বগী নৌবনোদে। হিদাকশুংফম খুনয়াইদা চংবী লাপান হৌরমলে চংবী লাতোন থৎতুনা চংবী লানা য়োম্বগী নৌবনি দে।"**

লাইবোল শৈশক অসি মাইবীনা ঈকৌবিঙেদা নুপীশিংনা শকই। নুমিৎ অদুগী তৌগদবা থৌবম লোইবে। নোংঙাল্লগা অশৈবা পেনা খোংবনা যাকৈগনি। য়াকৈবগী শৈশক শৈথা অদুগু চকপাগী শৈথা শৈশকনা কৈগনি। যাকৈবা হাযবা অসিসু মান্নদবা লৈবি।

**লাই লমথোকপা ঃ**

লমথোকপা চৎপগী অযুক্তা লাইগী লাইমাং শুমাংদা মতোন খাকপা উচিন্না মবি যুংলগা ফি অমুবনা চোমজাও যানগনি। মযাইদা চেংগা যেকমগা ফিনা যোমলগা খযোম যানগনি। তাইবেন মনা পবেং লেংলগা উচিন্না কোনগনি। লাইশঙগী উখোং অনি যৌনা তিংগনি। দোলাইদা লাই লেংখৎলগা পুংশেন যৈগনি। চৎপা মতমদা নুপীশিং ঈশৈ শক্কনি।

**ঈশৈ**

*হা লমপু হনবা লাইনিংথৌ সনা চোংলেন্না খানদুনা*
*দোলাই লেংজাও তোংবদি লাইনিংথৌ কৈদৌকগে হাযবনোদে।*
*শাবন লমথোকলুগে পোইবৈ লমযেংলুগে হংগনো দে।*

অসুম হাযনা শক্লগা চৎলি। লাইনা লাইপুং যৌবকপদা তাখৌশাদুনা ওকই। লাইবৌ কৈযেন শাবা যাওই খুৎ শম্নবগা কে ক্রে কে মো মো যাংগোই শম্বা শাও শাও হায়বিবা লাইবোল অসি শকলগা থাবল চোংদুনা লোইশিল্লি। হৈথা লৈথা লাইশোন শৈশক শৈথা থৌবম যাম্না চাওখ্রবা থৌবমশিংনি। মক ওইবা খবদং ইজবনি।

# মোইরাং থাংজিং হরাওবা

## থাংজিং হরাওবা খেন্নবগী থৌবম :

লৈকাই তবাতবেংনা মাগী মাগী লৈকাইকী লাইশিং অদু লাইগী থৌগলদা শেংকদবা ফি শেংলগা দোলাইগা লোযননা থাংজিংগী শঙলেন লাইবুংদা থুংলবগা লাই ঈকৌবা চংলি। মফমদি নানবী তুবেন্দা ঈকৌই। খৈয়োম ৮ লাকই। লোইবগা কাবকলে লাইগী থৌবম তৌফম থোকপা পুন্নমক লোইবে। লাই নাউশুন্বা হাযনা অশৈবা পেনানা শুমদুনা থৌগল লোইবে। নোংঙাল্লগা যাকৈবে থৌবম পুন্নমক অযুক্কী লোইবে। নুংথিনগী হবাওবগী থৌবম জগোইনচিংবা কংলে শাবে। লাই শান্নবগী হৌইবৌ হৈয়া লাওবা অনোযবোন লাইবোল শকপসি মাইবা হনবনা শকই পেনানা শকতে। মসিমসু খেন্নে। থাংজিং হবাওবা অসি মখল অহুম শুই হাযবদি **চহি অমনা লমথোকপা। চহি অমনা খোংচিংবা। চহি অমনা ফুমফন্না,** থৌবম খোংচিংবা চংপদনা দোলাই তবাতবেং অদু থৌবিচিংলগা থৌবি অদুগা দোলাই মখোংগা পৈয়ানা পুললি। লমথোকপদদি থৌবি য়াওদে পুনদে। খোংচিংবা চংপদদি মাইবা হনবনা শিকনাং পাযবগা ঔগ্রী শকই। লমথোকপদদি শক্তে। মসিমসু চংনবি তোঙানবা অমনি।

## ঔগ্রী লাইরোল

*ঔগ্রী কোংলাএ মালেম হৌডৈগী কোললো*
*লৈগ হৌডৈগী কোললো, কোবৌ হৌডৈগী কোললো*

*লৈমাই তেমঙৈগী কোললো, পোংলৌ তোন্না কোললো,*
*লৌথিবনা কোললো, চাখাবীগা কোললো,*
*খোঙজোমবীগা কোললো কে গে থাংজিং*
*কংলৈ মগুমাংদা কোললো।*

অসুম হায়না মোইবাংগী থাবা যাবা মখে লমমিৎ তুমিৎ থাবগা শকই। শকলিবা ল্যাইবোল অসি দোলাই মযাম অদুনা লাইবুং অদু অহুম লক নৎত্রগা মঙাবক কোযবা ফাওবা শক্লা শক্লা চৎকনি। মথংগী শৈশক লাইবোল অমনা-

*খেনচোবে খেনচোবে খেনচো লাংমৈ খেনচোবে।*
*থিংকো থিংকোবে থিংকো*
*লাংমৈ থিংকোবে লাইবেন কোকপা থিং কোবে।*
*পুকম পুকমমা লিখাও খাও*
*ককযেন খুজিন চু চু অচি চিবোং চি চিবোং*

ল্যাইবোল শৈশক অসি যাম্না শাংনা লৈবি খবদং ইজবনি। খেন্নবা অসুম হায়না শকই কংলৈগীনা লাইবোইগী নুমিদাংদা মবক্তা শকনদে হায়বসি খোংচিংবা চৎপদগী হল্লকপা ফাওবা লেপ্তুনা শকই। লমথোকপা চৎপদদি শকতে। থাংজিং হবাওবগী মখল অহুম হায়বদু অসিনি। মোইবাং হবাওবগীদি লাইবোইগী তাংখুল শাবা নুবাবী শাবা য়াওদে। কংলৈ হবাওবা, ফায়েং হবাওবা ককচীং, সেকমাই হবাওবদি মফম মতম মান্নদ্রগসু তাংখুল য়াওই।

**ককচীং হরাওবা খেন্নবা ঃ**

ককচীংগী লাই হবাওবা অসিসু হবাওবগী হাযবদি লৈ কৎপগী মতাংদগী হৌনা খেন্নবা হৌবে। খুলগী মী অমনা লৈ কৎনিংঙই হাযদুনা হেক্তা কৎপা য়াদে। হবাওগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈ হায়বদি হয়েং হৌগনি হাযবা অদুদা লৈবোই হঞ্জবা হিদংনা পুকম খুলদা চৎলগা লৈ নুঙ্গাবে হাযবা লৈ অদু চীংনুংদা চংলগা থিবা চৎলি। লৈবোই হঞ্জবা অদু লৈ ফংদ্রিবা ফাওবা ৱা ঙাংবা লম্বীদা খংনবা মীনা কৌবগসু খুম্বা ঙাংবা যাদে। খোঙলোই হাযদুনা অমা যাওই অদুগা ঙাংনৈ মসিগী মবমদা যাম্না শাংনা ৱাবী লৈখ্রে। লৈবোই হঞ্জবনা লাইকৌবা কাবকপা ঙাইবগা লাইফম চংলবদা লৈবোই হঞ্জবনা ঈশৈ শকনা শকনা জগোই শবগা লৈ কৎকনি। অদুগী মতুংদগী কনাগুম্বনা লৈ কৎপা যাবে। লম অতৈগী লাই হবাওবদি কনাগুম্বনা লৈ হেক্তা কৎলি। ককচীংগীদি যাদে। লাইপুবা থাংচোং কাওশেন শেনপোৎ পাযবগীদি থোইদোকনা খেন্নবা লৈতে। ঈকৌফম যৌবগা মাইবা মাইবীগী কৎফম থোকপা হে লৈ কৎকনি। ইশাই চফু হাইদুনা খোঙলৈ জগোই শাগনি। মতম অসিদা ইমা ইন্দোল ইচে ইচলশিংনা খুবাক খুদুনা ঈশৈ শক্কনি।

**লাইবোল ঈশৈ**

*লাইজ ঈশৈ নিংথৌবা কোন্দে*
*নাকথং মাইবনা লাইনিংথৌ দে*
*লুপা কোন্দা যাইথাবে সনাকোঞ্জন*

*য়াই চল্লে লাইনিংথৌ দে*
*লাইজ ঈবোন্নুংদবু লৈবাং খৈয়োম লকলকলে*
*লাইনিংথৌ দে*
*লৈবাই চাংদোন থক্তবু লফুং*
*লৈগ থাদুনা উতোং লৈগ য়ুংদুনা*
*তবা য়ামগা হৈবকলে লাইনিংথৌ দে*

শৈশক লাইবোল অসি য়াম্না শাংনা লৈখ্রে শৈশক য়াংখৈগী মথক্তা লৈ। মাইবীনা চফু হায়বা জগোই শাই, শকপনা খুলগী নুপীনা শকই মাইবীনা শবিক খিংই। লাই লৌখৎপদি মাইবীনা তৌদে। লাইশংবা হাযদুনা অমা লৈ মানা ফৈজোম ইন্নফি শেৎনদবা অহনবা শেৎলগা লৈয়োম লৈযোম অদু খুদৈ অহনবা অমদা য়োমলগা মকোক্তা হাপ্লগা ঈশিংদা লুপলগা লাই লৌখৎলি। ঈকাবকপগী জগোই মৈনচিংবা ওকপা লোইবগা ফম্বালদা লাই ফমদেংই। মতম অদুদা লৈবাংবনা হৈকক হৈবা খবগা খোঙলোই খবগা লৈপুদুনা কাবকই। মতম অদুদসু লৈ লাংবা অদু জগোই শাই ঈশৈসু শকই মশানা হৈবগা শকই হৈত্রগনা ইমা ইন্দোনশিংনা শকই। ঈশৈসিসু মফম মতম থৌবমগী মতুং ইন্না খবা য়ামই। ঈকৌবগী ঈশৈ, লৈ লাংবগী ঈশৈ, শংলেন্দগী য়াথোক শঙদা লেংথোকপগী ঈশৈ, য়াথোক শঙদগী নোংমগী হবাওবনচিংবা থৌবম লোইবগা শঙলেন্দা লেংশিনবগী লাইবোল শৈশক তোঙাল্লি।

## লৈ লাংবগী ঈশৈ

*হো লৈবাংবা পাখং কনানা*
*লাংবনো লৈথুংদবেদা পাখং*
*ঐনা লাংদে লাইনিংথৌ নোংপোক*
*নাহানা লাংবনি। লাইনিংথৌগী লাংবদি*
*শিঙঙেননা কবি লৈনোনে লৈবাংগী লৈশকতুম*
*খংনিংই। লাইনিংথৌগী লাংবদি*
*চকপী উচান শনললৈ থৌদু নুঙ্গালৈবুলাংনি।*
*লাইবে মমাগী লাংবদি শিঙঙেননা কবি লৈনোনে*
*লৈবাংগী লৈশকতুম খঙনিংই লাইবেম্মগী লাংলবদি,*
*কুশুম সনা শমজিবৈ*
*চুবা নাপল থবাম লৈ, লোইবী চোমলাং লৈবু লাংবনিদে।*
*খোঙযোম খোঙজোম লৈদুদি শিঙঙেননা*
*কবি লৈনোনে লৈবাংগী লৈশকতুম খঙনিংই*
*খোঙয়োম খোঙজোম লৈদুদি খোঙ্গুলমেলৈ,*
*একম লৈবু লাংবনি দে।*

অশুম হায়না শক্লগা লৈ কৎলি কৎলগা লৈবোই হঞ্জবনা তাকপগী মতুং ইন্না মাইবীনা লৈয়েললি। মথক্তা লাই লেংথোকপগী ঈশৈ হায়খিবদু ককচীংগীদি শামু খোঙপাক হায়দুনা পৈয়ানা শাবা লুবাককুম্বা ময়ুং নাইনা শাবা অমদা লাই অনি ফমদেংই। য়াথোকশং হায়দুনা মমাই অরাং ওল্লগা অমা শাই অয়ুক্কী য়াকৈবা লোইবগা শঙ অদুদা লেংথোকই। লেংথোকপা মতমদা

লাইশংবীগী মকোক্তা লাই অনি ফমদেংসিবা লুপাক অদু থাংকৎলে। পেনা খোংগনি মাইবীনা শবিক খিংগনি। নুপীশিংনা ঈশৈ শক্কনি।

*থৌবৈ মপু নিংথৌবা কংলৈ*
*য়াথোক শগুদগী কংলৈ নগুমাংদদুম*
*লেংথোকশে দে*
*মাইকৈ মবি ওলদুনা ময়ুম*
*থৌবালবু লমযেংহল দে*

অসুম তৌনা শকলগা লেংথোকই। লোইবগা অমুক লেংশিল্লি। লাইবোইগী তাংখুল নুবাবী য়াওই। তাংখুল নুবাবীগী থৌবম লোইবগা ঙাপ্রুম তানবা হাযবা থৌবম অমা তৌবগা লোইশিল্লি। ঙাপ্রুম তানবা হায়বিবসিগী থৌবম্না নিপা অমনা লিকং তেন পায় নিপা অমনা চৈ মতেক পায় নিপা অনিনা ফি অমা ফিজি পায়বগা খাও শাদুনা পায়। চৈ মতেক অদু তেন পায়বিবা অদু উহন্দনা লৈপাক্তা থাদৈ তেন্দুনা হেক শোকই শোকপগা ফি পায়বিবা নিপা অনি অদুনা খুল্লগা ফি খাও অদুদা হাপই। অদুগা নোংপোক্কী লাইশোন থেলোন / মাবজিংগী লাইশোন / থাংজিংগী / কৌব্রুগী / বাংব্রেনগী লাইশোন থেলোল শোল্লগা লোইশিল্লি।

ককচীংদি উমং লাই য়াম্না লৈ। খম্নাংবা / ইথৎনিংথৌ / ইকমনিংথৌ / নাউহন (পাখংবা) হায়বিবা লাইশিং অসিগী হবাওবসি খব খব খেন্নৈ। খম্নাংবা হবাওবদা ঈকৌবগীদদি হিবাউবোন শক্তে।

লাইনিংথৌ ইথৎনিংথৌ হবাওবগীদি হিবোই হায়দুনা নৌ ওইববসু চৈ ওইববসু নিপাশিংনা অমম পায়বগা লেংবান্দা থাকৎলগা পানা অনি থোকনা চৎলি। ঈকৌবা হেক লোইববকপদা মাইবীনা দোলাইদা হি হোনবগী মওংদা হিবোইশিংগী লেংবান্দগী নৌ অদু পায়বগা হিবাউবোন শক্কনি। ময়াম্মা খুমগনি। মসি ককচীংনি হায়দুনসু মখল অমত্তুনা হবাওবা য়াদে। লাই লাইদুগীনি।

## হিয়াউরোনগী শৈশক

*হো ও ও ও হো হোই*
*হো ও ও ও হো হো লে হোলে*
*হিবোইশিংনা হায় হায় হায়না খুমগনি।*
*লাইনিংথৌ ইথৎনিংথৌ হায় হায়*
*তুবী যেকশু য়েকশোইদা হায় হায়*
*লাইবেন য়েকশু য়েকমাংদা হায় হায়*

শৈশক অসিসু য়াম্না শাংনা কুনথ্রাগী মথক্তা লৈ। খবদং ইজবনি। অসুম হায়না শকনা শকনা লাকপনা লাইওক জগোই মৈনচিংবা ওকলগা ফম্বালদা লাই লেংশিললি। নুপীশিংনা লাই লেংশিনবগী ঈশৈ শক্কনি হৈথা লৈথা তৌবা য়াবা থৌবম তৌই। খেন্নবা অমসু লমথোকপদা মফম য়ৌবগা লাইগী হৈথা লৈথা তৌবগা পিবাগী নুপী মৌশিং তবেৎ, ময়ুম পানখিবা নিংঙোল তবেৎ পানা অনিথোকনা খায়দোকলগা শগোল তোংবী নুপী অমনা শগোল শাবগা অমনা তোংলগা ফিবুল হুন্দুনা শান্নে।

কাংজৈ শান্নে, কাং শান্নে। তন্দন ফাইবোক অমত্তা চিৎথদনা শান্নে। কাংজৈ শান্নবদা মৌশিংনা পাঞ্জন হেক চনবদা মৌশিংগী নিপানা থাও থাও হায়না লাওগনি লাওই। নিংঙোলশিংনা পাঞ্জন হেক চনবদা নিংঙোলশিংগী নিপানা থাও থাও হায়না লাওই। লাইশিং অসিগী হবাওবা নৎত্রগা নোংমগী ওইবা চাকলোং কৎপা কুম চনবা মতমদা লাই লাই অদুগী হৌবক ৱাবী থেলোননা কৎতবা য়াদে।

ইজবিবশিংসি হবাওফম খুদিংগী ওজাশিংগী মখাদা চহি অহুম অহুম হবাওবা থৌগল য়াওজবগা অম্বিবসু ওজাশিংনা ইবগা পিবনি। মতম অদুগী হবাওবা হৌজিক হবাওবিবা অসিগা অওনবা লাকলত্র হায়বা অসিমদি হায়জবা ঙমদে।



# লাই হরাউবগী হৌরক্লোন অমদি মসিদা মনিপুরি কলচরগী মমি

*নাউবোইবম ইন্দ্রমনি*

***রাহৌদোক ঃ***

লাই হবাউবা হাযবসি লমদমসিদা যেলহৌঙেদগী পাঙথোক্লদুনা লাকপা অমসুং মৈতৈ খুন্নাইগী খুন্নাইবোল অমদি খুন্নাই অসিনা চাউখৎলকপগা ঈবোযনদুনা লাক্লবা যাম্না মকুওইবা লাইথৌ কূম্মৈ অমনি। লমদমসিগী তম্পাকলম শীনবা থুংনা লৈবিবা খুন-খুনগী ওইবা খুন-খুনবু কোনবিবিবা উমংলাইশিংগী খুভমশিংদা কুমজা কুমওন ওল্লকপা খুদিংগী খোঙগং ঈকংবা মতমদা তীনচা লাইচা শেংবা অফবা নুমিৎ যেংদুনা লাইযিংথৌ লাইবেম্মা অনীগী হবাউ শকশেম তল্লগা থৌদোক কূম্মৈ শানৈ। মহৌশানা লাইথৌ কূম্মৈ অসি চহী অমগী থা তবানিথোইগী মনুংদা ফাইবেন থাদগী ইঙেন থা ফাওবগী মনুংদা অযাম্বনা পাঙথোক্লৈ। পাঙথোকফমদি লাইযিংথৌ লাইবেম্মগী লাইশঙ লৈবিবা অদুগী মমাঙদা লৈবা লাইবৃংদা নীংথিনা শেম-শাবগা খুনগী মী অযাম্বা নিপা নূপী, পাথং লৈশাবী কযা যাওনা পাঙথোক্লৈ। লাইথৌ থৌবম অসি তাইবংপানবা মপুনা লৈশেম নোংশেমলকঙৈগী থবক অদু লাইশিংনা থূৎনা থেক্তুনা উৎপা,

জগোই শাদুনা তাকপা, চীন্না শকপা শোনবা অমসুং পূক্লিংনো খঙহল্লি। মখা তানা তেংবানবা মপুগী মচা মনাই ওইবা তাইবংমীনা লাইশিংগী মতৌ তমদুনা লৈশেম নোংশেমগঙেদা লাইশিংনা তৌবম্বা থবক থৌবম অদু অমুক মতৌ তমদুনা শান্নবনি। অসুন্না তৌবা অসিনা লাইশিংনো পেনবী। লাই হবাউবা মতমদা লাই হবাউবিবা অসি লাইফম অদুদা লৈবিবা লাইযিংথৌ লাইবেম্মা অনী অদুত্তবু নত্তে। লাইফম অমদা নত্রগা লাইবূং অমদা হবাউবিঙে মতমদা অতৈ অতোপ্পা লাইশিংসু লাক্লুনা লাই হবাউবা যাওবৈ হাযনা থাজনৈ। মবম অসিনা লাই হবাউবা হাযবসি শন্না হাযববদা মীগা লাইগা পূন্না হবাউমিন্নবা থৌবল্লি।

*নুংগী ওইবা ৱাবোল ঃ*

লাই হবাউবা অসিগী নুংগী ওইবা ৱাবোলদা লাই হোই লাউবা হাযবা অসিদগী থৈথবক্লুনা লাই হবাউবা হাযখিবনি হাযবা অখঙ অহৈশিংগী ওইবা ৱাবোল লৈ। মসিগী নুংগী ওইবা ৱাবোলদি তেংবানবগী মপু যাইবিবেল সিদবা অতিংকোক মরু সিদবনা তাইবং লিলা শান্নগে খন্দুনা মচানিপা লাইযিংথৌ অশীবদা মালেম শেম্মু, তাইবং থৱায পানবা পূম্বা শেম্মু, তাইবংমী শেম্মু হাযনা থৌশীখি হাযবদগী মমিং অশীবা কৌনা মালেম তাইবংপান অসিবু শেম্বা লোইববদা মতৌ কবন্না তাইবংপান অসিদা লৈননবা থৱায পানবশিং শেমগদগে হাযবগী ৱাখলদা নুংবংননা লৈবিঙে মপল কুরু শিদবা তেংবানবা মপু অতিংকোক মরু সিদবনা মচা অশীবগী মমাঙদা মযা লাওনা কাথোক্লুনা মাগী পীবূকনুংদা তাইবংপানবদা লৈগদবা থৱায পানবা পূন্নমক

শুনা উহনবদগী লাইযিংথৌ অশীবনা তৌফম খঙদনা নুংবংননা লৈবম্বদগী ৱাখল লংলা লংজিল ফংলদুনা হবাউ নুংঙাইবগা লোযননা লাইশিংবু হোইদোক্লকপবু লাই হোই লাউবা কৌই। হাযবিবা প্রফম অসিনা লাই হবাউবগী নুংগী ওইবা প্রাবোলনি।

*উমংলাই ঃ*

লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ কূপ্পো অসিগী পাঙথোকফম ওইবিবা মফমসি উমংলাইশিংগী লাইবুংদা পাঙথোক্লবনি। মবম অসিনা কূপ্পে অসি উমংলাইশিংগা তৎন-থানবা যাদনা মবী লৈনৈ। লাই হবাউবগা তৎন-থানবা যাদনা মবী লৈনবিবা উমংলাই হাযবসি কবিনো হাযবা চাউবাকপা অমা মশক তাক্লম্বা অসি যাম্লমক মরুওই হাযনা লৌবগা উমংলাইগী মবমদা চাউবাকপা ৱাবোল থবা মখাদা নৈনদুনা যেংশি।

*উমংলাইগী মশক ঃ*

উমংলাই হাযবসি অযাম্বা মীওইশিং হাযবদি মনিপুবগী মপানলমগী অইবশিং অমদি মনিপুব মনুংগী অইবশিংনা উমংদা লৈবা লাই উমংগী লাই ওইনা মশক তাক্লবা হোৎনৈ অদুবু উমংলাইগী মবমদা অখঙ অহৈ ওইনা লৈবা মীওইশিংনদি উমংলাই হাযবসি উমংদা লৈবা, উমংগী লাই নত্তে, উমং লাই হাযবসি উবম্বদগী মংখ্রবা হাযবদি উখিদ্রবা লাই উমংলাই হাযবনি হাযনা ৱাহম্লোক পীনৈ। অশেংবসু উমংলাই হাযবসি উমংদা লৈবা থাক যাম্লা নেমথবা মখলগী লাই অমা নত্তে। খুন-খুনগী খুঙ্গং-খুঙ্গংগী মযায নত্রগা মতাই ওইবপ্রা খুনদু

কোনবা উমংলাইশিংগী খুভম যাদুনা লাইগী লাইকোল, লাইবুং লৈনৈ। উমংলাইগী লাইকোনদা হৌবা পাম্বী-শীংনা, উপাল-রাপাল অমত্তা যাল্লুবা, থৎলুবা যাদবা কবিগুম্বা উমংলাই লাইকোনগী উ-রা, পাম্বী শীংবীশিংবু মফম মবাং খণ্ডদনা থৎলুবা, যাল্লুববদি লাইগী চৈবি-চৈথেং পী, অসি-অনা নংঙি হাযনা থাজনবদগী কিনদুনা কনানসু লাইকোননুংদা হৌবা পাম্বীশিং যানবা, তুম্পা, হেকপা তৌনদে। মবম অসিনা লাইকোন্দা হৌবা পাম্বী খুদিংমক চাউবক্তুনা মপুং মবৈ ফাববা উজ্জাউ কযানা লাইকোনবু লৈতেংদুনা যেংবদা অপীকপা উমং অমা ওইনা উবদগী মীচম মীযামগী মীৎতা খুন কোল্লিবা লাইশিংবু উমংগী লাই উমংলাই ওইনা উনবনি।

***উমংলাই মাপল ঃ***

উমংলাইগী মবমদা ইবম্বা অবিবা লাইবিকপু উমংলোন কৌই। উমংলোন মাপল কৌবা লাইবিক্তা উমংলাই মাপলগী মবমদা ইদুনা মখোযগী মবী-মখোঙ, মতীক-মযাই তাকই। উমংলাই মাপলগী মমিংশিংদি - (১) লাইমিংথৌহনবা (২) মোংবহনবা (৩) খল্লাংবা (৪) চাথাবা (৫) নাউকন (৬) মুরা নিংথৌ (৭) লুরাং পুন্সিবা (৮) মাৰ্জিং (৯) কৌববেন হাযবিবা মাপল অসিনি। থিবেল লাযাৎ কৌবা অবিবা লাইবিক্তা উমংলাই মাপল অসিগী খ্বাইগী মকোক ওইবিবা লাইদি হেবু খুনমাবা কৌই হাযনা ইবি। উমংলাই মাপল অসিবু পুথোকখিবগী মতাংদা লৈহৌ নাউফল্লোন কৌবা লাইবিক্তা ইবম্বা রাবোলদা

পাখংবগা লাইস্নাগা অনীনা শঙ্গাইবেন্দা হীপলিঙেদা লৈনুং থাকক অসেবনা অযুক যাহৌববু লাইস্নানা লাইযিংথৌ যাহৌহিগুনো, নিংথৌ ফমথৌ নঙাইবোই, নিংথৌ নহিসাং কনা লৈতবিএ হাযনা খামখি। মসিদগী পাখংবনা মহাক্তগী উমংলাই মাপল চিংথোকখি।

লাইযিংথৌ পাখংবনা মহাক্তগী ইহান হান্না চিংথোকখিবা উমংলাইশিংগী মতাংদা লাইশ্রাফম নত্রগা ফন্নোন কৌবা লাইবিক্তা ইবম্মা রাবোলদা মপুগী মমীৎ যেৎতগী মূরা নিংথৌ, মমীৎ ওযদগী লাইযিংথৌহনবা, নাকোং ওযদগী নাউকন, নাকোং যেৎতগী মোংবহনবা, নাতোন যেৎতগী চাখাবা, নাতোন ওযদগী কৌবরেন, যাদগী খম্লাংবা, ঈশিং থোঙদগী লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা, পেং থোঙদগী মার্জিং পুথোকখিবগী রাবোল ইবি। হাযবিবা লাইযিংথৌ পাখংবগী মশাদগী চিংথোকখিবা ইহান হানবা উমংলাই থোকখিবা অসিদগী উমংলাই মাপল অসিনা পাখংবগী ফমঙ্গপ, নিংথৌ পোংবা তবা কৌনা পাখংবগী লৈঙাক্লোন্দা অচৌবা থৌগাই পুবা হৌখি। লৈঙাক্লোন্দা উমংলাই মাপল অসিবু লাইফাংথৌ হাযনা কৌই। লাইফাংথৌ মাপল অসিনা মীদা থৌ শিন্নবকপা মতমদা খুনফাংথৌ কৌই। লাইফাংথৌ মাপল অসিনা খুনফাংথৌ কৌনা মীদা শিন্নবদি - লাইযিংথৌহনবনা খুবায লাকপা, মোংবা হনবনা রাংখৈ লাকপা, খম্লাংবনা নোংথোনবা, চাখাবনা পুথ্রনবা, নাউকন্না খাই লাকপা, মূরা নিংথৌনা যাইস্কুল লাকপা, লুরাং পুন্সিবনা অহল্লুপ লাকপা, মার্জিংনা হিযাঙলোই হজবা, কৌবরেন্না চোঙখানবা হজবা

অসিনি। উমংলাই মাপল, লাইফংথৌ অসি নিংথৌ পোংবা ভবা কৌবা ফমথৌ ফমলূপ অসিগী লাইপানি।

*লাই হরাউবগী মরম ঃ*

লমদমশিদা যেলহৌঙৈদগী খুন-খুন, খুঙ্গং-খুঙ্গংশিংবু চীককোন-নাউকোনবিবিবা উমংলাইশিংবু মখোযনা কোল্লিবা খুন-খুনগী তাইবং মচা-মনাই ওইবা কযানা কুমজা-কুমওন খুদিংগী হবাউ শকশেম তমদুনা পৈশা চঙনা মতম মাঙনা হবাউ থৌবম পাঙথোক্লবিবা অসিগী মকুওইবা মবমদি লৈবাক নিংথৌ পুন্সিনবা, নুংঙাই-যাইফবা পীবিনবা, চাদা নাউদা মবাং কাযনবা, চাকহোঙ-ঙাহোঙনবা, পুন্সি নোংশাংনবা, লৈবাক মবা ঈং তপ্পা পান্নবা, অশি অনা থোক্তবা খুঙ্গাউ লৈচাউবা পীবিনবা তেংবানবা অসিদা লৈবিবা তাইবং থগ্রায ওইবা পুম্ববু শেম্বিদুনা পী-পা ওইবিবা লাইযিংথৌ লাইবেম্মা অনীদগী শন্দোকহনখিবনি হাযবশি নীংশিংদুনা মখোযগী মতীক মযাইবু শৈথাদুনা হবাউ তযাম্বগা লোযননা লাই হবাউবগী থৌবম পাঙথোক্লবনি।

মালেমসিদা লৈবিবা মীওই কাঙলূপ খুদিংমক্কি মপা মপুগী হৌবকফম লৈনৈ। মপা মপুশিং অদুগী ব্রাবী-শীংবুন, লাইনীং-লাইশোন, চৎনবী নাৎকি হবাউ কৃষ্ণেশিং অদুনা যোনশিন তাশিন্দুনা চহীচা কযাদগী মীবোল মীবোল নাইনা পুথবক্তুনা ঙসিগী মীবোল ফাওবা পুন্দুনা পুথবক্লিবা পাবী পুবীগী নাৎকি লনশিং অসিবু যোকখৎতুনা থম্নবি। পাবী পুবীদগী মথং মথং

থঙথবক্তুনা লাক্লিবা নাৎকি কৃষ্ণৈ অমা ওইনা লমদমসিগী মৈতৈ খুন্নাই অসিগী লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ কৃষ্ণৈ অসি [illegible]। কাঙলূপ অসিগীসু শকযেং মিংশেল ওইনা লৈবি। অসি [illegible]। খুন্নাইসিগী চৎনবী নাৎকি মচাক অমা ওইবিবা লাই হবাউ হাযবা লাইথৌ কৃষ্ণৈ অসিদা মৈতৈগী হৌবকফম, মশাগী [illegible] লাইনীং-লীচৎ, চৎন-লোনচৎ, মালেমসিদা ফুকপসিনা [illegible] খোঙদাবকপা, কমদৌনা তাইবং মক হুল্লক্তুনা ঙসি ফাঙলগা চাদা-নাউদা শমথবক্তুনা হিংলকপগে হাযবা পুন্নমক লাই হবাউবা হাযবা নাৎকি চৎনবী লাইথৌ কৃষ্ণৈ অসিদা তিন্দুনা [illegible]।

লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ কৃষ্ণৈ অসিদ৷ [illegible] খুন্নাইগী পুন্সিবোল, খুন্নাইসিনা চাওখৎলকপা, খুন্নাইসিগী চৎনবোল কযা মযেক শেংনা উবা ফংই। খুদম ওইনা লাইথৌ কৃষ্ণৈ অসিগী নোংমগী ওইবা হবাউ থৌবমদা হবাউবিবা লাই অদুবু যাকৈবা, মাইবীনা লাইপাউ চেনবা, লৈ লাংবা, হেইক লাউবা, হকচাং শাগৎপা, যুমশাবোল, ফি সাবা, লোং খোনবনাচিংবা পুন্নমক মাইবীনা জগোই খুম্বেকনা উৎলিবশিং অসি কাঙলূপ অসিগী পুন্সিবোল অমদি খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোন তাক্লিবনি। অমবোমদা মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম চঙলক্তুনা লমদমসিগী চৎনবী নাৎকি ওইবা থৌবম কযাদা মীবমগী চৎনবী কযা তোৎশিন যানশিনখ্রবসু হিন্দু লাইনীংনা খুৎ শোক্তনা মশাগী অশেংবা শক্তম ঙাক্লা তক-তক্না লৈবকপা থৌবম অমা হাযবা তাববদি লাই হবাউবা হাযবা নাৎকি থৌবম অসিতনি। মবম অসিনা ঙসিগী অমদি তুংগী মীবোলশিংনা লাইথৌ কৃষ্ণৈ অসিগী অশেংবা

হরাউরোলগী শক্তম কাযহন্দনা ঙাক্তুনা থম্বা, পবম কায়হন্দনা যোক্তুনা থম্বা অসি যাম্নমক তঙাযফদে।

*লাই হরাউবগী হৌরক্লোন ঃ*

পোৎশক খুদিংমক্তি, থৌবম খুদিংমক্তি মশাগী হৌরক্লোল, চাওখৎলকপগী মচৎ লৈজবগুম লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ কূম্মৈ অসিগীসু মশাগী হৌবক্লোন অমসুং চাওখৎলকপগী শক্তম অমা লৈজে। মতৌ কবম্না লাইথৌ কূম্মৈ অসি হৌবকখিবনো, কবম্না ঙসি ঙসিমক ওইবিবা হবাউবোল অসিগী শক্তম অসি ওইবকখিবগে হাযবগী ৱাবোল নৈনদুনা যেংবা যাই। লাইথৌ কূম্মৈ অসিগী হৌবক্লোন অমদি চাওখৎলোন নৈনবদা তাঙ্কক তাঙ্কক নাইনা লাই হাক্তক্তা হাবউবম্বদগী লাইগা মীগা তাইনবদা হবাউবম্বা, পুৱাবীগী মতম হাযবদি মীগী মতমদা হবাউবা হৌবকখিবা অমদি পুৱাবীগী তাঙ্কক কযাদা লাইথৌ কূম্মৈ অসিগী খোঙজেলদা অকা-অকুম নাইনা লাকখিবগী মবমদা চাউবাকপা অমা মখাদা নৈনদুনা য়েংশি।

লাই হবাউবা হাযবা লমদমশিগী নাৎকি ওইবা লাইথৌ কূম্মৈ অসি পাঙথোকপা হৌবকপা কযা যাম্না কূইববগে হাযবসি যাম্না মকওইবা অমনি। লাইগী মতমদা কৌব্রু চীংগী চীংদোম্দা ইহান হান্না হবাউখি হাযনা থাজনৈ। লাইগী মতমদা কৌব্রু চীংগী চীংদোম্দা পাঙথোকখিবা হবাউ থৌবমসি কৌব্রু চীংগী খ্যাইদগী ৱাংবা, মতোন ইতুম তুম্বা সোবাবেলগী খুভম লৈবিবা অসিগী হাইথবকপা থারোম থংবদা লৈবিবা অপাকপা লৈতেম

মান্নবা লম্পাকসিদা পাঙথোকখি হায়না লৌনে। মফম অসিদা লাইযিংথৌ কৌব্রুনা লাই মযাম্মু কৌবগা চহী অমগী মেবা থাদা অফবা নুমিৎ থাবাল যেংলগা খোইযুম লাইযাম্না চাকচা হৈজান্নবগা নুমিদাংগ্রাইবমগী মতমদা লাই হোই লাউবগী থৌবম, লাই হবাউবা পাঙথোকখি। হাযবিবা লাই হোই লাউবা থৌবম পাঙথোকফম ওইবিবা চীংদোনগী লম্পাক অসিবু হোইলাউথেল হায়না খঙনৈ।

***লাইগী মতমদা হরাউবা*** — হাযবিবা কৌব্রু চীংদোন্দা লাইগী মতমদা *লাইযাম* তিন্দুনা হবাউবগী থৌবম পাঙথোকখিবা অসিদা লাই মঙানা হবাউবগী অশীন অবাঙগী থবক পুখি। যেনবিকাম্পা কৌবনা চান্নৌ লা থাঙদুনা লাবোই ওইখি, লাবোই হনবা কৌখি। য়েনবিকংবা কৌবনা শীংলোইগী থৌ পুদুনা শীংলোই মকোক ওইখি। মোবিযাবা কৌবনা কৌব্রু চীংগী লোক্রুংদা চঙদুনা শিঙেল লৈবাং থিকবগা লৈবোই ওইখি, লৈবোই হনবা হায়না কৌখি। চান্দেবা খোংদেবা কৌবা লাই অনীনা হবাউ থৌবমগী অশীন অবাঙগী থৌ পুখি। ঙসি ঙসিমক খুন-খুন খুদিংদা লাই হবাউবগী লাইথৌ পাঙথোক্লবিবা অসিদা হবাউ থৌবমগী লাবোই, শীংলোই, লৈবোই হাপ্লুনা খুন কোনবা লাইযিংথৌ লাইবেম্মা অনীবু হবাউ শকশেম তমদুনা থৌদোক কৃপ্পে শান্নবা থৌবম পাঙথোক্লবি। লাইযিংথৌ কৌব্রুনা লূচিংদুনা লাইযাম্না কৌব্রু চীংদা ইহান হান্না লাইয়াম তিন্দুনা পাঙথোকপা লাই হোই লাউবা থৌবমদা হযেং তুংদা খঙহৌনবগীদমক কাউদনবা যেলহৌঙেদা মানা মানা তৌবকখিবা

থৌরমশিংবু নীংশিংনদুনা মথং মনাও কায়হন্দনা হরাউ থৌরম পাঙথোক্লখি অমদি হরাউ তয়াম্বা ফোঙদোক্লখি। লাইয়াম্না তৌখিবশিং অদুবু চীন্না মথং মথং হাযরগা খুৎ শানা মওং তাক্কুনা নীংশিংনবা অদুবু চীংঙু লাইযাম্না হরাউ থৌরম পাঙথোকখিবা অদুবু মখা চখরকপদা মৈনা বাযনা তাংনা শন্না তাইবং চাদা নাউদা ওইবশিংনা মতৌ তমদুনা ঙসি ঙসিমক লাই হবাউবগী থৌবম পাঙথোক্লদুনা লাক্লি।

*লাইগা মীগা তাইনবদা হরাউবা* — মথংদা লাইগা মীগা তাইনবা মতমদা পাঙথোকখিবা হবাউ থৌরম্না নোংমাইজিং চীংদোন খলোংদা লোংপোকপু লাইগী নিংথৌ সোবাবেল হাম্পা মতমদা লাইযাম্না লৈ লাংলগা শান্নখিবা হরাউ থৌরম অদুনি। মৈতৈগী লাইরেম্বীলক্তগী মরুওইবা লাইবেম্বী অমা ওইবিবা পাম্নোইবীগা কংলোদা পানবা খাবা লৈবেনখৈগী মচানিপা তবম খোইনুচাগা হাযনা শীংনবগা মবাল লুহোং খোঙদোং তমদুনা খাবগী মৌ ওইরবদা লাইবেম্মা পাম্নোইবীনা ইনজিং লোংখোনবা চৎপদা মশাবী নোংপোক নিংথৌ কাযনৌ চীংশোম্ববু থেংনখি। শাবী শানৌ অনীনা থেংনববদা নুংশি মবী লৈনবকখি। মমৈদা পাম্নোইবীনা খাবা মরানয়ায থাদোক্লম্লগা মশাবী নোংপোক্কা লোযননা চেনখিদুনা শেলোই লংমাই চীংদা কাখিদুনা নোংমাইজিংগী চীংদোন্দা সুরুং মথক্তা নোংপোক পাম্নোইবী অনীবু ফম্বাল তোংহন্দুনা লাইয়াম্না নোংপোকপু লাইগী নিংথৌ সোবাবেল হাপখি। নোংপোকপু লাইযাম্না লাইগী নিংথৌ সোরারেল হাপ্লবদা চীংঙু লাইযাম্না নোংপোক পাম্নোইবী অনীদা লৈ লাংদুনা হবাউ থৌরম পাঙথোকখি।

***মীগী মতমদা হরাউবা*** — মীগী মতমদা পাঙথোকখিবা লাই হরাউবা থৌরম্না পান্থোইবীনা খাবা মরানরায থাদোক্না নোংপোক নিংথৌগা লোয়ননা চেনখিদুনা নোংমাইজিংগী খলোংদা নোংপোক নিংথৌগা লোয়ননা ফম্বাল তোংবা থৌবমদা পান্থোইবীগী মনেম্থোক মন্ তেকঙাস্ চত্না য়েংলুবদগী নোংপোক পান্থোইবী অনীবু লাইনি হায়বা খঙলকখি লোয়ননা খাবা মরানযায়দা হল্লকবদা পান্থোইবীনা শেৎলম শীজিন্নরম্না ফিমন অমদি যুমগী শাইজিন শাইযাদা থেৎলম্মা শম-নাবু লাইশঙ শাদুনা লাৎচখি। নোংমাইজিংদা চত্না নোংপোক পান্থোইবী অনীবু খাবা মরানযায়দা কুমবিবরুবা লৈশি লৈথোন্না হাযজবদগী নোংপোক পান্থোইবী অনীনা কংলাগী খাবা মবানযাযদা লেঙলকখি। নোংপোক পান্থোইবী অনীনা খাবা মবানযাযদা লেঙলক্রবদা খাবশিংনা নোংপোক পান্থোইবী অনীবু লাইশঙনুংদা ফমদেংহল্লগা অদুঙে নোংমাইজিং চীংদোন্দা নোংপোক পান্থোইবী অনীনা ফম্বাল তোংভৈদো লৈ লাংখিবগী মতৌ তমদুনা লৈ লাংলগা চাকলোন কত্না খুল্লাউ-লৈচাউবা, নুংঙাই য়াইফবা পীনবীনবা খুরুমজখি। অসুম্না মীগী মীবোল তাবরুবদা কংলাদা খাবা কাঙবুনা নোংপোক পান্থোইবী অনীবু লৈ লাংদুনা চাকলোন কৎলগা খুরুমজখিবা থৌবম অসিদগী লাই হরাউবা থৌরম হৌরে হায়না লৌরগা মতুং তাবকপা মীবোল কয়ানসু মৈনা বায় অংনো শম্না হরাউবা থৌরম মথং মথং চখরকখি। হায়রিবা খাবশিংনা কংলাদা পানখিবা মতম অসি মনিপুর পুবারীগী অহানবা নিংথৌ মৈদিংঙু লোংদা লাইরেল পাখংবনা খৃঃ ৩৩ সুবদা কংলাদা ফম্বাল তোংদুনা

পানখিবগী মমাঙগী মতম ওইবনা মীগী মতমদা খাবশিংনো কংলাদা লোংলোক শিংগী অমসুং পাম্বোইবী অনীবু ঈরাৎচদুনা হরাউ থৌরম পাঙথোকখিবা অসি খৃষ্টগী মমাঙগী মতম্নি হায়না জোলার অয়াবনা লৌনে। মরম অসিনা ঙসি ঙসিমক পাঙথোক্লরিবা লাই হরাউবা হায়বা নাৎকি লাইথৌ কূন্দ অসি যামদ্রবদা চহী ২০০০ রোমদি লিরবা নাৎকি থৌরম্নি হাযনা লৌবা য়াই।

চহী লীশিং অনীবোমগী মতমদগী ঙসিফাওবা চথদুনা লাক্লিবা নাৎকি লাইথৌ কূন্দ অসি লেপ্তনা অসুম পাঙথোক্লুনা লাকখিবদি নত্তে। মসিগী থোঙচত্তা অকা-অকূম নাইখিবা তাক্কক কয়া লৈখি। খাবশিংনা কংলাদা পানবা মতমগী মতুংদা মৈদিংঙু লোংদা লাইরেল পাথংবনা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদসু নাৎকি হরাউ থৌবমশি নীংথিনা পাঙথোক্লুনা লাক্লবা মতুং খৃষ্টগী ৭শুবা চহীচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মমাঙ ফাওবদি থৌরম অসি যাম্না শাথিনা শিথবা মতম ওইখি। অদুবু মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা পানবা মতমদগীদি থৌরম অসি অমূক লৌনা পাঙথোক্লুনা নীংথিজনা চাওথৎলকখি লোযননা নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তগী মথং মথং চাওথৎলকপনা খৃষ্টগী ১৬সুবা চহীচাদা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম ফাওবদি লাই হরাউবগী লাইথৌ কূন্দ অসি নীংথিনা থোঙজেল য়াঙনা চাওথৎলকখি। অদুবু খৃষ্টগী ১৮সুবা চহীচাগী মতমদা পানখিবা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী হাক্তক্তা মপান লমগী লাইনীং লৌরুবদগী লাইথৌ কূন্দ অসি নমথদুনা থমখিবনা য়াম্না শাথিনা শিথরকখি। মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী মশূ ইবুংঙো মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা

পানবা মতমদা অমুক হন্না মতম অদুগী মায়কৈশিংদা লাইথৌ কৃখো অসিগী মরমদা কন্না খিজিন-খোমজিন্দুনা লাইথৌ থৌরম অসি মাঙদনবা নীংথিনা ঙাক শেন্দুনা থম্বিরমখি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র মতমগী অফাওবা লাইবিক ইবা রাহেংবা মাধবরাম্না লাই হবাউবগী কাঙলোন, লাইথৌ পবিং, ঈবাং থৌরমগী মপূং ফাবা পবমশিংবু নীংথিনা তাশিন-খোমজিন্নগা লাইরিক ওইনা ইদুনা থম্বিবন্মি।

অসুন্না লাই হবাউবগী থৌবম অসি মথা তানা মথং মথং পাঙথোক্লুনা লাকপদগী মবক্তা মনিপুরদা অরো লানগাষ নংদুনা চহী তবেং খুন্তাকঙৈদা লাইথৌ কৃখৈ অসি পূমলেপ লেপলুরবসু চহী তবেং খুন্তাক্লুবদগী হঞ্জিল্লক্লুনা লৈবাক মরা তপ্না ঈংনা পাল্লবদা থৌবম অসি মথা চথনা পাঙথোক্লরকপনা খৃঃ ১৮৯১, মহাবাজ কুল্লচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা মনিপুরগা বৃটিশকা শোক্লবা লানফমদা বৃটিশনা মনিপুববু মায়থিবা পীখিবদগী মতম খবা লাইথৌ কৃখৌ অসি পাঙথোকপা লেপলুরবসু মহাবাজ চূড়াচান্দ সিংহগী মতম খৃঃ ১৮৯৮ গী কালেন থাগী ৬নি পানবা যুমশকৈশা নুমিৎতা মতম অদুগী মনিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ত পি মেক্সুএলগী যাথং মতুংইন্না মহারাজগী মবুথৌ ইবুংঙো মোইবাং নিংথৌ বামানন্দনা লেপলুববা উমংলাই হরাউববু উমংলাইশিংগী খুভমশিংদা অমুক নৌনা হরাউবা হৌহনখি। হায়রিবা মতম অসিদগী লাইথৌ কৃখৈ অসি লেপ্তনা চথন্নকপনা ঙসিদি লাই হয়রাউবা অসি অঙকপা ফংনা লাইবুং অয়াম্বদা পাঙথোক্লদুনা লাক্লি।

অসুন্না লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ কূপ্পে অসি মসিগী চাওখৎলোন্দা অকা অকূম কযা লৈখিবা তাববসু ঙসি ফাওবদা হিংদুনা লৈবিবা চৎনবীগী থৌবম অসিদা লমদমশিগী, খুন্নাইশিগী নাৎকি ওইবা মচৎ, কযাগী মমি চাউনা তাবা থৌবন্নি। অহানবা হৌগৎলকপদা যাম্না চন্না পাঙথোকপা হৌবকখিবা ওইববসু মসিগী শাংলবা চাওখৎলোনগী খোঙচত্তা খুন্নাইশিগী নাৎকি চৎনবী কযা মথং মথং চঙশিল্লকখিবনা ঙসিদি লাইথৌ কূপ্পে অসিনা মৈতৈ নাৎকি মিংশেল ওইবি। খুন্নাইসিগী চৎনবী, পুন্সিরোল, লাইথৌ-তীথৌ, লাইনীং-লাইশোল, খুন্নাইবোলনচিংবগী চাওখৎলকপগী মমি চাউনা তাবি। মসিগী খুদম চাংদম ওইবা যাবা প্রাবোল খবদং মথা তানা পল্লম্বা তাববদি —

***লাই হরাউবগা খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোনগা লৈনবকপা মবী*** — লাই হবাউবা হাযবা চৎনবী লাইথৌ কূপ্পে অসিনা ঙসি ঙসিমক হিংদুনা লৈবিবসি মৈতৈ খুন্নাই অসিগী মনুংদনি। খুন্নাই অসিগী লেমজনফম ওইববা শাংলবা চাওখৎলোনগী খোঙচৎতা লাকখিবা অওনবা, অহোংবা চৎনবী, নৌনা পুথোকপা পোৎশক কযা তপ্না তপ্না লাইথৌ কূপ্পে অসিদা চঙশিনখিবগী মমি চাউনা তাই। শন্না হাযববদা লাই হবাউবা হাযবসি মৈতৈ খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোনগী মিংসেলনি। মসিগী খুদমদি

১) ***লাইশোন তীনশোন ঃ*** যেলহৌঙেদগী হৌনা খুন্নাই অসিগী পুন্সি মহিংদা লাইশোন তীনশোনগী মফম অমা যাম্না চাউনা কন্দুনা লাকই। লাই তীনগী থবক

অমা হেক পাঙথোকপা মতমদা লাইশোন-তীনশোনগী থবক অসি অদুম লোয়নদুনা লাক্লবনি। লাই হবাউবা হায়বসিসু লাই তীনগী ওইবা থবক থৌবমনিনা খুন্নাই অসিগী চৎনরোল লাইশোন-তীনশোনগী মফম অমা চাউনা কন্দুনা লৈবি। মসিনা খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোনগা লাইথৌ থৌবম অসিগা নকুবা মরী লৈনৈ হায়বা অদুম তাকই।

২) ***লাই ঈকৌবা ঃ*** লাই ঈকৌবা হায়বসি যেলহৌঙেদগী হৌনা খুন্নাই অসিগী চৎনবী ওইদুনা লাক্লবা থৌবম্নি। লাই-তীনগী থবক্তা লাই লৌখৎপা, লাই থবায হাম্পগী মতাং লাকপদা হীবী তিংদুনা ঈশিংদগী লাই ঈকৌখৎপা হায়বসি খুন্নাই অসিগী চৎনবীনি। হায়বিবা চৎনবী থৌবম অসি লাই হবাউবগী থৌবমদসু হবাউগদৌবিবা লাই অদুগী থগ্রাযবু হবাউবা হৌদ্রিঙে হীবী তিংদুনা ঈশিংদগী লাই ঈকৌখৎপা হায়বসি পাঙথোক্লে। মসিনা তাকপদি খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোনগী মমি লাইথৌ কূপ্নে অসিদসু তাবনি। লাই হবাউবগী লাই ঈকৌবা থৌবমগা শাগোন্ননা পাঙথোকলিবা খযোম লাকপা অমদি কোনযাই হুনবা হায়বিবশিং অসিসু লাই হবাউবগী থৌরমদতা যাওবা লাইথৌ নত্তে। খুন্নাই অসিগী পুন্সি মহিংগা মরী লৈননা মতম মতমগী ওইনা তঙাযফদবা থৌবম লাকপদা অদুম পাঙথোকপা ঙাক্তনি। খুন্নাই অসিগী চৎনবী, চৎনবোল অদু লাইথৌ কূপ্নে অসিদা মমি তাবনি।

৩) *মী পোকপা ঃ* মীওইবা খুন্নাই অসিনা লৈবকপদগী হৌনা অঙাং পোকপা হায়বসি পাঙথোক্লুনা মহৌশা ঈশ্বরগী শিল্প ওইদুনা অদুম লাক্রবনি। ওল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা খুন্নাই অসিগীসু কুম থা সুববী মীবোনবী অমনা অঙাং উন্নবা মতমদা কবল্লা অঙাং উনবগে হায়বগী অকক্লবা চৎনবোল অমা লৈজে। খুদম ওইনা খুন্নাই অসিগী চৎনবীদা নুপী অমনা অঙাং উন্নবমদাইদা স্নাঙোলসঙ (চাবোকশঙ) শাবা, অঙাং উন্নবদা চাবোকপী মাইবী অমসুং মাযোক্লবীনা অঙাং উনবনচিংবা অসি খুন্নাই অসিগী পুন্সিবোলগা তৎন থানবা যাদনা লাক্রবনি। পোকপা হায়বসি যাওদনা খুন্নাই অসি চাওখৎলকপা ওইথোক্তে। খুন্নাই অসিনা চাওখৎপগী খোঙচৎ অমা মপুং ফানা লাক্লিবনিনা মসিগী যান্না মকওইবিবা পোকপা হায়বসিগী থৌবম অমা লাই হবাউবদা মমি তাই। মবম অসিনা লাই হবাউবগী পবিংদা হকচাং শাবগী শোযফদবা তাঙ্কক অমা পাঙথোক্লিবনি।

৪) *যুম শাবা ঃ* খুন্নাই অসিগী চৎনবীদা লৈননবা যুম শাবগী কাঙলোন অসি যান্না কুম্পি। যুম অমা নৌনা শাগে হায়বা তাববদি যুমফম খনবা, পবিং লাংসঙ হুনবা, যুমফম থোনবা, চূক যুংবা, উহৌ উবেপ যুংবা অমদি মচাক মযাম মথং মথং পানখৎপগী শোযবা যাদবা, কাযবা যাদবা পবিং অমা লৈজে। অসিগুম্বা যান্না লুবা যুমশাবোলগী কাঙলোন অসিসু লাই হবাউবা

থৌবমদা শোযবা যাদবা অমা ওইনা যুম শাবগী তাক্কক অমা যাওবিবা অসিনা খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোন্দা যুম-কৈ শাদুনা লৈবকপগী চৎনবী অমা চাউনা মখি তাবনি।

৫) *ফি শাবা ঃ* লাই হবাউবদা পাম যানবা হাযবা লশিং থাবগী মতাং অমা যাওবিবসি মীওইবনা হান্না চীং মান, উমং-গ্রামং, লৈকুৎ-লৈরাযদা যুমওইননা লৈবম্বদগী অসুম চাওখৎলক্লুনা লৈননবা যুম শাবা লোযননা পাম যান্দুনা লশিং থাবগা লং চিংদুনা ফি শাবা, ফি শেৎপা হৌবকপগী চাওখৎলোনবু ফোঙদোকপনি। মসিনা খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোনগা হবাউবগী থৌবম অসিগা নকুবা মবী লৈনৈ হাযবা তাকই।

৬) *মৈ শীজিন্নবা ঃ* মৈ শীজিন্নবা হাযবসি মীওইবা জাতিগী চাওখৎলোন্দা যাম্না মরুওইবা তাক্কক অমনি। খুন্নাই অসিগীসু মতৌ কবম্না মৈ লৌবগে হাযবগী মতাং অমা পাম থাবগী মতাংদা মৈবা চিংদুনা মৈ লৌবগী মবোল অমা লাই হবাউবদা যাওবিবসি খুন্নাই অসিনা মৈ শীজিন্নবা হৌখিবগী প্রাবোল তাকপনি।

৭) *ঔগ্রি ঃ* ঔগ্রি শকপা হাযবসি লমদম অসিদা যাম্না ওল্লিঙৈ মতমদগী চৎনবক্লবা লাইবোলনি। ফমলোন কৌবা লাইবিক্তা পাখৎবগা লাইস্নাগা ফম্বাল কাবদা ঔগ্রি শকই হাযনা ইবি। মসিদগী খঙবা ঙম্বদি ঔগ্রি

হায়বা লাইরোল অসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইবা মতম খৃষ্টগী চহী ৩৩সুবা মতমদগীদি লৈবে হাযবসিনি। ঔগ্রি শকপা হাযবসি লৈবাক নিংথৌ পুন্সিনবা, খুঞ্জাউ লৈচাউনবা, লৈবাক মবা ঈং-তপ্না পান্নবা শকপা অমা অদুগা খুন্তাক লৈতাক্লবা শকপা অমা হীবম অনীদা শীজিন্নবা লাইবোননি। মমাঙৈ নিংথৌশিংনা লান চৎলগা লান ঙম্লবা মতুং লান্দা মাযথীবা পীববা খুন অদুগী খুনযাযদা ঔগ্রি শকপা অমা হেক হেক তৌবল্লিবসি খুন্তাক লৈতাক্লবা শকপনি। মবমদি খুন অদুনা অমুক মপাঙ্গল কনখৎলক্নুনা লান্দাবকপা নত্রগা লান হৌবকপা ঙমদনবনি। খুন খুনগী লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিত্তা লাইবৃংদা শক্লিবা ঔগ্রি অসিদি খুঞ্জাউ লৈচাউনবা শকপনি। অসিগুম্বা লুববা লাইবোল অসি লাই হবাউবদা শক্লিবা অসিনা মৈতৈ খুন্নাইগী চাওখৎলোনগা থৌবম অসিগা তৎন-থানবা যাদ্রবা মবী লৈনৈ হাযবা তাকই।

৮) *হি শাবা ঃ* মনিপুবদা ইহান হান্না হি শাবা হৌখিবসি হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতমদা কৌবা ইঙেন চীংদগী উ যাল্লগা শাবা হৌখি। হি শাবা হৌখিবগী লীখুল অসি হিজিং হিবাউ কৌবা লাইবিক্তা যাম্না কুপ্না ইদুনা যাওবি। মনিপুবদা হি শাদুনা হি শীজিন্নবা হৌবা হাযবসি পুরাবীগী যাম্না মকওইবা তাক্কক অমনি। তম্পাক্তি মফম অযাম্বা পাৎ অমদি পাখি কোমথী

ঙাক্তা ঙাযবা মবম্মা ঙল্লিঙৈ মতমদা মফম অমগা মফম অমগা চখোক চৎশিন তৌবা, লল্লোন ঈতীক তৌবদা যাম্না খুদোং চাদবা অমা ওইবম্বদু হি শাবা, হি শীজিন্নবা হৈবদগীদি পাৎ অমদি তুবেলদা ঈশিং লম্বী ওইদুনা চাওখৎপগী লমদা হেন্না খুমাঙ চাওশিনবা হৌবকখি। অসিগুম্বা খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোন্দা অচৌবা মফম অমা কল্লিবা হি শাবা হৌখিবগী রাবী অসি লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিৎতা যাম্না লুবা লাইবোল অমা ওইনা হিজিং হিবাউ শরুদুনা লাক্লিবা অসি খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোন লাই হবাউবদা মমি তাবনি।

৯) *শবোয খাঙবা ঃ* শবোয খাঙবা হাযবা চৎনবী লাইথৌসি লমদম অসিদা যাম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী চৎনদুনা লাকপা চহীগী ওইবা লাইথৌনি। খুন খুন্‌গী লৈকাই লৈকাইগী ওইনা তম্পাকলম শীনবা থুংনা চহী অমগী মনুং লমদা থাগী থাঙজদা শবোয খাঙবগী থৌবম পাঙথোক্লে। অসিগুম্বা যাম্না লুবা লাইগী থৌবম অসি লাই হবাউবগী লাইবুং খুদিংদসু পাঙথোক্লবিবা অসি খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোন লাই হবাউবদা মমি তাবনি।

১০) *শান্ন-খোৎনবা ঃ* শান্ন-খোৎনবগী থবক অসি খুন্নাই অসিগীদি হিংলিবা পুন্সি মবেলগা লাপথোক্লবা যাদনা লাক্লবনি। লমদম অসিগী মশান্নশিং শগোল কাঙজৈ, খোঙ কাঙজৈ, মুক্না, লমজেল, কাং, হিযাঙ তান্নবনচিংবা

মশান্নশিং অমুক নৌনা পল্লুদ্রবসু অযাম্বনা ইখঙ-খঙনববা থ্রাফম্নি। খুন্নাই অসিগীদি শান্ন-খোৎনবগী ব্বারী লীখুল অসি লাই হাক্তক্তগী হৌনা লৈবক্লবনি। কোংলৌতোন লৌথিবগা সামদোন অযাঙবগা মূক্কা শান্নবা, লাইযামশিংনা খুৎ ৭/৭ খাযদোক্লবগা শগোল কাংজৈ শান্নবা, নোংমাইজিং চীংদা নোংপোক পাম্বোইবী হবাউবদা লোযালাকপগা খোবিফাবগা মূক্কা শান্নবা অসিনচিংবা কযাগী থ্রাবী লৈবি। খুন্নাই অসিনা শান্ন-খোৎনবগী লমদা চাওখৎলম্বা কযানা ঙসি ঙসিসু লাই হবাউবগী লাইবুংদা লাই হবাউবা লোইখ্রবা মতুং নোংমা কোনবদা খুনগী নিপা নুপীশিং থোক্লবক্তুনা মূক্কা শান্নবা, লমজেন তান্নবা, শূক লংনবা, নূং হুন্নবা, থৌবী চিংবী অমদি পৌ চিংনবীনচিংবা শোযদনা পাঙথোক্লবিবা অসিনা খুন্নাই অসিগী পুন্সিদা শান্নবা হাযবসি হিংলিবা পুন্সিগা থানবা যাদ্রবনি হাযবগি মমি তাহনবনি।

১১) ***জগোই*** ***:*** ঙসি পৃথিবীদা মনিপুববু মশক তাকপা ঙম্লিবা অসি মনিপুবী জগোই হাযনা খঙনবা জগোই বাসননি। জগোই বাস অসি মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা নিংথৌ অসিনা কাইনা চীংদা হৌবা থৈবোঙ যাল্লগা শাথিবা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক্তা কৎনবগীদমক উমংলাই হবাউবগী জগোই খূৎথেক অমদি খোঙলোন্দগী লৌখৎলগা শেমগৎখিবনি। ঙসি ঙসিমক জগোই বাস মখল মঙা শেমগৎতুনা মনিপুবী কলচববু থাক ব্বাংনা পুখৎলিবা

অসি খুন্নাই অসিগী পুন্সিবোলগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ থৌবম অসিগী মপান্ননি। মসিনা তাকপদি খুন্নাই অসিগী চাওখৎলোন পবিংগা লাই হবাউবগা কা হেন্না নক্লনা চৎলি হাযবসিনি।

*ত্রারোই ঃ*

মথক্তা নৈনখিবা কযা অসিদগী মশানা তাজবকপা ত্রাফমদি মৈতৈ খুন্নাইগী চাওখৎলোনগা লাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসিগা তৎন-থানবা যাদ্রবা, শেৎতোক খাইদোক্লবা যাদ্রবা অচেৎপা মবী অমা লৈনৈ হাযবা অসিনি। খুন্নাই অসি লৈবনা লাই হবাউবগী থৌবম লৈবিবনি। খুন্নাই অসিনা মৃৎখিবা নুমিৎতা থৌবম অসিসু মৃৎখিগনি। মৈতৈ খুন্নাইগী চাওখৎলোনগী মমিদি লাই হবাউবদা তাদুনা লৈবা মবন্না কনাগুম্বা অমনা খুন্নাই অসিগী খুন্নাইবোল মশক খঙগে হাযববদি লাই হবাউবা উবগা খঙবা ঙমগনি। মনিপুব পুত্রাবীগী তাঙ্কক অমদা অতোম্পা মীবমগী লাইনীং লৌকদুনা লমদমসিগী চৎনবী খুন্নাইবোলগী শক্তমদা অকনবা চৈথেং ফংখ্রবসু অসিগুম্বা মতম্না পুবকখিবা অহোংবা অওনবা লীচৎ কযানা খুৎ চঙলমদবা নাৎকি অশেংবা মশক অমা হাযবা তাববদি লাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসিনি। ঙসি ফাওবা চখবক্লিবা লাই হবাউবা কুম্মোদা বিজ্ঞানগী মতেংনা চাওখৎলক্লনা পুবক্লিবা অহোংবা কযানা পীবক্লিবা শাফুশিংনা চৈথেং পীখিদুনা লাই হবাউবগী শক্তমদা কাযথবকপা কয্য অমদি অতোম্পা কাঙলূপশিংগী চৎনবী জগোই, ঈশৈ কযা উক-তাকবনা

মরম ওইবগা যেলহৌঙেদগী মশক মওং কায়দনা লাকখিবা হরাউ থৌরমদা চৈথেং পীদুনা নোংম-নোংমগী অশেংবা শক্তম কাযথবা হৌবক্লিবা কযাবু ঙসিগী মীবোলনা অমত্তা ওইনা থিংনবা হোৎনমিন্নদুনা কাঙলোন চুম্বা লাই হবাউবগী শক্তম অমা তুং কোইনগী ওইনা থমহৌনবা হোৎনমিন্নবগী তানফম অদু মাঙদা তাদুনা লৈরে।



*মতেং লৌখিবা লাইবিকশিং ঃ*


১। মনিপুব ষ্টেট কলা একাডেমি - মনিপুব ডান্স সেমিনাব

২। এন খেলচন্দ্র, ফম্লোন

৩। ঙাবিযাম্বম কুলচন্দ্র - মৈতৈ লাই হবাওবা

৪। রাহেংবম লুখোই - লাই হবাউবা, ১৯৮৯

৫। এল ইবুংঙোহল অমসুং এন খেলচন্দ্র - চৈথাবোল কুম্বাবা, ১৯৮৯

৬। ইবোম অমুবি - লৈহৌ নাউফম্লোন

৭। এন ইবোচৌবা - থিবেল লাযাৎ

৮। উমংলেন মাপল - খুৎই

৯। হিজিং হিবাউ - খুৎই

# লাই হরাউবগা মণিপুর পুৱারীগা শাগোম্নবা মচাকশিং

— ডা: এন বীরচন্দ্র

এসোসিএট প্রোফেসর - লিলোং হাউরেবী কলেজ

**পুৱারীগী মিংয়েংদা লাই হরাউবা :**

লাই হৰাউবা মৈতৈগী পুৰাৰী হৌবকপা অমসুং নাংকী শক্তম উৎপা অবিবা মতমগী লাইনীং লম্বীগী ঈবাৎ-থৌনি মখল অমনি। ইবাৎ-থৌনি অসিদা হৰাউ কুম্নেগী শক্তমসু য়াওদবা নত্তে। মমিং অসি লাই অমসুং হৰাউবা ৱাহৈ অনি পুনশিন্দুনা শাবনি। অদুনা ৱাহৈ অসিগী অর্থ য়েংলুবদা ৱাহং অমা শোয়দনা লাকই - মদুদি ১) লাইনা হৰাউবিব্রা ? ২) নৎত্রগা লাইবু হৰাউহল্লিব্রা ? য়েলহৌমীশিংনা মখোয়গী দবকাব ওইবশিং ফংনবা অমসুং মতেং পাংবীনবা সুপবনেচবেল পৱাবশিংবু পেলহন্দুনা ঈবাৎ-থৌনীবগী চৎনবী লৈবম্মী। মপূং ওইনা মতম অদুগী মীওইশিংনা ফর্টিলিটি ওফ লেন্দ অমসুং ফর্টিলিটি ওফ ৱমেন অনি অসি পীবীনবা ঈশ্বৰবু ঈবাৎ-থৌনিনবম্মী। মওং অসিমক মৈতৈগী লাই হৰাউবগী মৰুওইবা পান্দম "চাহোংনবা-ঙাহোংনবা, খুঞ্জাওনবা-লৈচাউনবা" হায়বা ৱাফম অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি।

ফুকপ অসিগী থাজনবীদা উমংলাইশিং অসি মখোয়গী মতেং দবকাব ওইবা ওইদবা মখোয়বু ঈবাৎ থৌনিবা অমসুং পেলহন্দবা ইয়া য়াদে। "মখোয়বু লাৎলগনা লৈবাক মবা চেৎলে, লৈমা নিংথৌ পুন্সি, লৈবাক হোঙ চাউএ; লাৎত্রগদি লৈপাক মবাই তাই, অৱা নুংশি নংয়ে" হায়না থাজনবী লৈবম্মী। (য়াবিবোক - লা: ২-৩) ঈবাৎ থৌনিবোলগী মবমদা নৈনবা অখণ্ড-অহৈশিংগী মত মতুংইন্না ঈশ্ববু নীংবগী মওং অসি অনি থোক্লা খায়দোক্কুনা থন্লমই, মখোয়শিং অদুদি - ১) ভেনবেসন অমসুং ২) প্রোপিটিএসন (Veneration and Propitiation)। মৈতৈগী লাইবাউবদা উবা ফংলিবা মওং অসি অকোনবগী (প্রোপিটিএসন) মওং অসিনি। মবমদি উমংলাইশিং অসি ঈবাৎ থৌনি তৌদ্রবা অমসুং পেলহন্দ্রবদি অৱা-অনা নংগদৌবি। নৈনবা য়াবা ৱাফম অমনা লাই হবাউবা হায়বা ঈবাৎ-থৌনি মখল অসি লাইনা হবাউবদা মীনা য়াওকব্বা নত্তে, মীনা লাইবু হবাউহনবগী মওংনি। মৈতৈগী থাজনবীদা "**লাইদি মখৈ ফংলগা হরাউই অদুবু মীদি মখৈ ফংলগা শাউই**" হায়বা থাজনবী অসিগী মখাদা মৈতৈগী লাই হবাউবদা অদুঙৈ লাইশিংনা লৈশেম নোংশেমলকখিবা, খুন্দা-লৈতাবকপা অমসুং মতম অদুগী পুন্সি মবেল পুম্নমক অদু লাইশোল-তিনশোন, ঈশৈ-নোংমাই, জগোই, শাথেক-শাওং কয়া অমসুং লীলাগী মওংদা পুথোক্কুনা লাই অদুবু উহল তাহলদুনা ঈবাৎলোন অসি পাঙথোক্লবকই। লাই অদুনা পুম্নমক অদু উব-তাবগা হবাউজদুনা অপেনবা পোকচে।

মৈতৈগী লাই অসি চাউরাক্না য়ুমলাই অমসুং লমলাই হায়দুনা অনী থোক্না খায়দোকপা য়াই; য়ুমদা লাংপা লাইশিংবুনা য়ুমলাই হায়না খঙনৈ। মখোয়শিং অদুদি লাইনিংথৌ সনামহি, ইমা লৈমরেন শিদবী, ইমোইনু অহোংবী, ফৌওইবীলাইরেম্বী অসিনচিংবনি। লমদা লৈবা লাইশিংবুনা উমংলাই হায়না খঙনৈ। অদুবু য়ুমদা লাংপা লাইশিং অসি লমদা লাংলবদি উমংলাই ওইনা লৌনৈ। উমং লাই অসি পুন্না ৩৬৪ লৈবমই। মখোয়শিং অসি লৈশেম নোংশেম্না মতমগী লাইশিং, লাইপুংথৌ ৯, লাইনুবা ৭, মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং, শলাই অমসুং শাগৈশিংগী পুকোকশিং, খুনলাকপা নৎত্রগা নিংথৌ, নিংথৌ কয়া, কলচবেল হেবো অমসুং হেবোয়িন, শক্লাইবা মাইচৌ অমসুং মীবমদগী চঙলকপা লাই অদুবু মৈতৈগী উমংলাই ওইনা লাংখ্রবশিং অসিনচিংবা মখল মথেল কয়ানি। লৈবাক-নিংথৌগী ওইবা মকওইবা লাইশিংদি লৌচা পীদুনা অমসুং চহী খুদিংগী নিংথৌনা অখন্নবা পোৎলম চৈবম তস্নগা লোয়ননা মাইবা, মাইবী অমসুং পেনা খোংবা থাদুনা ঈবাৎ-থৌনীবা (হবাওবা) পাঙথোক্লবমই। মখোয় অসিবু মপাম লৈবা লাই হায়না খঙনৈ। অতৈনা অখন্নবা য়ুম্নাক-শাগৈ খবদা শিন্নদুনা খুন অদুনা হবাওবা পাঙথোকহল্লি। মখোয়শিং অসি নত্তবা-থৌওইবীদবা উমংলাই কয়াসু লৈবি। মখোয়বু লৈবুং লাই হায়না খঙনৈ। উমংলাইশিংগী মনুংদা হবাউবায়াদবা লাই কয়াসু লৈবি, মখোয়শিং অদুদি - হেপোকলাইরেম্বী, হাওবৈমা শন্ধুবী, কোলোইলৈমা, থোঙাক লাইরেম্বী, লোকলাউবুং য়ুমজাও লাইরেম্বী, পুবি-পুবাবা, তকং লাইরেম্বী, য়িচুম লাইরেম্বী অমসুং শগাং লাইরেম্বী অসিনচিংবনি।

## লাই হরাউবগী হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকপা :

লাই হবাউবগী হৌবকফম কবিনো হায়বা তবাইনা লেপ্পা ঝানা থোকই। মসিগী মবমদি মান্নদবা মত কয়া লৈবদগীনি। মতশিং অসি নৈনদুনা য়েংশি।

১। লৈখিদ্রবা পণ্ডিৎ ঙাবিয়ানবম কুলচন্দ্রগী মত্তা-মৈতৈগী লাই হবাউবা অসি "হোইবৌ হয়াদগী"... ওইবকখিবনি হায়না পীবি। মথক্কী মত অসি ঝাহেংবম লুখোইনসু শৌগত্তুনা পীবি।

২। মথংদা লৈখিদ্রবা মোইবাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিৎকী মত মতুংইন্নদি লাই হবাউবগী হৌবকলোন অসি খাবনা নোংপোক্কী মখুত্তা মায়থীবা ফংলবা মতুংদা নোংপোক নিংথৌনা তাকপীবা মতুংইন্না ময়ুমদা হনখ্রগা নোংপোক অমসুং পান্থোইবীগী খুবম লিংদুনা কংলৈদা চাককৌ য়ুকৌদুনা লৈ লাংদুনা ঈবাৎ-থৌনিবা হৌখি। থৌদোক অসিগী মপা লাক্লা লাই হবাউবা ওইবকখি।

৩। অতোপ্পা মত অমদনা লাইনিংথৌ সনামহিনা (অশিবনা) লৈবোন ৭ লাংলোন ৭ শেম্বা লোইববদা লাইয়ামশিংনা কৌব্রুচীংদা তিল্লদুনা হৈবাং চামিন্নদুনা, লৈবাং চিনমিন্নদুনা হবাও নুংঙাইবা ফোঙদোকখি। অসুম্না লাইয়ামশিংনা হবাও নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখিবগী মতৌ তমদুনা নমু তাইবং মীওইবশিংনা লাই হবাউবা পাঙথোক্লবকখি। মত অসি ওঝা সাইবেম নিলবিবনসু শৌগৎলি।

৪। জে সেক্সপিয়াবনা পীরিবা মতনা লুসাইকুকিশিংনা অঙনবা মতমদা মখোয়গী মপা মপুগী শক্তম শাবগা দোলাইদা হাপ্তুনা খুন শীনবা থুংনা কোইপু পুদুনা হরাউ মখোই কাদুনা মপা-মপুশিংবু ইকায়খুম্নবা উংপগী চংনবী লৈরমই। অসিগুম্বা মওং অসিদগী মৈতৈগী লাই হবাউবা অসি ওইবক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে হায়না পীবি। মখা তানা হায়বক্লিবনা মৈতৈগী লাই হবাউবদা য়াওবিবা লাই লমথোকপা নংত্রগা খোংচিংবা অসিগা কুকিগী চংনবোল অসিগা থোইদোক্না খেন্নবা লৈতে।

৫। হৌজিক্কী মতমগী মীরোলশিং মকওইনা মৈতৈগী হরাউবগী মবমদা থিজিনবা কাংবুশিংনা মৈতৈগী লাই হবাউবা অসি পাবি-পুবী লাংপা অমসুং মখোয়বু পেলহন্নবা পাঙথোক্ল ববা ঈবাং-থৌনিদগী চাওখৎলক্লুনা লাই হবাউবা অসি ওইবকখিবা ওইগনি হায়না মত পীনবি।

৬। মোইবাংগী থাজনবী মতুংইন্নদি মোইবাংদা লাই-হবাউবা হৌবকখিবসি ইবুধৌ থাংজিংগী লাইপাউ মতুংইন্না মোইবাং নিংথৌ ফাং ফাং অতেংবগী মতমদা মোইবাং লৈকোইপুণ্ডদা থাংজিংগী খুডম য়াদুনা ফমনাইবা ময়াম হাপ্তুনা তবা চাককৌ মুফৌদুনা অমসুং লৈ লাংদুনা ইবুধৌ থাংজিংবু হবাউবা হৌখি হায়না লৌনে।

৭। জে: সি: হিগিনগী মত মতুংইন্নদি মৈতৈগী লাই হবাউবা অসি নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবীগী থৌদোক্তগী

হৌরকখি হায়না পীবি। মত অসিমক মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহনসু শৌগত্নুনা মথক্তা উৎখ্রে। (J C Higgin, P 41)

অসুম্না লাই হবাউবগী হৌবকফমগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা মত পীনবদুনা ফেষ্টিভেল কম বিচুয়েল অসি কবিদগী অমসুং কবম্বা মতমদগী হৌবকখিবনো চপ চানা পীবা লুনা থোক্নে। অদুবু পনবা য়াবদি হৌজিক পাঙথোক্লবিবা লাই হবাউবগী মওং (শক্তম) অসিদি চহীচা কয়াদা তপ্না তপ্না তোঙান তোঙানবা আইটেমশিং হাপচিন্দুনা চৎনবিবা নিয়মশিং অসি ওইবকখিবনি। জে সি হিগিনগী মত মতুংইন্না মৈতৈগী লাই হবাউবগী শক্তম অমসুং চৎনবোন (নিতি নিযম) অসি মৈদিংঙু খাগেন্বগী মতমদা মাইচৌ মঙাগী মতেংনা শেমখিবনি হাযনা পীবি। (জে সি হিগিন লা. ৩৭)

অঙনবা মতমদা ফুরুপ অসিনা লাইবুংথৌ ৯ অমসুং লাইনুরা ৭ অসিতমক তঙায় ফদনা ঈবাৎ থৌনীবমই। মতম অদুগী ঈবাৎ থৌনীবোনগী মওংদি চবাৎ, কবাৎ অমসুং মোবাৎ হাযনা খঙনবা মখল অহুম অসিনি। (য়াবিবোক লা: ২) লাইশিংবু চাককৌ য়ুকৌবগী ঈবাৎ-থৌনীগী মওং ইতিহাসনা লাম্বা ফংবদা ব্বাংব্রেনগী মতমদগী উবা ফংলে। নৈ লাংবনা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্হোইবীগী মতম অমসুং মোইবাংগী নিংথৌ ফাং ফাং অতেংবগী মতমদগী চৎনবা হৌবক্নে। মৈদিংঙু ইবেংবগী মতমদগী খানিং মিকোনবা, লোইয়ুম্বগী মতমদা ঔগ্রি শকপা .... অসুম্না

তোঙান তোঙানবা আইটেম কয়া মথং মথং হাপচিন্দুনা মৈতৈগী লাই হবাউবা অসি ওইবকখি। অদুবু মপুং ফাববা শক্তম অমা ওইবকখিবসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা মাইচৌ মঙাগী মতেংনা চৎনবোলশিং অসি ওইবকখি।

**লাই হরাউবনা করি উৎলি অমসুং লাই হরাউবদা পুরারীগী মচাক করি মচাক য়াওরি :**

মৈতৈগী লাই হবাউবা ফুকপ অসিগী অঙনবা মতমগী পুরাবী অমসুং নাৎ উৎপা ঈবাৎলোন অমসুং হবাউ কুম্মৈ মখল অমনি। কনাগুম্বনা লাই হবাউববু ড্রামা ওইনা লৌনবা য়াওই, খবনা বিচুয়েলদা য়ুম্ফম ওইবা থিয়েটব মখল অমনি হায়না উৎপসু লৈ। অদুবু মৈতৈগী লাই হবাউবা ফেষ্টিভেলগী শক্তম চেনবা ঈবাৎলোনগী অশেংবা শক্তমনি। তাংখুল পাখং অমসুং নুবাবিগী লৌতাবোল অসিনা ময়াম্বু ৱাখল লান্না পুখিবা ওইগনি। মবমদি লাই হবাউবদা ভাবোকশিংবু পেলহনবা নৎত্রগা মিংকী কুম্মৈ ওইহনবগী দবকাব ওইদে। মথক্তসু পনখ্রে লাই হবাউবগী মকওইবা শক্তমদি মচা-মনাই ওইবশিং অদুনা অদুঙৈ লাইয়ামশিংনা তৌখিবশিংবু নিংশিংদুনা মখোয়গী মতৌ তমদুনা ঈশৈ, জগোইগী খুৎথেক, শাওং-শাথেক অমসুং লাইশোন তিনশোন কয়া অদু লাই অদুদা উক্তুনা মমাংঙৈদা মখোয়না তৌবীখিবশিং অদু নিংশিংহন্দুনা হবাউহনবনি। খুদম খবা থমজববদা লৈশেমলোন জগোইনা অদুঙৈ লাইশিংনা হয়িঙৈদো কবমা লৈবাক অসিদা লৈশেম নোংশেমলকখিবা, হোইবৌ হায়না অদুগুম্বা নৌনা শেম্নবা মফমশিং-লৈবোন ৭, নোংলোন ৭ অদুদা মপান্দগী

মীওইশিং(অশকমা) কৌরন্দুনা খুন্দা লৈতঅহনখিবা, যুমকৈ শাদুনা যুমলিং-কৈরিংলকখিবা, পাম য়ান্দুনা লেউ-শিংউ তৌরকপা অসিনচিংবা কয়া মথং মথং উক্তুনা লাইশিংবু ইকায়খুম্নবা উংগত নত্তনা হরাউ মথোই কাহনবগী অঙকপা মখলগী ঈরাং থৌনী মখলনি। জগোই, ঈশৈ, কলা অমসুং অর্থ চেনবা পোংকং-চৈকং অমসুং ঈরাংলোন কয়া য়াওবনা মৈতৈগী লাই হরাউবা পৃথিবী জাতি অতৈনা অঙকপগা লোয়ননা য়েংনরিবনি।

পুরারী শুবশিংনা নৈনবিবসি পোলিটিকেল হিষ্ট্রি খক্তা নত্তে, কুরুপ অদুগী নাং (কলচর) অসিসু নৈনরি। মৈতৈ হায়বা কুরুপ অসিনা মখোয়গী থাজনবী মথাদা মালেম পৃথি অসি শেমলকখিবগী থাজনবী লৈজে হায়বা লৈশেমলোন জগোইনা উংলি। পৃথিবীগী জাতি কয়ামুক্তি থাজনবীদা মালেম পৃথি অসি ঈশিংদগী শেমলকপা ওইনা উংগগুম মৈতৈগীসু লাইজ ঈশিংদগী মালেম পৃথি শেন্নকপা ওইরকখিবা ওইনা থাজনৈ। থাজনবী অসিগী অচুম চুমদগী রাকমনা তোঙাম্না থন্নসি। অদুবু নৈনবা য়াবা রাকমদি মী হান্না লৈরগা মালেম পৃথিনা কোন্না শেম্বা লোজিকেল ওইদবা রাকমনি। অদুনা পুরারীগী মিংয়েংদা মৈতৈগী লৈশেমলোন (লাই হরাউবদা উংলিবা) অসি লৈবাক অসিদা খুন্দা-লৈতাবা হৌরকখিবগী রারী রাখোং ওইনা লৌই। মতাং চানা পনবা য়াবদি মৈতৈগী লৈশেম্বগী রারীদা লৈয়েোন ৭, নোংলোন ৭ শেন্নকপদা থেজুনা, ওক্না, শামুনা, পাকলনা লৈয়েোন মথং মথং পুদুনা লাইজ-ঈয়েোন নুংদগী মালেম লৈশা পুথংলকপগী রারী রাখোং অসি নুংগী

ওইবা বাফম নাকোইননা থল্লগা লৈরোনশিং অসি পুবিবা জিবশিং অসি পুবারীগী মিংয়েংদা তোঙান-তোঙানবা ইথনিক গ্রুপশিংনা লৈশেম নোংশেম্বগী থবক্তা মতেং পাংখিবা ওইনা লৌনে। অসুম্না লৈশেম নোংশেম্বগী মতমদগী লৈবাক অসিদা মীওই কাংলুপ কয়া লৈরে লৌগনি। অসিগা লোয়ননা জিব কয়াগী মমিং মথা শিজিন্নরম্বা অসিনা মতম অদুগী সমাজদা টোটেমিজমগী চৎনবী লৈরমই লৌগনি। অসুম্না লৈশেমলোন জগোই অসিবু মথা তানা থিজিন্দুনা অঙনবা মতমগী পুবাবী শেমগৎপা য়াই। মথৎদা হোইরৌ হয়া নৈনবা য়াই। হোইরৌ হয়াগী অর্থ নৎত্রগা নুংগী অর্থ তোঙান তোঙানবা মত পীনবা লৈ। অদুবু পুবাবীগী মিংয়েংদা থৌদোক অসি লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাহনবা মীওই কয়া কৌথোকলুবা ওইনা লৌনে। অতিয়া শিদবনা অতিংকোক মক শিদবগী মবুক মনুংদগী হোইথোরকলিবা মীওইশিং অদু মৈতৈগী পুয়াদা অপকমা হায়না শৈথাবি। লাইনিংথৌ সনামহি (অশিবনা) কৌথোকলুরিবা মীওইনা তাক্লা মানবী অমসুং খোইনিংমানবী অসিনি পীরি (লৈথক লৈখা/পুদিন) অরোইবা ওইনা থমজরবদা লাই-হবাউবদা শিজিন্নরিবা লাইশোন-তিনশোন কয়াদসু পুবারীগী মচাক কয়া য়াওরি। মখোয় খুদিংমক নৈনবদি ওইথোক্তে। খুদম অমা অনিদং লৌথৎচগে।

ঔগ্রিদা মৈদিংগু লোইয়ুম্বগী মতমদা নিংথৌ অসিনা লান তাখিবগী বারী বাখোং কয়া পীরি। অসিদা নত্তনা মহাক্কী মতমগী লোই খুজং অমসুং মখোয়না তল্লম্বা পোৎচৈ উৎপা মতাংসু উৎলি। অদুগা লোয়ননা মতম অদুগী লৈঙাক সাসনগী শক্তম অমসু

লাইশোন অসিদা উবা ফংই। মহাক্কী মতমদা মৈতৈ লৈবাক অসি লূপ তরুক হায়বদি ১) থৌচালুপ, ২) লুপলেনলুপ, ৩) কোংচালুপ, ৪) লুপখুবা লুপ, ৫) চিংচালুপ অমসুং ৬) খাইচালুপ খায়দোক্লুনা লৈবাক গুাক্লমই। অসিগুম্বা লুপ তরুক অসিগী লাম্মী পুদুনা সেকতাদা লান তাখি। লাইশোন অসিগী মতেক অমতং লৌখৎতুনা য়েংসি।

(১) "..... সেকতা নাইদা, সেকতা খাদা, সেকমু নাইদা, সেকমখাদা পনথেংথবদি চকপা চাইবে, যাগা চাইবে ....।" অসুম্না লাইশোন অসিদা মৈদিংঙু লোয়ুম্বগী মতমদা মহাক্না লান চৎখিবা অমসুং লানঙমলকখিবা কয়াগী ঝাফম পীবি। অদুনা লাইশোন অসি নিংথৌ অসিগী পুৱাবী শাগৎনবগী মচাক অমা ওইনা শিজিন্নবা য়াগনি।

(২) মখা তানা অমা-অনিদংগা পঞ্জববদা লাই হবাউবগী লাইশোন ওইনা শিজিন্নবম্বা পুঙকনবালোন, উমংলোন লৈনবা য়াই। লাইশোনশিং অসিদসু হয়িঙৈদা লৈবাক অসিদা লৈবম্বা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিং/মীওই ফুরুপশিংনা কবম্বা মতমদা, কদায়দা লৈবম্বগে নৎত্রগা পাল্লম্বগে হায়বগী ঝাফম পুঙকনবালোন্দা পীবি। খুদম অমা-অনিদং পীজগে :-

১) থাংঙা য়ৌখান্না খুনফম ঙাংচেং তোংএ।

২) পাসি চিকাংপনা খাপি নম্বোল তোংএ।

৩) মেনতু পুকমাবা ঙানু খাংচাপানা কংলৈ লম্মহল তোংএ।

(৩) মতৌ অসুম্না উমংলোন (উমংলোন) হায়বা লাইশোন অসিনা প্রোটো-হিষ্ট্রিগী মচাক শাগৎনবগী য়াম্না মক ওইবা মচাক ওইবি। উমংলোন, সনামহি লাইহুই অমসুং পোংনিং চুশিল্লদুনা য়েংলবদি হাইফেৎ মপুং ফাবা প্রোটো হিষ্ট্রিগী কয়াৎ অমা য়াৎবা য়াবে। লাইশোনশিং অসি মৈতৈগী মকওইবা উমংলাইশিংগী হৌবকফম, মখোযনা পাল্লব্বা মফম অমসুং মখোয়গী এচিবমেন্ট কয়া পীবি।

মথংদা লাই হবাউবদা উৎলিবা-শকলিবা জগোই, ঈশৈ, শাওং-শাথেক, খোঙচৎ অমসুং তাংখুল পাখং অমসুং নুবাবীগী কুম্মৈ পুম্নমক অসিনা অঙনবা মতমদা মৈতৈগী মপা মপুশিংনা কবম্না খুনলিংলকখিবা, কবম্বা যুম্বাল কৈবাল লৈবম্বা, শেল থুমগী ফিভম্না কবম তৌবম্বা, শম্না হাযববদা মতম অদুগী নাৎকী চাউবকপা শক্তম অমা শাগৎপা যাই। মতম অদুগী মীওইশিং অদু য়ুমলিং কৈবিংদুনা লৈবা হৈবে, লৌতাবোন জগোয অমসুং ঈশৈনা মতৌ কবম্না মীওইশিং অদুনা লৌউ শিংউবগী থবক তৌবম্মী খঙবা ঙমই।

লৌতারোন ঈশৈদা পীবিবা ব্রাহৈশিং -

হো য়াল্লৌ, হো যাল্লো
ইপা লৌনি যাল্লো
ইপু লৌনি যাল্লো
চমান লৌনি য়াল্লো
চয়িল লৌনি যাল্লো
.. .. ... ... ... ॥

হায়রিবা বাহৈশিং অসিনা মতম অদুদা খুম কলটিভেসন (পামলৌ) উবগী চৎনবী লৈবমই তাকপদা নত্তনা চুজাক, চনান, পান, মন্ত্রা, অসিনচিংবা মহে মরোংনা মপুং ওইবা মহে মরোং ওইরমই উৎলি। মতম অদুগী মীওইশিং অদু য়াম্না চম্বা খুজংগী পুন্সি মবেলদা হিংলমই, দবকার ওইবা পোৎলম চৈবম পুম্বা মশা মশানা শিঞ্জ-লাংজদুনা পানবা য়ুম্বান অমনি লৌগনি। লশিং থাদুনা লং নাইদুনা ফি শাবগী জগোই অসিমক্লা মতম অদুগী মীওইশিংনা খুৎশা হৈবগী থবক খবা ফাওবদি তৌবরা হায়না হায়নিংই। অসুম্না ইচম চম্বা পুন্সি মরেল অসিদগী মতমগী মতুংইন্না পুক্রিং লৌশিং লাক্লুনা চাওখৎপগী মমি তাবক্লুনা হি পুথোক্লুনা চৎথোক চৎশিন অমসুং পোৎ পুথোক পুশিনগী হেন্না ফবা উপায় ফংলকপগী মমি লাকপগী বাফম হিজিন-হিবাউ লাইশোন্না উৎলি। মসিদা নত্তনা লুবাং পুন্সিবগী মতমগী শলাই অসিগী বাবী বাখোং কয়া নিংশিংহন্দুনা ফুকপ অদুগী পুবারীগী লিকলম তাক্লি।

অবোইবা ওইনা থমজববদা মতম অদুগী মীওইশিং অদু ইচম চম্বা লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংদবা মীওই ওইজববসু অবাংবা থাক্কী বাখল লৈবমই হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। ঈকৌবা, লাইবৌ, মিকোন থাগোনবা অসিনচিংবা কয়া অসিগী নুঙগী ওইবা বাখল্লোন অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। অসিগী মথক্তা য়ুম্বাল্লোন অমসুং পুক্রিং লৌশিং ওইগদবা পাউবৌ পান্থে কয়াসু লাই হবাউবদা ঈশৈ ওইনা উৎলি।

শম্না থমজরবদা মৈতৈগী লাই হরাউবা ফুকপ অসিগী নাৎ অমসুং পুবারী শাগৎনবা চাউববা মচাক অমনি হায়জনিংই।

পুন্নমক অসি অমমতা ওইনা নৈনদুনা আইটেমশিং অসিগী হৌবকফম অমসুং নুঙগী ওইবা ৱাখল্লোন পুন্নমক নৈনববদি মতম অদুগী মৈতৈ সমাজগী মিশেল অমা ওইগনি।

"ৱাকোলো ৱাকোলো
চীংদা তাবা ৱাকোলনা
তমদা তাগে মহায়দো
তমদা তাবা ৱাকোলনা
চীংদা তাগে মহায়দো
ৱাকোলনা শবি মবিৎসে"।

*নৈনখিবা লাইরিকশিং ঃ*

১। ঙাবিয়ানবম কুলচন্দ্র (১৯৯৪); মৈতৈ লাই হবাউবা
২। ৱাহেংবম লুখোই (১৯৮৯), লাই হবাউবা
৩। খুলেম চন্দ্রশেখব (১৯৮২), লাই হবাউবা লাইশোন
৪। খুলেম চন্দ্রশেখব (১৯৭৫); লোয়ুম্বা শিনয়েন
৫। লোংজম সোমোবেন্দ্র (২০১১); মণিপুব পুৱাবীদা কংলৈ নাৎকী মচাক
৭। নামৈবাকপম ইবোচৌবা (১৯৮২); থিবেল লয়াৎ
৮। ওইনাম ভোগেশ্বব (১৯৮২); মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবা

৯। মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ (M. ); পাম্থোইবী খোঙ্গুল

1 N. Premchand (2005), Rituals and Performances, Imphal

2 Saroj Nalini Parrat (1980), The Religion of Manipur, Calcutta

3 J Shakespear (1982), The Lushai Kuki Clains, Delhi

4 J Shakespear (1913), The Religion of Manipur

5 Lightfoot, L (1950), Dance rituals of Manipur

6 Higgins, J C (Edited by John Parrat) (1998), Notes on Meithei (Manipuri) Beliefs and Customs

7 McCukoch W (1980), Valley of Manipur, Delhi

8 Ibungohal L , & Khelchandra N (1967), Cheitharol Kumbaba



# মণীপুরী খুন্নাইদা লাই হরাউবনা পীবা ঈথিল

- Dr Mangangcha Thoudam Achou
(M T Achou)
Assistant Professor,
Oriental College, Imphal

লাই হরাউবা মণিপুবগী লৈকাই খুঙ্গং অমদি অতে মৈতৈ তাবা মফমশিংদা পাওথোকপা মৈতৈ জাতিগী কুম্মৈনি। লাইনীং অমসুং নাংকা মবী লৈনবিবা লাই হবাউবগী হৌবক্লোন, মসিগী মখলগী মতাংদা তেন্না থমজবি।

**হৌরকলোনঃ** লাই হবাউবা হায়বসি লাইবু হরাউহনবনি। লাইগী মগুণ চাউহনবনি। মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা য়ান্নবিবা লাই হবাউবগী হৌবকলোনসি লৈশেমলোন্দা য়ুম্ফম ওই। মালেম শেন্না অশীবনা লৈশেন্না লোইববদা তাইবঙপানবদা লৈগদবা জীব পানবশিংবু গুরুগী পিবুকনুংদগী পুথোবকই। মদুবু লাই হোই লাউবা কৌই। মাহে অসিদগী থৈথবক্তুনা লাই-হবাউবা কৌখি। (কুলচন্দ্র, মৈতৈ লাই হবাউবা) অমাবোমদনা, কৌব্রু চীংদোনদা লাইয়াম তিনদুনা লৈশেমখৈদা মা-মানা পাওথোকখিবা থবক থৌবমশিংবু নীংশিংদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখিবদগী লাই হবাউবা হৌখি। (ইন্দ্রমনি, মণিপুবী

কলচরদা লাই হরাউবা, বাখল, ১১৪/১১৬ মশীং) 'পাম্থোইবী খোঙ্গুল' লাইবিক্তদি খাবশিংনা নোংপোক পাম্থোইবী অনীবু, কৈখেলগী লুকমাই ৭ কী কবোক, অথূম-অহাও, হৈ-লৈ অমদি লুকলেন অমা কৎতুনা ঈরাৎচবদগী লাই-হরাউবা হৌখিবগী বারোল পী। (চন্দ্রসিং, পাম্থোইবী খোঙ্গুল) মসিনা লাই হবাউবা অহানবা হৌবকশদদি ইচম-চম্না হৈ-লৈ অমদি লুকলেন কৎপদমক ওইরম্মী হায়বসিনি।

**মখলঃ** পাঙথোক্লরিবা হবাউবগী থৌবম পবেং, লাইশোন, শৈশক, হৈথা লৈথানচিংবদা লৈবিবা খেন্নবা অসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা লাই হরাউবসি-কংলৈ হবাউবা, মোইরাং হবাউবা, চকপা হরাউবা অমসুং ককচীং হবাউবা হায়দুনা মখল মবি থোক্লা খায়দোকই। মখলশিং অসিগী কন্সেপ অমসুং মপুং ওইবা থৌবমদি মান্নে।

**হরাউবগীমরমঃ** লাই হরাউবা হায়দুনা পাঙথোক্লবিবসি তাইবঙ মপুবু নীংশিংবগা লোয়ননা লৈশেন্নকপা, তাইবঙ পানবা শেমলকপা, মী শেমলকপা, সমাজ লিংদুন মথং-মথং চাউখৎনবা লাইশিংনা হোৎনবকখিবা কয়া অদু জগোই ঈশৈগী কলানা পাউ তন্বনি।মদুদা লাইনা পেনবিবগা নুংঙাই য়াইফবা, চাদা-নাউদবা, খুঙ্গাও লৈচাউবা পীবিগনি হায়বগী থাজবা অদুগীদমক লাই হরাউনবিবনি।

লাই হবাউবনা মণিপুরী খুন্নাইদা তোঙান-তোঙানবা ঈথিল কয়ামুক পীবি। অদুগুম্না ঈথিলশিং অদুদা মরুওইবা মীৎয়েং থম্বনা চে অসিগী পান্দম ওইরি।

**লাইনীং লবীদা পীরিবা ঈখিলঃ** পূম্নমক্না য়ানে, লাই হরাউবা হায়বসি মৈতৈগী লৈশেমলোনগী ৱাবীবু খঙন্দুনা লাইনীং লম্বীগী অৱাংবা মশকপু উৎপনি। হরাউবগী অহৌবসি লাই ঈকৌবনি। ঈকৌবদা তৌবিবা থবক অসি লৈশেম্নগী অহানবা থবক অদু উৎপনি। ঈশিংদগী তাইবঙ পানবা হৌরকই তাকপনি। অমরোমদা ঈশিংদগী ঈকৌবা অসিনা তাইবঙপানবা অসি শেমদ্রিঙে ঈশিংদা লাইনা লৈরম্মী। তাইবঙ পানবা শেম্লগা কংফাম্দা কাখৎলকই তাকপনি। ঈশিংদগী লাইগী থৱায়বু কৌখৎপনি। (কুলচন্দ্র, মথক্কী লাইবিক, ৱাহৌদোক) খযোম লাকপদা য়াওরিবা য়েকম্না গুরু শিদবগী মশক ওইবগা চেঙনা মশীং লাকঙমদবা তাইবঙ পানবু লাবোন অহুম্না য়োম্বগুম শৈ, ঈশিং নুংশিংনা য়োমদুনা লৈবী হায়বদু তাকই। য়েকমদা সনা লুপা অনীবু হাপ্পদি গুরুগী মশাদা গুরু লৈমবেল অনী পূন্না লৈ হাযবা উৎলিবনি। অদুগা লাংথ্রে মতোন অহুম য়াওবিবনা গুরুগী মশাদা লৈশেম্না, লৈঙাকপা, লৈতাকপা গুণ অহুম পূন্না লৈ হায়বা তাকপনি। গুরুনা তাইবঙ পূম্নবু য়োকপিববু খঙহনবা খয়োমগী ওইবা ৱাহন্থোক্না পীরি। (কুলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক)

ঈকৌবসি ঈশিংদগীতা কৌগনি হায়বা লৈতে। অন্দ্রোদদি অশৈবম পীবনা নোংমাইজিংগী পূং অমদগী ঈকৌরগা পুরকই। ৱাথাদনা উপাম্বীগী মথক্তা ফম্পাক অমা হারগা মদুদা লৈহুন তম্মি। লৈহুন অদু দোলাইদা পুবক্লুনা ঈকৌবগী মওং কয়াসু উবা ফংই। খেন্ননা উরিবা থৌবম অসি Ritual দা খেন্নবনি। Concept তি হরাউগদৌরিবা লাইগী থৱায় কৌবনি।

ঈকৌরমদাইদা মাইবীনা ঈশিং মপান্দা জগোয় শারিবা, নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকপা থৌবম পরেংদা মাইবীনা জগোয় শাদুনা হৌদোক্লিবা অসি লৈশেম্বা হৌরকপদা হারবনা লৈবাক থুগায়রক্লবদা নোংথাংলৈমানা কনখিবা অদুবু খঙহনবনি। নোংথাংলৈমানা লৈশেম্বা মপুং ফাহনখিবগুম পাঙথোক্লিবা হরাউবগী থৌরম অদু তেক্ত কায়দনা পাঙথোকপা ওম্নবা নোংথাংলৈমানা শাখিবা জগোয অদু শাবিবনি। (মনিহাব, কংলৈহবাউবা, পেপব) লৈশেম্বা হৌগৎলকপগী ৱারীবু উৎপনি। মদুবু খঙহনবনি।

'লাইবৌ লা থাব'না ঈশিং তরং ওইবিঙৈ তাইবঙ মপুনা লৈবম্বগী মতৌবু নীংশিংহনবনি। লাইবৌলা থাবদা লাবোল ৩ থাবগা ফিথুপ ৩ থুপপা ফি থাদুনা মথক্তা লৈহল তমলিবা অসি গুকনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুমগী মথক্তা গুণ অহুম্বু ফিদা ওইনা থাদুনা মদুগী মথক্তা লৈবা অদু উৎপনি। (কুলচন্দ্র, মথক্কী লাইবিক, ৱাহৌদোক) চোঙখোঙ মবিগী মবক্তা মাইবীনা কাবল কাবল চেন্দুনা শান্নবা, 'চোঙখোঙ লিৎপা'না লৈশেম্বা হৌগৎলকপগী মতমদা মিরাংগুম্না পাফল শেমখিবগী মওংবু খঙহনবনি। মথক্তা খনবা ফিনা ঈশিং তবং মথক্তা অহাওবনা খনবা নৎত্রগা লৈববু উৎলি। লাইবৌ লোইবগা পাঙথোকপা 'লাইরেল মথেক'না অশীবনা মালেম শেম্বদা চৎখিবা অদুবু নীংশিংহনবনি। (লুখোই, লাই হরাউবা) লাইরোই নুমিত্তা য়াওরিবা ঔগ্রিনা লৈশেমলোনগী থৌদোকপু খঙহল্লি। মতৌ অসুম্না, লাই হবাউবদা য়াওরিবা লমদমসিগী লৈহাউদা শাগৎলিবা Creation Myth অসিনা পূক্লিং

বাখলবু লাকশিন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা লাক্লবা লাইনীংগী ঈথিল পীরি। মসিদসু নত্তনা মশাগী মৈহৌরোল লৈবা পৃথিবীগী জাতিশিংগুম লমদম অসিগীসু লৈশেমলোনগী বারী লৈজে হায়বদু খঙহনবনি। মদুবু লাই হরাউবদা উৎলকপনি।

লাই হরাউবদা ঈক লাইশোন, য়ুমদাই নাকশেং, অনম-অথৌ নাহেরোল, পুবৈবোম্বা নাইবোল, কোম্থারোল, কোনয়াই হুনবা, খোইচু লমওকনচিংবদা মৈতৈতগী ওইজবা তোপ-তোপ্পা লাইনীং-লাইশোলগী মশক উরি। শবোই খাঙবগী থৌবম্না ফত্তবা লাইশিংগী চাকথাক পীদুনা লাকদবা অবাবা, অশি-অনাদগী মাঙজৌননা ঙাকথোকই হায়বা লাইনীংগী থাজবা উৎলকপনি। 'লোংখোনবা'দা হবাউবিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী থবায় মঙা মীগা থানা ৬ (তকক) মকপু খোমজিন্দুনা লৈতাহনবা মশক উৎলি। মসিনা হবাউবিবা লাই অদু থবায় পাল্লি, অহিংবনি হায়বগী বাখলদা য়ুম্ফম ওইবদু উৎপনি।

'হিজন হিবাও'দা লাইওইরবা উজাও অমা য়ানবা মতমদা পাকহেক য়ানদবা, য়ানগদৌবা নোংমা বাৎলিঙৈ উগী মমল তম্বা, মাইবনা উবাই হকপানচিংবা উয়াল্লোনগী কুপ্পবা নিয়মবু তাক্লকপনি। অসিগুম্নবা লাইনীং লীচৎকা মরী লৈনবা মশক কয়া লাই হরাউবদা য়াওবিবা অসিনা অতোপ্পা লাইনীংগী ঈথিল চঙদ্রবা জাতি অসিগী ওইজবা লাইনীং লাইসোলগী মশক অমা অঙনবা মতমদগী ঙসি ফাওবা নীংথিনা ঙাক শেন্দুনা লাক্লি হায়বদু খঙহল্লি অমদি মসিবু ঙাক্কুনা থম্নবগী ঈথিল অমসু পীবি।

**পোকপা শিবগা মরী লৈনবা ঈখিলঃ** লাই হরাউবা হায়বসি মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী পুন্সি অসিবু লাই হরাউবা কৌই হায়না মত পীনে। (তম্ফাজাউ মীতে লাই হরাউবা ব্রাংউলোন) অদুগা 'অনোয়রোল' হায়বসিদসু চাদ-নাওদনবা, পারি ইমোম পোক্লবা নোয়বনি, চাবোকলোন হায়বসু যাই হায়না মত ফোঙদোক্লে। (লুখোই, মথক্কী লাইরিক) শম্মা হায়রবদা লাই হরাউবা হায়বসি চাদ-নাউদা শন্দোক্লবনি, পুন্সিবোলগা মবী লৈনে হায়বসিনি।

লাইবৌ-জগোয় খুৎথেকশিংনা তাইবঙ মীওইবনা মমাগী পিবুকনুংদা খোইজ্জি মিহুল তম্বদগী থাবুম মশীং শূবদুনা নব্রা অঙাং ওইনা তাইবঙ ফাওবকপা, চাউবক শাংলক্লনা চবে ফি শেৎনিংবগী ব্রাখল লাকপা ফাওবগী মথং-মনাও নাইবা পুন্সি খোঙচৎপু জগোয খুৎথেক ৩৬৪ না উৎলকই। খুৎথেক ৩৬৪ অসি কংলৈগীতনি অতৈ হরাউবগীদি য়াওদ্রি। মসিনা ইমা-ইপানা তাইবঙ মরু হুনবীদুনা তাইবঙ মঙফাওনহনবীবিবা ইমা ইপা অনীগী মপাল নাইদ্রবা থৌজানবু খঙহনবনি।

পাউশা ঈশৈ, লাইরোই নুমিৎকী নুমিদাংদা উৎলিবা 'তাংখুল নুরাবী' গী থৌরমদা তাংখুল শরম নুবাবী অমসুং তাংখুল শরম পাখং অনীগী অৱাই-অখুম, শাগৈগী লাই ওইবগা পীবা, পীবা নুপীগা, খুনগী লৈকাইগী লাই ওইরগনা লাই পান্নবা নৎত্রগা শেলুংবা মতৈ মনাওনা শারিবা 'ফুঙ্গাবোল' জগোয় চাদ-নাউদাদুনা খুঙ্গাউ লৈচাউনবনি। মতৌ অসুম্মা লাই হরাউবদা উৎলিবা

থৌরমশিংনা পুন্সিরোলগা মবী লৈনবা চাদ-নাউদনবা ঈথিল পীবি হায়বা য়াই।

**চাউখৎলম্বীদা পীরিক ঈথিলঃ** লাই হৰাউবদা মৈতৈ জাতিনা চাউখৎলম্বীদা লাকখিবগী থৌদোকশিং উৎতুনা খঙহল্লি। লাইবৌগী 'য়ুমশাবোল' দা লৈকু-লৈবাইদা লৈবম্বদগী যুমলিং-খুনলিংদুনা লৈনিংবগী ৱাখল লাক্কুনা অফবা যুম্ফম যেংদুনা নুমিৎ থা অফবা খন্দুনা য়ুম্ফম থোনদুনা উবেপ উয়ুংদুনা লৈননবা য়ুম শাবকখিবা কযাবু মচা খাযনা উৎতুনা খঙহল্লকই। জাতি অসিগী মীওইশিংনা মশাগী ৱাখল লৌশিং শীজিন্নদুনা য়ুম শাদুনা খুন লিংদুনা লৈবকখিবগী ৱাবী ৱাখোংবু খঙহল্লি।

লাইবৌ জগোইদা জাতি অসিগী মীওইশিংনা পমলৌ উদুনা, মৈবা চিংদুনা মৈ লৌবগা মৈ শীজিন্নবকপা, মহৈ-মবোং থাদুনা পুথোক্লম্বা, লশিং থাদুনা মদুদগী লং চিংথোক্লগা তত্তৎ, তবেং, খ্বাঙদা ফি শানবা পোৎচঙশিং পুথোক্তুনা মদুবু শীজিন্নদুনা ফি শাদুনা শীজিন্নবগী মশকশিং মচা খাযনা উৎতুনা শিনশুলোনদা চাউখৎলম্বা মশক উৎলকই। মসিনা জাতি অসি পৃথিবীগী চাউখৎলবা জাতিশিংগুম্না মশাগী লৌশিংনা য়ুম, ফিবোলনচিংবা পুথোক্তুনা চাউখৎ লম্বীদা খোঙ থাঙজিল্লকখিবা জাতি অমনি হায়বদু তাক্লকই।

'হিজন হিবাউ' দা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা (খৃঃ মঙাদগী তবেৎ ফাওবগী মনুংদা লৈখিবা নুংবান পোম্বী লুৱাউবনা কৌববোন নামোইনু পান্নদুনা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা পোকই।) কৌবা ইঙেন চীং (ফৈদিংগাগী মনাক্তা লৈবা চীং অমা) দগী উনিংথৌ অচৌবা

অমা য়ালহল্লগা লুবাং বামৈৎখু খুৎহেবা অমসুং লুবাং বাংমনাউ শিনহেবা অনিদা হি শাহন্দুনা মণিপুবী ইতিহাসতা ইহান-হান্না হি পুথোকখিবগী থৌদোকপু খণ্ডহল্লকই। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি পুথোক্কুনা চাউখৎ লম্বীদা চণ্ডশিনখিবা ইতিহাসকী থৌদোক অমবু মণিপুবী সমাজদা খণ্ডহল্লি। মতৌ অসুম্না, জাতি অসিসু মালেমগী চাউখৎলবা অতৈ জাতিশিংগুম মশাগী বাখল লৌশিং শীজিন্নদুনা চাউখৎলম্বীদা খোঙ থাংজিল্লকখি হায়বসি লাই হবাউবনা প্রমান তৌবি।

**শিনভলোনগী ঈথিলঃ** মৈতৈ জাতি অসি মশাগী Work culture লৈজবক্লবা জাতি অমনি হাযবসি লাই-হবাউবনা প্রমান তৌবি। লাইবৌ জগোয়দা মশাগী লৌশিং অমসুং Technique শীজিন্নদুনা যুম শাবকখিবা, শেৎন-ইন্নবা ফি পুথোকখিবা, চানবগীদমক মহৈ মবোং থাদুনা পুথোক্লম্বগী বাফমশিং উৎলি। 'লোঙখোনবা'দা ঙাথি চাথিবম্বা, 'তাংখুল নুবাবী'দা তাংখুল শাবম নুরাবী অমসুং মতা তরেৎনা লৌতাদুনা মহৈ-মবোং, মনা-মশীংনচিংবা থাদুনা শু-নোম্বা কনবা সমাজ অমগী মশক তাক্লি। লৌফমদা থাবিবা মহৈ-মবোংবু চাথোক লৈবা ওইনহনবীনবা ঈশ্বরগী মফমদা খুকুম্বা মতাংবু 'লৌকা ঈশৈ' দা পল্লি-

নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবগী
খালৈ মবৌ কোন্দা
মতিল মাকং তাদববু
লোইমোম ফৌবাল চাউবা

মহৈ-মরোং চুম্লবু
পীনবিরমউ লাইয়িংথৌ। (কুলচন্দ্র, মথক্কী লাইবিক)

শিনগু লোনগী মশকশিং অসিনা তাক্লিবদি মৈতৈ জাতিদি হিংবদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা লৈনবা য়ুম, চানবা চিঙ্গাক, শেৎনা-ইম্নবা ফি হায়বিবা মচাক অহুম অসি মশাগী মবুধি মরৌশিংনা পুথোক্লুনা, শীজিন্নবকই হায়বা খঙহনবগা লোয়ননা শু-নোঙ্গী হৈনবী লৈরকপা জাতি অমনি তাক্লকই। মসিগা লোয়ননা মতম পূম্নদা Work Culture লৈহন্নবা অকনবা ঈথিল অমসু লাই হবাউবনা পীরি।

**শান-খোৎনবগী লমদা পীরিবা ঈথিলঃ** লাই হরাউবা হায়বসি মৈতৈগী মশান্না কয়াগী হৌফমনি অমসুং য়োকখৎলিবনি হায়বসি খরা কুপশিন্না যেংবদা খঙবা ঙম্মী। মৈতৈশিংগী মশান্নশিং লাই হবাউবদা পাঙথোকই। মুক্লা, লমজেলনচিংবা মশান্নশিং য়াওদ্রবদি হবাউবা মপূং ফাদে লৌদুনা তঙাইফদনা পাঙথোকই। কংলৈ হরাউবগী 'কংলৈ থোকপা' (লাই নুপী থিবা) দা মাইবীনা লাই তোংলগা (খোবিফাবগা লোয়লাকপগা অনীগী) মুক্লা, কাঙজে শান্নবা উৎলি। লাইরোই নোংঙাল্লগা মুক্লা লমজেলনচিংবা পাঙথোকই। মোইবাং হবাউবদসু, লাইবোই নোংমা ঘ্রাৎলিঙৈ মুক্লা, লমজেল পাঙথোকই। (চকপা হবাউবগী) কৌব্রু হবাউবদা লাইবোই নুমিৎকী নুংথিল নুপী অমসুং নুপাগী লমজেল, শুক হুনবাই নুও হুনবা, মাংজোংনচিংবা পাঙথোকই। (লুখোই মথক্কী লাইবিক) নুংত্তিগী পাঙথোকপা থৌরম পবেংদা হরাউবা য়াওবিবা নুপা নুপীগী লমজেল পাঙথোক্লুনা লাইগী ফানখোং পায়বা হানবা

তান্নরি। মসিনা শান্নবা হায়বসিদি মৈতৈশিংগী ঈ তোংদুনা য়াওদুনা লাক্লবা পুন্সিগী মচল অমা ওইবক্নে হায়বদু উৎপনি। হৌজিক্তি লাইফমশিংদা মুক্কা, লমজেল, নুঙ লংবা, শুক লংবা, থৌরিচিংনবানচিংবা মশান্নশিং পাঙথোক্লি।

মসিনা লাই হবাউবা হায়বসি শান্নবগা মবী লৈনবা কুম্মেনি, হৌরকফম্লি। লাইবুংনা মশান্নশিংবু য়োকখৎফমনি। হরাউবদা য়াওবিবা শান্নবগী থৌবমশিং অসিনা শান্ন-খোংনবদা মায় ওনশিল্লক্লবগী ঈথিল পীবি হায়বা য়াই।

**অমৎতা ওইবগী ঈথিলঃ** মণিপুবগী মনুং অমসুং মপান্দা খুন্দাবিব মৈতৈশিং পুনশিনহন্নবা পাম্বৈশিংগী মনুংদা লাই-হবাউবসু অমনি। হবাউবনা ধর্ম্মগী, অবাঙ্গা অনকপানচিংবা খেন্নবগী পনবু লাম্থোক্তুনা মণিপুবী হায়বা মিংথোলগী মখাদা নকশিলহল্লি অমত্তা ওইহল্লি। লাইরোই নুমিৎতা পাঙথোকপা তাংখুল নুবাবীগী থৌবম্না চীংমী তম্মী অনীগী মবক্তা অচেৎপা লিপুন অমনা পুনশিন্দুনা অমত্তা ওইবগী মবী শাগৎলি। শম্না হায়ববদা, ইথিনিক আইদেন্টিটি অমসুং মচোই মচোই তাববু য়ুনিটি শাগৎনবগী ঈথিল অমা লাই হরাউবনা পীবি।

**জগোয় ঈশৈগী কলাদা পীরিবা ঈথিলঃ** মণিপুরী জগোয় ঈশৈগী মপুং ওইবা হৌবকফমদি লাই হরাউবদগীনি। "ঔগ্রি" দা "হয়িঙৈদা নোয়ববু মৈনা ৱাইনা নোয়য়ে, তাংনা শম্না নোয়য়ে" হায়দুনা হয়িচক্তগী হৌনা মৈনা মুলক্তবগুম ইপা ইপুশিংগী মফমদগী মথং মথং শমথবক্তুনা হৌজিক ফাওবা চৎনরি হায়না পল্লি। মফমগী

খেন্নবা লৈববসু লাই ঈকৌবদগী লাবৌ, লাইবোই ফাওবা জগোই ঈশৈগী কলাগী মতেংনা উৎলকপা ঙাক্লি। শাবিবা জগোই অমসুং শকলিবা ঈশৈশিং মৈতৈগী ওইবা সুব তালদা য়ুম্ফম ওইবা ঙাক্লি। অতোপ্পা ধর্ম্মগী ঈথিল চণ্ডরবা লাই হবাউবগী জগোয় ঈশৈগী কলাগী মশক অসিনা জাতি অসিবু মশক তাক্লিবনি।

লাই হবাউনবগীদমক অককনবা থা মকওইনা ফাইবেন, লমদা, শজিবু, কালেন, ইঙা থাগী অফবা নুমিৎ থবান লাইচা খন্দুনা হৌবগা অফবা নুমিৎ থাবান্দা লোইশিনবগী চৎনবী লৈ। (লুখোই, মথক্কী লাইবিক) অদুম্মকপু লৈপাকপোকপা খুদিংগী লাইথোঙ হাংবা য়ুমজাও লাইবেম্মা,নোংমাইজিং খুদিংগী লাইথোং হাংবা মোইবাং থাংজিং, নম্বোল খোবিফাবা, থাংজা খুদিংগী লাইথোং হাংবা নিংথৌখোংগী ওকনবেননচিংবা লাইশিংদি লাইচা অফা-ফত্তা থোইনা খায়দে। লাই নোঙ্গুবসু তৌদে। (লুখোই, মথক্কী লাইবিক) মশা শেংদবা, য়ুমমাং কৈমাংবা, য়েক মুংনবা লৌবা, তুমল লুখ্রা লৌবা অমসুং মখোয়গী মখোয়গী মচা মগুনা লাইপুবা য়াদে, থৌগল য়াদে হায়বনচিংবগী অথিংবা লৈরি। মসিনা লাইশঙবু অশেংবা মফম অমনি হায়বগী থাজবা মদুবু ঙাক্লা চৎপা অদু উৎলকপনি।

লাই থৌগল য়াওবিবা মীওইশিং নুপানা অঙৌবা মচুগী ফৈজোম, পুময়াৎ, ইন্নফি, নুপী মৌনা নিংখুম্বা খ্বাংচেৎ, মপাল নাইবা ফনেক, লৈশাবীনা ইন্নফি, মপাল নাইবা ফনেক, ফনেক পূম্নমক খাউ তুবা শেৎ ইল্লি। মাইবীনা পুক্তৌ ফিরোল শেৎ ইনগদবনি

(মনিকচান্দ, শঙ্‌পানবগী মশিল) হায়বনচিংবা ফিজেৎ-চাকচানচিংবগী য়াম্না কুপশ্রবা চৎন-কাঙলোন কয়া লৈরি। চৎন-কাঙলোন কয়া অসিনা লাই হরাউববু নীংথিনা ঙাকপনা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈবিবনি। মরমশিং অসিমক্না লাই-হরাউবা হায়বসি লমদমসিগী Culture বু য়োকখৎলিবা কুম্মৈ অমা ওইনা লৌনরি।

পুম্নমকসিদগী খঙলিবদি লাই হবাউবা হায়বসি লাইনীংগা শাগোন্নবা কুম্মৈদা নত্তনা লমদমসিগী Myth তা য়ুম্ফম ওইবা লৈশেমলোনগী ৱারী, সমাজ লিংদুনা চাউখৎলকপা, শিনগুলোন, শান্নখোৎনবা, কলা সংস্কৃতিনচিংবগী ইৱায় ঈনিল পীবিবা কুম্মৈ অমনি হায়বসিনি। শম্না হায়রবদা জাতি অসিবু মশক তাক্লিবা কুম্মৈ অমনি হায়বসিনি।

-লোইববা-

## মতেং লৌখিবা লাইরিক অমসুং চেকোঙশিংঃ


১. ৱাহেংবম লুখোই - লাই হবাউবা, ২০০৮ ইং।

২. ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ - মৈতৈ লাইহরাউবা, ১৯৯৮ ইং।

৩. ডাঃ কোনসম মনিকচান্দ (সম্পাঃ) - শঙ পানবগী মশিল, ২০০৭ ইং।

৪. ঙারিয়াম্বম কেবানি সিংহ মাইবগী লাই হবাউবা লাইশোন (অহানবা শরুক), ১৯৮৮ ইং।

৫. ডাঃ খাংখৈময়ুম বুধ সিংহ – মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী লৈজবক্কবা মশান্নশিং–১৯৯৯ ইং।

৬ এম. চন্দ্রসিংহ (সম্পাঃ) – পানথোইবী খোঙ্গুল, ২০০৯ ইং।

৭. য়ুম্নাম তম্ফাজাউ – মীতৈ লাই হ্‌বাউবগী খাঙউলোন–১৯৭৮ ইং।

৮ সঙ্গিত কলা সঙ্গম – চকপা হ্‌বাউবা– ১৯১২ ইং।

৯. উমংলাই খুন্দা – ১৫/১৬ মশীং, চন্দ্রশেখব, লাই হ্‌বাউবগী মখলশিং – ১৯৮৪ ইং।

১০. খাখল, ১১৪, ১১৬ মশীং, ইন্দ্রমনি – মণিপুবী কলচবদা লাই হ্‌বাউবা – ২০০২ ইং।

১১. সনথোঙ – ভোল্যুম ৭, মশীং ৪, মনিহাব, কংলৈ হ্‌বাউবা – ২০০২ ইং।

১২ হিজন হিবাউ–খুৎই লাইবিক।

১৩. S N Paratt - The Religion of Manipur (Beliefs, Rituals and Historical Development) 1980, Culcutta

১৪ Dr L Bhagyachandra- A Critical Study of the Religious Philosophy of the Meeteis before the advent of Vaisnavism in Manipur - 1991

•••◆•••

# লাই হরাওবদা শিজিন্নগদবা লাইপোৎ শেনপোৎশিংগী মশক

— মুতুৱা বহাদুর

*দাইবেক্তৰ - মুতুৱা ম্যুজিয়ম*

উমং লাই হৰাওবা মখল মবি থোক্লা চাওবাক্লা খায়দোকই। মখোয়শিং অদুদি কংলৈ হৰাওবা, মোইবাং হৰাওবা, ককচীং হৰাওবা অমসুং চকপা হৰাওবা অসিনচিংবনি। লাই হৰাওবদা শিজিন্নগদবা লাইপোৎ শেনপোৎশিংগী মশক্তা থমজগদৌবিবসি কংলৈ হৰাওবগী মনুংদনি। লাইপোৎ শেনপোত্তা নত্তনা অমাইবীশিংনা শিজিন্নবা ফিজেৎ, হৰাওপুংদা য়ুংবা শেকপিনশিংগী মবমদসু খবা পঞ্জবমগে।

**লেপশুম :**

কংলৈ হৰাওবদা মৌশিংনা লাইবৌচোংবদা উনা শাবা লেপশুম পুদুনা চৎনৈ। লাইবুং অমদগী লাইবুং অমদা মৌশিংনা শাগোন্নদুনা পুন্নবিবা লেপশুমগী মশক অমগা অমগা খেন্নৈ। ঙসিদি লেপশুমগী মশক অশুম অশুম থৈথবক্তুনা কংক্রাওাম্বকী মওঙদা নকশিল্লক্লে। লেপশুম ইচম চম্বা উনা শাবা শুম্বলগী

মশক্লি, মমিং অসিমক্লসু অদুমক তাকচববনি। মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা হাইবসি লাক্তবা যাদে। মমাঙঙৈদা শিজিন্নবম্বা লেপশুমগী মশক অদুদি হৌজিক্কা যেংনবদা লৈতেংগী শরুক অমত্তা য়াওদে হায়না অহল- লমনশিংনা উনা শাবগা মীংশেন হাপ্পা অনৌবা লেপশুম পুথোবকখি। পুথোবকখিবা, মতম শাংনা চহি কয়া শিজিন্নদুনা লাক্রবা লেপশুমগী মশক হৌখিবা ইং ২০১০ গী উমং লাই কনবা লুপনা (উকল) মেবা মীফম্নসু অদুম্মক শিজিন্নবা মশক লেপখ্রে। লেপশুমগী মশক অযেকপা লাই অসিগী অবোইবা চেনাদা যেংবিয়ু। লেপশুম্মু শাগোন্নবিবা লাইবৌ চোংবদা যাওবিবা মৌশিংগী ফিঙ্গোলগী মতাংদা খবদং থমজহৌগে। কংলৈ হবাওবদা অযাম্বনা লাইপোৎ পুবিশিং মযেক নাইবা ফনেক শেৎনৈ। লাইবুং খবদদি মযেক নাইবা ফনেক্কী মহুত্তা পুমঙৌ ফনেক শেৎনদুনা লাইপোৎ পুনৈ। খুদম ওইনা থৌনাওজমগী পাম্বোইবী হবাওবদা শেৎনৈ। লাইবুং অতৈদসু শেৎনৈ। পুমঙৌ ফনেক্কা লাইপোৎ পুবিশিংনা শেৎপগী মবমদি, অশেংবা ফিনি হায়না খুঞ্জাশিংনা লৌনৈ। নোংমা ব্রাৎলিঙৈ শুদোক- চামথোক্তুনা অশেংবা মফমদা তোঙান্না থম্মে।

## চিনকুপশেন অমসুং কাওশেন :

লাইবৌ চোংবগী থৌবমদা লৈশাবীশিংনা শেনপোৎ- চিনকুপশেন, কাওশেন পুদুনা চৎনৈ। ঙসিদি, চিনকুপশেন অমসুং কাওশেনগী মশক লেংদনা লাইবুং খবদা উবা ফংলি। অযাম্বনা শেঞ্জেংনা শাবা যুংখৎপা কোলশিং লাইদা কৎনবা মবম্লা, কৎনবিবা

অদুম্মক পায়দুনা শিজিন্নবনি। চিনকুপশেন অমসুং কাওশেন লৈতবা লাইবুং শিংনা মনিপুরগী কোন হৈবা অহৈবম কাংবুদা নেক্তুনা শাহল্লবদি শেনপোৎকী মশক কায়হন্দবা ওমগনি। চিনকুপশেন অমসুং কাওশেন পুবী লৈশাবীশিংনা ময়েক নাইবা ফনেক শেৎনবা মশিং য়াল্লবসু পুমঙৌ ফনেক শেৎতুনা শকক য়াবসু য়াওনবি। খুদমদি - থৌনাওজমগী পাম্বোইবী হবাওবদা উবা ফংলি। লাইবুং খবদনা ময়েক নাইবা ফনেক, পুমঙৌ ফনেক্লচিংবা শেৎপগী মহুত্তা কুমিন শেৎতুনা হবাওবদা শকক যাবা নম্বোলগী খোবিফাবা লাইবুংদা উবি। হৌখিবা চহিদগীদি কুমিন শেৎপা তোকখ্রে। ওসিদগী চহি ৩০ বোমগী মমাংদদি লাইবুং খবদা অদুম্মক শেৎনবা উই। মোইবাং থাংজিংগী ফম্লাংদা মংশাতাবম কলাচান্দনা যেক্লম্বা লাইশিংদসু উবা ফংলি।

## চোংগী মশক :

লাই হবাওবদা চোং অমসুং হুমাইখোকশাংবা পায়দুনা নুপাশিংনা শকক য়াই। চোং অমসুং হুমাইখোকশাংবা ওসি মওং তাদনা কা হেন্না লৈতেং অমদি কিনাবানচিংবা হাপচিন্দুনা শিজিন্নবি। চোং, ছাটিন মশানা শাদুনা শিজিন্নবসু য়াওবি। চোং বাচেংনা মশা ওইবগা, বানা মখোক ওইদুনা শাবনি। থক্লা অঙৌবা ফিনা কুপ্পনি। মখাগী মশক্লা তেঙ্গা অমসুং লাইফদিবিগী মশক লাইখোক্লবা মওংদা কত্তুনা শেম্বনি। পঞ্জবিবা ময়েক অনিসিমক থাকখন অমসুং শেকপিন্দসু শিজিন্নগনি। শেকপিন য়ুংবদা বাগী মতাং তুমা শুদবা শিজিন্নবগী চৎনবি লৈজে।

**শেনগা :**

লাই হবাওবগী লাইবৌ চোংবদা কনা কনাগুম্বী মৌশিংনা শেনগা (মখুম পানবা) পুদুনা চৎনবা হবাওবুংসু য়াওই। মীতৈ / মৈতৈগী শেনগা আসামীশিংনা শিজিন্নবগা য়াম্না মান্নে। মান্নবনা মবম ওইদুনা আসামীশিংগী পুদুনা চৎনবা য়াওই। মীতৈ / মৈতৈগী শেনগদি অহেৎবম কাংবুনা শেঞ্জেংদা হৈদুনা শাবনি। কৈথেলদা মবাং কায়না ফংদে। আসামীশিংনা শিজিন্নবা শেনগা, হোবাইদি মতোন তুম্মী। অকোয়বগী শকক্তা লৈতেংগী শকক য়াওদে। মীতৈ / মৈতৈগী শেনগদি মখুমগী মথক থংবা শকক্তা শেকপিনগুম্না মথোন অহুম নাই, অয়েকপা মখাগী লাইদা য়েংবিয়ু। মখুমগী শকক্তা মথোন নাইবগুম্না মখাগী শকক্কী অকোয়বা লৈনা হাপ্পুনা ময়েক থোকহল্লি।

**শল্লাইগী থাঙ :**

উমং লাইশিংদা যেক- শল্লাইগী তোঙান- তোঙানবা থাঙশিংগী মশক খঙদোকপা হাযবসি তঙাইফদে। হৌজিক ময়াম্না খঙনবিবা অমদি কৈথেলদা য়োন্নবিবা শল্লাইশিংগী থাঙশিং উকবগা উমং লাইশিংদা কৎনবম্বগা খেন্নবা উই। অরা লৈবাক্কী য়েচিপাও খুলদা লাৎনবিবা য়ুমজাও লাইবেম্বী, থাংজিং অমসুং মাবজিংগী লাইশঙশিংদা কৎলম্বা মোইবাং শল্লাইগী থাঙ- য়েনতোকশাবা অমসুং নিংথৌজা শল্লাইগী চাকথাংগী মশক অয়েকপা হাপচবিবা লাইদা য়েংবিয়ু। য়েচিপাওদা খুন্দাবিবা মীতৈ / মৈতৈশিং অসি গবিবনিরাজ মতমগী মীওইশিংগী

চাদা- নাওদানি। লমাংদোংগী লুমলাংপোকপী চোথে খুলদা লাৎনবিবা চোথে থাংমৈ পাখংবগী লাইশঙদসু য়েনতোশাবা থাঙ মথক্কী খুলদা পল্লিবগা মওং মান্নে। মবম অসিনা শল্লাইশিংগী থাঙ লাই হবাওবদা শিজিন্নবগী মশক খঙদোকপা অসিসু তঙাইফদে থল্লি।

**শরোং :**

অঙনবা মতমদদি অমাইবীশিংগী ফিজেৎ অঙৌবশিংতনা ওইবম্মী। মতুং তাবকপদা ২০ শুবা চহিচা হৌগৎলকপা ফাওবদা অমাইবীশিং ফিজেৎ খুদাং চোন্না ফুবিৎ লিৎপা, শবোং খাওন তৌবগা য়াম্নদুনা শেৎপগা লোযননা নাদা চোমাই যান্নবম্মী। হৌজিক্তি অমাইবী শাবা লাইবাও চেন্দবশিংনা ষ্টেজদা কাদুনা মাইবী জগোই শাবকপদগী শাবোংসু খ্বাংদা য়েৎশিন্দুনা ইং ১৯৭০ অদুরাইদা য়াম্না চৎনবক্লে। লোযননা নাদা চোংমাই যানবগী মহুত্তা অচৌ - অচৌবা লৈ যান্দুনা শিজিন্নবে। খুদাং চোনবগী মহুত্তা শেগা কোৎথোকপী লিৎনবে। অঙৌবা ফনেক খুমিৎ শেৎনবে, ফনেক ফিজিন খোংনা নেৎতুনা অরাফমদা তাগদৌবদা মঙাইবে। শবোংগী ওইফম থোকপা মশক অদু খংনদ্রে। শবোংগী অয়েকপা শক্তম মখাদা হাপচবিবা চেনাদা য়েংবিযু।

**খমু চপ্পা (খামেন চপ্পা) :**

অমাইবা অমসুং পেনা খোংবশিংনা খমু চপ্পা ফৈজোম তঙাইফদনা শেৎতুনা শিজিন্নে। লাইবৌ চোংবদা অমদি লাইবুংদা জগোই খুৎথেক মৌশিংনা কৎপা মতমদা খ্বাংনম ওইনা খমু চপ্পা

ময়েক্কী ফি শিজিন্নবা য়াওই। মসিমক্তি তঙাইফদনা থাদোকপা চুম্মী হায়না খল্লি। খমু চপ্পা ফেজোম লৈবক- নিংথৌগী মনা ফিনি। নিপাশিংতনা শিজিন্নবা ময়েকনি, নুপীশিংনা শিজিন্নবা যাদে। অদুবু কনাগুম্বা হৌজিক্কী খুৎহৈবশিংনা খমু চপ্পা মচেৎ ইন্নফিদা হাপ্তুনা শিজিন্নবসু য়াওই। অমাইবা অমদি পেনা ফৈজোম মশা মশানা শেমজদুনা অদুম্মক শেৎলে, মথক্কী থাক যেংদে। তৌববুদি খমু চপ্পা ফৈজোম শেৎত্রবদি অমাইবা অমসুং পেনা খোংবা মী মান্দবগুম্না খুনাই অসিনা লৌনবি। খমু চপ্পগী মশক অযেকপা লাইদা য়েংবিযু।

## লৈশাবীশিং অমসুং মৌশিংনা লৈ চিনবা ঃ

শেনপোৎ লাইপোৎ পুবী লৈশাবী অমসুং মৌশিংনা শক হেন্না ফজহন্নবনি হাযদুনা কৈথেলদা যোনবা প্লাসতিক্কা শাবা লৈশিং মবাং কাযনা নাপ্পদা অমদি শমজিদা থেৎতুনা লৈতেংলি। মীনা যেংবদা ফজহনবদা নত্তনা লৈশিংবু শিজিন্নবিবশিংনা লৈগী মনম নুংশিবা থম্মোয় হুবা ঙম্বা অদুদি যাওদ্রে। মবম অসিনা অশেংবা লৈশিং শিজিন্নবা পামজে। লৈশাবী অমসুং মৌশিংনা লৈ নাদা চিনবা মতমদা চিন্নিংবা মাযকৈদা থেৎপা অসি চৎনবমদে। লৈশাবী অমসুং মৌ খাযদুনা লৈ চিন্নবম্মী। লৈশাবীনা ওইথংবা নাদা লৈ থেৎতুনা চিনগনি। মৌনা য়েৎথংবা নাদা লৈ হাপ্তুনা চিনগনি।

•••◆•••



# ABOUT THE FACE

[illegible]

[illegible] Forward Artistes Centre En Camped (FACE) [illegible] Established in 1986 [illegible]

Since its inception, FACE has produced 16 Ballets / Dance Drama with the financial Assistance of various funding agencies, organised 10 Dance festivals and 5 cultural workshops, 4 Cultural Camps, 8 Seminars, produced 6 documentary video films for Students teaching aids and 2 Audio cassettes for School students. It has conducted many Inter State Cultural *exchange programme under the aegis of the Sangeet Natak Akademi,* Ministry of Culture, Govt. of India, New Delhi, Ministry of HRD, Department of Education, Ministry of Home Affairs, NEC, Shillong, All Zonal Cultural Centres and Department of Art and Culture, Govt. of Manipur, Manipur State Kala Akademi, Imphal. Participated many National and International Cultural Festival, at Kerela, Karnataka, Kolkota, Tamil Nadu, Delhi, Gujarat, Punjab, Daman, Ujjain, Orissa, Maharastra, North East States etc. FACE participated Festival of India at BHUTAN, Sopnd. by EZCC, Kolkota , YEAR OF INDIA IN RUSSIA , 2009 at Moscow and St. Peterbug , Spond. by ICCR, Ministry of External Affairs, Govt. of India and also FACE participated National Festival for Children BAL SANGAM, 2005, 2006, 2007, 2008, 2009 *and* JASHNE BAHCHPAN, 2006, *orged. by National School of Drama,* (NSD) New Delhi And FACE Participated National Awareness Campaign for Drug Abuse, HIV / AIDS and National Integration Communal Harmony, Bharat Nirman, Public Information Campaign under the aegies of Song and Drama Division, Ministry of Information and Broadcasting, Govt. of India, Guwahati Regional Centre, Imphal.

[illegible]